# লৈগী খুদোল অমত্তং



মনিপুরীদা

রাজকুমার মধুবীর






ভাগ্য পব্লিকেশন
সগোলবন্দ থাংজম লৈরক, ইম্ফাল

# লৈগী খুদোল অমত্তং

## অমসুং অতৈ ৱারীশিং

মনিপুরীদা

**রাজকুমার মধুবীর**

২০০৩




**ভাগ্য পব্লিকেশন**

সগোলবন্দ থাংজম লৈরক ইম্ফাল

লৈগী খুদোল অমত্তং

অমসুং অতৈ ৱারীশিং

সাহিত্য একাদমী, নিউ দিল্লিগী অয়াবা লৌরগা হন্দোকচবা অমসুং ফোঙজবা



অহানবা খুৎনম - ২০০৩

সগোলবন্দ থাংজম লৈরক, ইম্ফাল -৭৯৫ ০০১



অফোঙবা-
রাজকুমার মধুবীর
সগোলবন্দ থাংজম লৈরক, ইম্ফাল -৭৯৫ ০০১

মমল লুপা ৮০/- (মরিফু)

নম্ফম ঃ
সি,সি,পি, কম্পুতরাইজদ প্রেস
সগোলবন্দ থাংজম লৈরক মচিন, ইম্ফাল

# ৱাহৌদোক

ঐগী মরুপ, কবি শ্রীরা:কু: মধুবীরনা মানা ইংরেজীদগী হন্দোকপা, ৱারী মচাশিংগী খোমজিনবা 'লৈগী খুদোল অমত্তং' হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসিগী মরমদা করিগুম্বা খরদং ইদবা য়াদে হায়দুনা দগ্তি ওইনা হায়রকখি। মাগী হৌনবী হাথু-হাথু খুদক্তা হেক্তা লোইশিনবা পাম্বা মতৌদু উৎলদুনা শীন্নরম্বা থৌদাং অমনি। মঙোন্দদি করিশু ওইরমদবা য়াই। ঐঙোন্দদি, মরুপ অমগী অনীংবা-অপাম্বা অদু কয়াদা লূম্না থোক্লবা! মাগী তহা-তহাবা, চনীং-চমাও শম্নদবা মতৌদু ৱারৌরুবগী মহুত্তা নুংশিবা অমা পোল্লকখি। খঙদে, মরুপ অমদা পুল্লিবা নুংশিবগী লীচিং অসি করিনো?

ফন সাংনা, কুইনা লোয়নরক্লবা ঐগী নুংশিরবা মরুপ রা:কু: মধুবীরনি। কবি অমা ওইনা মনিপুরী সাহিত্যদা মাগী মফম অমা কন্দুনা লৈরি। আধুনিক মনিপুরী কবিশিংগী পরেংদা মহাক তোপ্লা লৈরিবা কবি অমনি। মাগী খোঞ্জেল, মফোঙদোক, ষ্টাইল, ৱাখল অমসুং মীৎয়েং-মোদনিষ্টি কবিশিংগী ওইবা অনৌবা সুর অমনি। আধুনিক মনিপুরী শৈরেংদা মাগী খূদোল য়াম্না চাউই।

হন্দোকলোয় অমা ওইনা কবি রা: কু: মধুবীরনা মপূং ওইবা লাইরিক অমা ফোঙলকপদি থেংনদ্রবসু, মানা ঙম্বা পংখৈগী মনুংদা শৈরেং, ৱারী মচা কয়া চেফোঙ কয়াদা হন্দোক্লুনা ফোঙবদি থেংনখ্রে। আর্নেষ্ট হেমিংৱেনা ইবা, মমিং চৎলবা নোবেল 'এ ফ্যারৱেল তু আর্মস' হায়বদু মনিপুরীদা 'কায়নরসি লান' হায়না মিংথোন্দুনা 'ৱাখল' চেফোঙদা পন্দুপ ১০ ফাওবা ফোঙখ্রে। ঐনা মঙোন্দা তত্তনা হায় নোবেল অসি ফোঙদোক্লসি। মৌপাসাগী 'এ মেদমেন্স ডায়রী', হেমিংৱেগী 'অফটর ত্যুনতি ইয়ারস' ৱারী মচাশিং মনিপুরীদা হন্দোক্লুনা ফোঙখ্রে। ঐনা মহৌশা

মঙোন্দা, ফজৈ হন্দোকউ হায়দুনা পীখিবা পি, পদ্মরাজুগী, 'নোংমা হিগী খোঙচত্তো' (ওন দ বোট) হায়বা ৱারী মচা অসি লাইরিক অসিদা য়াওবা থেংনবদা নুংঙাইবা পোকই। মহাক পাচাগী 'ইম্ফাল অমসুং মাগী ঈশীং নুঙশীংকী ফীভম' হায়বা উপন্যাস অদু ইংরেজীদা হন্দোকপা কুইরবনি, ফোঙবা ঙমদদুনা লৈরিবনি। মসিগী মথক্তা, ইংরেজীগী শৈরেং, মিলটনদগী হৌজিক ফাওবগী শৈরেং ২৫ রোমসু মনিপুরীদা হন্দোকপা লোইরে। মসিসু ফোঙদোকপা ঙমদ্রি হায়। মহাক মনিপুরীদগী ইংরেজীদা অমদি ইংরেজীদগী মনিপুরীদা হন্দোকপগী থবক তৌবা হন্দোকলোয় অমনি। ইংরেজী সাহিত্যগী ছাত্র ওইরকপা মরম্না হীরমসিদা মহাক্কী খুৎলোয়বা খরা লৈবা থেংনৈ।

'লৈগী খুদোল অমত্তং' হায়বা ৱারী মচাগী খোমজিনবা লাইরিক অসিদা, বেঙ্গলী, ইংলিস, তামিল, কাশ্মীরী, হিন্দী, মলায়ালম, ওরিয়া অমদি তেলুগুগী মমিং চৎলবা অইবশিংগী ৱারী মচাশিং য়াওরি। ভারতকী মরু ওইরবা লোন মাপনগী খঙ্গৎলবা ৱারী মচাশিংদি য়াওরে। মসিনা চাউরাকপা ভারতকী ৱারী মচাগী শক্তম অমা তাকপা ঙম্লে হায়না লৌই। মতুংদা ৱাৎহৌরিবা লোনশিং য়াওনা অমুক ফোঙলকখিগনি নীংজে।

১৯শুবা শতাব্দীদা, নোংচুপকী সাহিত্যগী খুদোল ওইনা ভারত্তা অনৌবা সাহিত্যগী লৈচল অমা ওইনা চঙলকখিবা ৱারী মচা অসি ঙসিদি ভারতকী সাহিত্যদা অচৌবা উপাল অমগুম মশা-মরেঙ শন্দোক্লুনা ৱাং-চাউনা লৈরি। ভারতকী লোনশিংদা লৈরিবা ভারতকী ৱারীমচা অসি অচৌবা ঈপাক অমনি; মখল মথেলগী চাউরবা লৈকোল অমনি। মসিদা ভারতকী পুন্সী, পুক্নিং, ৱাখল অমসুং থৱায় উবা ফংই।

নুংঙাইরিবদি, লাইরিক অসিদা খঙ্গৎলিবা ৱারী মচাশিং অসিগী থীমদা চাউরাকপা মান্নবা মশক অমা উবা ফংই। ৱারী মচাশিং অয়াম্বা ট্রেদিশনেল ওইবা মওংদা ইবা ঙাক্তনি। অনৌবা সাহিত্যগী ঈহৌদা লৈরিবা অনৌবা টেকনিক, ইদিয়ম, মফোঙদোক, চায়েংগী লীলাশিং অদু থোইনা য়াওবা থেংনদে। ৱারী মচাশিং অসিনা উৎলি- থম্মোয় ফাওনা মীনুংশি

পোকহনবা, মীওইবগী ভেল্যু, মনুং হুনজিন্না উবা মীওইবগী লমচৎ-শাজৎ, মীওইবগী লাইবক, ইচম চন্বা থৌদোক অমসুং মদুনা অর্থ চেল্লবা মমল পীবা ঙম্বা অসিনচিংবা কয়া।

'ভাদরী'-ভারতকী অখাঙকনবী, পুন্নমক কৎথোক্লবী মপুরোইববু লাইদৌনা নীংজবী চরিত্রদা শাগৎপা ভারত চনুগী আদর্শ ওইরবা চরিত্র অমনি। মপুরোইবা শীশুরাম্না থাঙনা য়ানবদগী লায়কন্নরিবী ভাদরীনা মশা মতোমত তৃশিনজবদগী শোকপনি, মপুরোইববু আইনগী চৈরাক্তগী কনবিনবা হায়জে। 'লৈগী খুদোল অমত্তং' (মিংথোল ওইরিবা) অসিদা মমা অমনা মচাগী মফমদা লৈরিবা নুংশিবা অমসুং থাজবা অদুগা মচন অমনা মবুংবু নুংশিজবগী শেংলবা থম্মোয়গী মশক উৎলি। নারিবী মমাগী নীংবা থুংনবা ব্বারী লীরিবা পি, কে, গুপ্তনা ইন্দিয়াদা সিফাই ওইনা চংখিবা মচা অদুবু মীনমদুনা, হীরাগী খুদোপ্তা য়েংবদা, মচাদু হিংলি হায়খি। কয়াদা নুংঙাইজনা অমসুং পেঙনা মাগী আত্মা অদু লানখিবা! মচননুপী ম্যাগিনা মবুংগী মোংফমদা লৈ কৎনবা শিলিং অমা পীরকই। 'পাঞ্জিশীসু নোংমদি', আর, কে, নরায়নগী মমিং চৎলবা ব্বারী মচা অসিদা মানা থাঙনা থিন্দুনা শিরে হায়দুনা হুন্দোক্লন্নবা নিপা অদুনা, মীরোৎ ওইনা পাঞ্জি শাদুনা লৈরিবা পাঞ্জি অমদা নোংমা খূবাক ময়ি য়েংবিয়ু হায়দুনা লাকপা, মীওইবগী ওন্ন-তৈননা থোকপা পুন্সীগী মশক অমা উৎপনি। 'বী, ও, সী, চাওথোয়' দা রেঙ্গুন্দগী মনিপুরদা লাঞ্জেল্লক্তুনা লাকখিবা চাওথোয়না মরায়বক ফবদগী ইনাক খুনবা, হোটেলগী মপু ওইরকপা অদুগা মমৈথংদা মাগী হোটেলদু শিদোকউ হায়না সরকারগী নোটিশ লাকপা ওন্ন-তৈননা থোকপা মীওইবগী মরায়বক উৎলি। 'লুহোংবগী ফিজোল' কাশ্মীরগী পুন্সী উৎপগা লোয়ননা অহন ওইরবা, মবানীদা ঙায়রবা হনুবা-হনুবী মতৈ-মনাওনা মহৌশা লূহোংবগী ফিজোল থেংনবদা হৌখ্রবা পুন্সী নীংশিংলকপা অমসুং ফিজোল অদু শেত্তুনা সংসার পুন্নমক কাউথোক্তুনা লৈরিঙৈদা ময়ানিপা চঙলক্তুনা উখিবা অদু উৎলি। প্রেমচন্দগী 'অঙাং' ফজবা ব্বারী মচা অমনি। গঙ্গুনা ওক্তবী, মব্বা অহুন্নক নাইরুরবী গোমতীবু লুহোংদুনা লৌবা ঙমখি। অদুদসু

নত্তনা মীগী মচাবু মচানি হায়না লৌশিনবা ঙমখি। অয়ৌবী থাক অমদা লৈখ্রবা থাজবা, নুংশিবগী মশক উৎলি। 'হুই অমখক' অসিদা জীববু নুংশিবা, হিংসা অমসুং অহিংসাগী চীংখায়নবা মশক উৎলি। অহিংসানা ঙমখি। জমীন্দারনা, মীথুংশঙ অদু লায়রশঙ ওম্ভোকখি, জীব হাৎপা, শিকার তৌবা থিংখি। 'নোংমা হিগী খোঙচত্তো' মসিদা ওক্তবা যু থকপা মপুরোইবা পদাল্লুবু রঙ্গীনা য়ৌনা নুংশিজবা উৎলি। মহাক মাগী নুপানি, নিংথৌনি, থৌনাফবা মীশক অমনি খল্লি। মীওইবগী ঙকখ্রবা, চমম্নখ্রবা, নোক্লিংবা, অকীবা, অঙাওবা, আশা, থৌনা, থাজবা অসিনা তিল্লবাা নুপা-নুপীগী মরী অমনি। 'উজাও অমনা তুখিবদা' ইন্দিরা গান্ধীবু হাৎখিবগী থৌদোক্তা, মীশি-মীনা, ইরাং থোক্লক্লবদা, কোনভেন্টতা লৈবা ননশিংনা অমরজীৎ অমসুং মাগী মচা জাগীগী মথৱায় কনবিখিবগী মিনুংশি উৎপা নুংশিরবা ৱারী অমনি।

খঙ্গৎলিবা ৱারীশিং অসিদা ভারতকী তোখায়রগা সংস্কৃতি, পুন্সী-মহিং, চৎনবী, থাজনবী কয়া উবা ফংগনি। অদুবু খেন্নরবা থৌদোক-ৱাথোক, মীওইবগী মরীশিং অসিদা মান্নবা লংলা অমনা পুনবা থেংনবিগনি। মদুদি মীওইববু নুংশিবগী মমল, তমঙমদ্রবা মীওইবগী লাইবক অমসুং মনুং হুনজিন্না লৈপ্রবা মীওইবগী মীনুংশি অমসুং অচেৎপা মরী। মসিনা ভারতকী মীৎয়েং, ৱাখল, থাজবা অমসুং আত্মাগী মশক ওইনা তাক্লি। য়াম্না থৱায় য়াওনা, চেকশিন্না, পাবা য়ানা মনিপুরীদা হন্দোক্লিবা ৱারী মচাশিং অসিনা ভারতকী সাহিত্য মশক খঙনবা হোৎনবদা অচৌবা মতেঙ অমা ওইরগনি। হন্দোলোয়বু থাগৎচরি।

প্রো: নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ

ফেব্রুৱারী ৫, ২০০৩ কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকায়, ইম্ফাল।

# ৱাহৈ খরা

লোন অমদগী অতোপ্পা লোন অমদা হন্দোকপা হায়বসি অরাইবা থবক নত্তে। হন্দোকপা মতমদা কুপ্না খঙগদবা অমদি মুন্না য়েংগদৌবদি হন্দোকফম লোন (সোর্স লেঙ্গ্যুজ) অমদি হন্দোক্কদৌরিবা লোন (তার্গেট লেঙ্গ্যুজ) অনিদুবু শিজিন্নরিবা খুন্নাইশিংদুগী চৎনরোন, ধর্ম্ম-নিতি, ৱাঙাং-শঙাং, সংস্কৃতি, ফিজেৎ-চাকচা অমদি হৱা-নুংশিৎ ওম্নমক খঙদবা য়াদে। খুদম ওইনা নোংমগী অহানবা উনবদা 'গুদ মোর্নিং', 'গুদ এভনিং (ইংগ্রাজি), 'নমস্তে' (হিন্দু), অদুগা 'সলাম' (মুসল্লিম) অসিনচিংবা হায়নৈ। অদুবু মৈতৈ ঐখোয়গীদি 'কমদৌরি', 'কদোম চৎপিদোইনো' 'লুক হারব্রা' অমসুং 'করি মথেল হাবিবগে' অসুম্না মীওই অমবু অমনা অহানবা উনবদা কৌনরগা মখা তাবা ৱারী শানৈ। হৱা-নুংশিৎকী ফিভমদা য়েংলবসু ভারতকুম্বা অশাবা লমদা অঙ্গৎবা পাম্মী। খুদম ওইনা, নৌনা লুহোংলুবী কন্যা অমবু মনেম ওইগদৌরিবনাময়ুমদা ওকতুনা পুশিনবা মতমদা 'কন্যা অদু মনেমনা ঈংনা তপ্পা কোনশিন্দুনা পুশিনবি' হায়বসি ইংলণ্ডগুম্বা অঙ্গৎবা লমদা 'কুল ৱেলকম' হায়নদে 'ৱার্ম ৱেলকম' হায়নৈ। অমনা, ভারতকী দুর্গা পুজাগুম্বা লাইনিং লাইশোন কয়াগা মরি লৈনবা থৌদোক খিবিক্তা ইরাৎ পুজা তৌবদা হামেং বলি তৌনৈ অদুবু কৃষ্ট্যান ধর্ম্মগা মরি লৈনবা থৌদোকশিংদা য়াও বলি তৌনৈ। অসুম্না 'হামেং বলি', 'য়াও বলি' হায়বা টার্মশিংসি সাহিত্যিক ওইবা মওংদা শিজিন্নবা তারবদি হিন্দুনা হিন্দুগী ওইবা, কৃষ্ট্যাননা কৃষ্ট্যানগী ওইবা মওংদা শিজিন্নগনি। খুদম ওইনা ডা: কমলগী 'মাধবী'দা ভুবননা উরীরৈবু চিংদুনা পুবা মতম অমদি মওং মতৌদু 'বলি কৎলমদাইগী হামেংগুম' হায়না শিজিন্নবদু ইংলিস লোন্দা হন্দোকপা মতমদা 'সেক্রিফাইসিং লেম্ব' হায়গনি। 'সেক্রিফাইসিং গোট' হায়রোই। জর্ম্মন নোভেল লোরিয়েত, গুন্তর গ্রাসনা মাগী নোভেল

অমা হেক ফোঙবা মতমদা পৃথিবীগী মরু ওইবা লোন খিবিকী ট্রান্সলেটর কয়ানা হন্দোক্লবগী পার্মিসন লৌবা মতমদা মানা হেক্তা পীদে। মানা হায়, 'মুসরুম (চেংগুম) হায়বা মথেলসি খ্বাইদগী প্রোটিন য়াওবা অমসুং খ্বাইদগী তাঙবা মথেলনি। কনাগুম্বা অমবু মাগী নুংশিজবা মরুপ অমনা য়াম্না হরাওনা কৌশিনবিদুনা চেংগুম থোংবা পীজে হায়বসি য়াম্না নুংশিবা উৎপগী মতৌনি। তৌইগুম্বসুং স্পেইনগুম্বা লমদম খরদা চেংগুমগী মখল পুম্নমক হু ঙাক্তা ওই অদুনা মরুপ অমবু মরুপ অমনা নুংশিনা কৌশিল্লি অদুগা চেংগুম থোংবা পীজে হায়রবদি মপাম্ছোংদা নুংশিবা মতৌ উৎশিন্নরগা চেংগুম পীজদুনা হাৎনবা শিনবনি হায়না লৌগনি।' অসুম্না লোন অমদগী লোন অমদা হন্দোকপা মতমদা সোর্স লেঙ্গ্যুজদু ঙাঙলিবা খুন্নাইদুগী ব্রাঙাং-শঙাং, ফিজেৎ-চাকশেৎ, চাকচা-যুথক অমদি হব্রা-নুংশিৎ খঙনা তার্গেট লেঙ্গ্যুজগী চৎনলোন্দু তানবা হোৎনদবা য়াদে।

ভারত, অসুক্কী মতিক পাক চাওবা লৈবাক অমা ওইবতা নত্তনা তোঙান তোঙানবা মীওই কাংলুপ খিবিক্লা পুন্না লৈমিন্নবা লৈবাক্নি। তোঙান তোঙানবা ধর্ম্ম, চৎনবী, ফিজেৎ-চাকচা অমদি তোঙান তোঙানবা লোন ঙাঙবা লৈবাক্নি। তোঙান তোঙানবা মচোরিৎ লৈজে। অসামী, বেঙ্গলী, কাশ্মীরী, হিন্দি, মলায়ালম, তেলুগু, ওরিয়া, তামিল অমদি ইংলিস লোনশিংগী খোমজিনবা সাহিত্য একাদমী নিউ দিল্লিনা ফোঙবা 'কনতেম্পরেরী ইন্দিয়ান সোর্ত স্তোরিজ সেরিজ-১' দগী অমদি 'ইন্দিয়ান লিত্রেচর' দগী তোঙান তোঙানবা খুন্নাইশিংসিগী তোঙান তোঙানবা পুন্সীগী মরেক মহাওশিংসি উরুবদগী হন্দোকচবনি।

ব্রারী অয়াম্বা ১৯৮৮ দা রেজনেল ব্রার্কশোপ ওন লিত্রেরী ট্রান্সলেশন, কোলকতা অমদি ব্রার্কশোপ ওন লিত্রেরী ট্রান্সলেশন ইন মনিপুরী, সাহিত্য একাদমী, কোলকতানা শিন্দুনা ১৯৯৩ দা ইম্ফালদা পাঙথোকখিবা প্রোগ্রামশিংদা হন্দোকচখিবনি। ব্রারী খরদি নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিগী 'ব্রাখল' অমদি মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ ইম্ফালগী 'সাহিত্য' চেফোঙদা হান্ননা ফোঙখ্রে।

পঞ্জনিংবা অমনা বীরেন্দ্রকুমার ভাত্তাচারিয়াগী অসামী লোন্দগী ইংলিসতা হন্দোকপা 'য়ারুইঙম' উপন্যাসকী ২৬ শুবা পন্দুপ অমত্তং হন্দোকচবনি। *মসিসু মথক্তা পঞ্জরিবা ১৯৮৮ গী কোলকতাগী ৱার্কশোপ* অদুদা হন্দোকচখিবনি। বীরেন্দ্রকুমার ভাত্তাচারিয়াগী মমিং চৎলবা 'য়ারুইঙম' উপন্যাসতগী ২৬শুবা পন্দুপ অমত্তং হন্দোক্নবগীদমক হায়জরুবদা হরাও-হরাও অয়াবা পীবীরকপগীদমক মাগী লোয়নবী শ্রীমতি ভাত্তাচারিয়া, গুৱাহাটিদা লৈবিবু অমদি অতৈ ৱারীশিং অসি হন্দোকচনবগী অমদি ফোঙদোকচনবগী অয়াবা পীবিরকপগীদমক সাহিত্য একাদমী, নিউ দিল্লিগী সেক্রেটরি প্রো: কে, শৎচিদানন্দনবু তৌবিমল খঙবা উৎচরি। অদুগা অতোপ্পা ৱাফম অমনা ঐগী 'বি,ও,সি, চাওথোয়' হায়না মিংথোনবা ৱারীসি ১৯৭৫ দা ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালগী প্রোগ্রাম একজিক্যুটিভ শ্রীপালনা পীবিরকপা ইংলিস সোর্ট স্তোরীগী এসাইন্দমেন্ট অমগা মরী লৈননা ইখিবনি অমসুং ব্রোডকাষ্ট তৌখিবনি। ইবোতোনস্না গার্লস হয়ার সেকেন্দরী স্কুলগী গোলদন জুব্লিগী সোভেনিরদসু ফোঙখ্রে। অরেম্বদা তাদুনা মাঙহৌবা তারে খঞ্জরুবদগী মনিপুরীদা হন্দোক্কুনা হাপচিনজবনি। এ,আই,আর, ইম্ফাল অমদি ইবোতোনস্না স্কুলগী প্রিন্সিপাল শ্রীমতি রা:কু: সনাতোম্বী দেবীবু থম্মোয় শেংনা ইকায় খুম্নবা উৎচরি।

অরোইবা ওইনা শ্রীসোরোকখাইবম ঝলজিৎ সিংহ, সয়াংদা লৈবা এদভোকেটনা লাইরিক অসি ফোঙনবগী শেলগী মতেং খরা পীবিরকপগীদমক ইনাওবু থাগৎচরি মথংদা ডা: এন, তোম্বী সিংহ, প্রোফেসর, মনিপুর য়ুনিভর্সিটিবু ৱাহৌদোক ওইনা ৱাহৈ খরদং ফোঙদোকপিরকপগীদমক হন্না-হন্না থাগৎচরি অমদি তৌবিমল খঙবা উৎচরি অমদি **সি,সি,পি, কম্পুটরাইজদ প্রেস,** সগোলবন্দগী প্রোপাইটর, শ্রীরাজকুমার চিত্ররঞ্জন সিংহ -না থৱায় য়াওনা লাইরিক অসিগীদমক অঙম্বা পাঙ্গল পুথোক্কুনা হোৎনবীখিবগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

য়াম্না হাথু-হাথু অমসুং তহা-তহা তৌদুনা ফোঙদোকখিবা ওইবনা অশোয়-অঙাম, অরান-অহুই খিবিক য়াওখিরম্লবা থোক্লবসু অপাবশিংদগী মোত খিবিক পীবিরক্লবদি য়াম্না তরাম্না লৌজগনি অমসুং তৌবিমল খঙবা উৎচগনি।

**রাজকুমার মধুবীর**

# য়াওফম তাকপা

# য়ারুইঙম

## (অসামী)

*বিরেন্দ্রকুমার ভাত্তাচারিয়া*

জীবনগী পুন্সীদি মৈরিক্কুম্বনি। মৈরিকনা মিকুপ অমত্তং ঙাল্লন্মী অদুগা মুৎখি। মাগী ৱাখল য়াম্লা ৱাংই, তুংদা মসি ওইররনি হায়বা ঙমদ্রবা মাগী থম্মোয়নি। মাগী পুন্সী তম্খায় অমদি হৌজিনখ্রে। নহা ওইরিঙৈদগী হৌনা মানা নাগাশিংগী পুন্সীবু য়াম্লা নুংশিজখি। মতৌ করম্না অমদি করিগীদমক মানা অদুম্না নুংশিরুবনো, মদু হায়বা ঙমদে। নাগা লৈশাবী অমা লুহোংলে অমসুং তাইবঙগী ওইবা পোৎলুম কয়াদগী খরমখে নীংতম্না পুন্সী লেল্লগে খল্লে। মীওইবগী পুন্সীবু মপুং ফানা লেনবা ঙমনবগীদমক মহৌরেন্সীগী ওইবা অকোয়বদা লৈরিবা শক্তি অমদি থৌনা কয়াগী মশেক মঙাল চংই হায়বসি মানা খঞ্জে। নাগাশিংগী পুন্সী মরেম্না মসিগুম্বা মপুং ফাবা অমদি মহাও য়াওবা পুন্সী মরেন্নি হায়না থাজরম্মী। মফমসিগী মীওইশিংসি মহৌরেন্সীগী মশাইগোন্দা হিংলিবা, চাওখৎলবা সহরশিংদা পোত্থাফম খঙদবা, পম্বুংফম লৈতবা মওংদা হিংনরিবা পুন্সী মরেন্দগী য়াম্লা নীংখা তম্লা লেল্লিবা পুন্সীনি খঞ্জখি। তৌইগুম্বসুং নোংমগী ওইরকপা ফিভমশিংদুনা মাগী মঙলান কয়াবু মকুপ মকুপ তানা থুগায়খি। নাগাশিংদসু মীওইবগী অশোনবা মচোরিৎ কয়া লৈ হায়বসি মহাক্লা খঙলকখি। মখোয় মী অতৈগুম্না ফবসু য়াওই, ফত্তবসু য়াওই। মখোয়দসু কল্লক মীহৌবগী, য়েংথিনবগী অমদি লমন খুমবগী চপ চাবা মতিং লৈজে। মখোয় মীরৈহৎতি কয়া ওইদে, অয়াম্বনা পুকচেল শেংনৈ। মখোয়গী য়ুমলৈ কৈরৈ কয়া য়েংলুরগা, মতমগী চাওখৎ-থৌরাং কয়াগী মমি তাদবা নত্তে। মখোয়গী মরক্তগী মীওই খরদি নীংতম্বগী ৱাখলতনা লাইনীং ওইদুনা লৈ, মখোয়দি নীংতম্বগী মহুৎ শিনবা য়াবা অতোপ্পা করিগুম্বা অমত্তনা পুন্সীবু মমল য়াওহনগদবা মানদে। পুন্সীগী লাইনীং হায়ববু নুংশিনবা, শান্তি ওইনা হিংবা,

পুন্সীবু মমল য়াওহনবা অমদি অমগা অমগা চান্নবা হায়বসিনি। জীবনগী পুন্সীগী নহা ওইরিঙৈগী মতমদু ফজনা শিজিন্ননবা হোৎনৈ অমদি ৱাখলদু মীওই অতৈদা ফাওহন্দুনা খুন্নাইদুগী মীওই কয়াগা খুৎশম্ননবা হোৎনৈ। হায়রিবসিমক ওইথোকলরোইদবা করিগুম্বা অমবু থিবগুম্নদি থোকখি। নীংলিবদুমক থিবা হৌগৎলকপতা ঙায়রিঙৈদা মনুং মতম চাদনা মহাক শিখি। মানা লৈতাজরুরিবা লমদমসিগীদমক করিগুম্বা নীংশিং উরোং অমত্তং খিল্লম্বা ঙমদ্রে। মীপুম খুদিংনা মাবু ৱাখলচাওবা মীনি, উতোমাননি হায়নবদং মঙাযরে। মাগী ঈরেমখাক ওইনা তাইবঙদা লৈহৌরিবা হায়ববু শুপ্নগী কোনসেংতা মঙায়রে।

রীশাং জীবনগী মরমদা খল্লদুনা ফমুংথক্তা ফমলি। মাগী য়েৎথংবা মখোঙদা বেনদেজ পুল্লি। মকোক্তা শোকখিবদুদি য়াম্না থুনা ফগৎলকলি। মানা খল্লি: জীবন হায়বসি করিগুম্বা গুন খরদদি আভিনাশকুম্বনি। মহাক ঙাইহাক্তা পোত্থাফম খঙখিদে। আভিনাশকী ৱাখলদগী হেন্না ৱাংবা ৱাখল কয়ানা মাবু খুদুম চনখিদুনা ওইরম্বসু য়াই। অদুম ওইনমক মখোয় অনিমক অৱা-অনাগী পুন্সীদদি লেনমিন্নখ্রে।

মহাক্কী শান্তিপুর্ন ওইবা খোঙচৎতু খোঙশানবা হৌখিবতা মঙায়খ্রি। করিগুম্বা নাগাশিংনা লালহৌবা লেপ্পমলবা অদুগা ভিদেসেলিনা করিগুম্বা নোংমৈ কাপলমদ্রবা, মহাক্কী খোঙচৎতু মায় পাকলমগদবনি। জীবন তশেংবমক মপুক্কীং লৈতাবা অমদি ঈশ্বরনা পীথোরকপা গুন কয়া চেনবা লুচিংবনি। জীবন্না শিখিবসি ওন্থোকপা চৈনা অমনি।

জীবনগী খনবদা রীশাং অসুম অসুম অৱাবা হেনগৎলকলম্মী। জীবনবু হাৎখিবা শান্তিপুর্ন ওইবা মওংদা ৱারী শাননবা হোৎনবদা য়ৈখাইবা পীখিবা ভিদেসেলিবু অমদি মাগী লাম্মীশিংবু কৈগুম্বদা মহাক্না ঙককপিফম থোকপ্রা? মীহাৎপা লাম্মীশিংদো ওন্থক্লো তমথীনা মরাল লৈরবা মীওই ঙাক্তনি। চপ চাবা মখোয়গী লমনদি মখোয়না হৌজিক লেপ্লিবা পুন্সী মরেনশি হেক ওইহল্লমদ্রবদতদা মতিক চারমগদবনি। মদু ওইরমলবদি জীবনগী পুন্সীসু শান্তি ওইনা পালমগদবনি। অদুবু ভিদেসেলিগী মীশিংদুনা তাবিরমগদ্রা? খতিং অমসুং খাইখোনসু চৈরক্তুদা মীহাৎ মীপুন কয়াসু হেক হৌরুইদো। হোয় মখোয়গী ৱাখলদুসু অমনি। খতিং অমদি

খাইখোনবু মদু তৌরুগনু হায়বা য়ারমগদ্রনে? মীহাৎ মীপুনগী থৌদোকপু অতোপ্পা মীহাৎ মীপুন্না লোইশিলহনবদি কৈদগী ঙমগদগে? তমথীবা খুৎলাইগী মহুত্তা মহাত্মা অমগী ওইবা মথৌ তাই। খতিং অমদি খাইখোগী তমথীরবা খুৎলাই লৈ। মখোয়গী তমথীরবা খুৎলাইগী মপান্না অচম্বা খুৎলাই পায়বশিংদু মায়থীবা পীগে হোৎনরম্বা য়াই। অদুবু মীহাৎ মীপুনগী থৌদোকশিংবু হেক মরু ফুকতোকপা হায়বসি অরায়বা থবক নত্তে। মদুগীদমক ওন্থোকনা চাওখ্রবা থৌরাং অমা দরকার ওই। মদুগীদমক পুক্নীগী মমল নাইদ্রবা থৌদাং কয়াবু মশক খঙনবা হোৎনবা অমসুং মীপুম তিংনা মদুগী ঈথৌ লাংহল্লগা মদুবু থবক ওইনা পাঙথোক্ক বা হোৎনবনা খ্বাইদগী মায়পাকপা লানজং ওইগনি। জীবনগী লেঙদ্রবা অনীংবসু মদুমক্তি, খল্লি রীশাংনা। শান্তিপুনগী ৱারীদু অমুক্তা হন্না শান্নবা হায়বসি মাগী অরেপ্পনি। মাগী মখোঙদু খরদং ফগৎলকপা ঙাইবা তাখিবনি। মদুদতা অনৌবা থৌনাগা লোয়ননা থবক মখা চত্থরম্বা ঙমলমগদবনি। অদুগুম্বা শান্তিগী পাওজেলদু মানা য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ চঙদুনা নৈহৎপিরবা মীপুম তিংনা খঙহনগে হোৎনখিবনি। নাগাশিংনা খুয়া তুশিংননা লৈবা তমগদবনি, লায়রবা কোক্কুবা অমদি মীপুম খুদিংমক মতিক চাবা নাগরিক অমমম ওইনবা হোৎনগদবনি। জীবন অমদি মাগী মপাংশিংনা হৌদোকলল্লগা লোইশিল্লমদ্রবা থৌদাং কয়াদু মথং মথং পায়খৎকে হায়না মপুক্লীংদা লেপখি।

ঙসিসিমক রীশাং লায়েংনবগীদমক ইম্ফাল চৎকদৌরি। মেল বসনা হেক লাকপগা ডিসপেন্সরী মনাক্তা খামলগনি অমসুং মাবু নুপা খরনা ট্রেচরদা হাপলগা বস ফাওবা পুরগনি। অদুদগীদি থেক্লা খোয়না চেনবা চীংগী লম্বেলথক্তা ইম্ফাল য়ৌনা চৎখ্রগনি। চৎলমদাইদা মীপুম খুদিংনা মাবু য়াইফ পাওজেল পীবিরবা য়াই। খতিংলানা মিৎকী পিরাংগা লোইননা মাবু বীদায় পীরবা য়াই অমসুং শরেংলানা মাবু থুনা ফরক্কবা ঈশ্বরদগী আশির্বাদ পীবিরবা য়াই।

অয়ুক অদু লৈচিল য়াম্না থাংই। নুমিৎ থোরকপমক্তি নক্ত্রি। ডিসপেন্সরীগী অকোয়বা লামজাওদু তনান তনাল্লি। লৈপাল কয়া কয়াদা পুক্লীং হুরবা লৈ শাংলি। মফমদু থোইদোক্লা ঈচিক চিকই। মহাক্লা মাগী থম্মোয়সু লৈরাংগুম্না থোংপগুম ফাওরি। অদুবু মাগী থম্মোয়দা লেপ্পা লৈত্রবা ঈথক ঈরৈ অমদি

মরৈরি। ডাক্তরশঙগী শাইজিনদা উচেকশিংনা মকোন শারি। হৌজিক ফাওবা মখোয় মকোন্দা য়াহিপলি। কাক অমনা নোংদোন খেৎনা পাইরি। থোঙনাও তম্না য়েংথোকখিবদা শংত্রিক শংবা নাপীনা হৌরিবদু মানা উবা ঙমই। য়াগী হিদাকফু অমা থকলদুনা মালিদু দারীদা ফমলি। সনামানবা নুংসা মঙালনা থোরকপদু মাগী মপুক্লীংনা ঙাইজরম্বা য়াই।

রীশাংগী মখোঙ অমসুং মখুৎতু তঙ্গং তঙ্গংই। কোনসেংবু মখুৎ শমলদুনা শরেংলা, মাগী কাগী থোঙলোমদগী চংঙকই। মখোয়নিমক মাগী মনাক্তা লেপলি। শরেংলা মোমোন তৌরকই।

"খুরা রীসাং" হরাওনা নোক্লদুনা কোনসেংনা কৌরকই।

"কোনসেং" মোমোন নোকলদুনা, মখুৎ তিংথোক্লগা খুম্মী। কোনসেংদি মখুৎ তিংথোক্তে, "খুরা, ঐগী ইপা কদায়দা লৈহৌবগে?" অঙাংদুনা হংঙকই।

"তু আদা, শংমিয়াংনা লৈবা অরাপ্পা চীংশাংলক্তা লৈহৌই।"

"মাবু কৈদৌঙে লাক্কদগে?"

রীশাং পাওখুম পীনিংঙাই লৈতে। শরেংলাগী মীৎলুদা লংত্রিক লংনা পিরাং শিঙ্বরিবদু মানা উই। অঙাংদু মানা মাগী নাক্তা কৌশিল্লি, মখজাইদা পোপ পোপ নানবি। মপানা করিগুম্বা থৌদোক অমদগী মপুন্সী কৎথোকখ্রে হায়বদু কোনসেং নৌমল্লিবনা করিসু খঙদে। হয়েং মানা চাওরকলগা অদুম খঙজরক্কদবা মঙাই। জীবননা মপুন্সী কৎথোকখিবদু খঙলকলগা মহাক্কী মথৌনা হাপকৎলবসু য়াই।

"শরেংলা," রীশাংনা মঙোন্দা ওনশিল্লকতুনা কৌরকই।

"করি হায়বগে রীশাং ?"

"মহাকসি হৌজিক্তি নঙগী ওইরবনিদো। জীবনগী য়ুমদগী মাগী দায়িত্য লৌগে হায়না কনাসু লাক্কদবা মান্দে। নঙতনা মাবু কুপ্পা য়েংশিনবিয়ুকো।"

য়াহৈশিংসি তাবদা শরেংলাগী থম্মোয়দা তাশোন্না থিল্লবগুম ফাওখি। মানা কোনসেংবু পমখৎলদুনা মোল্লবা মথাদা কোনশিনখি অমসুং য়াম্না ঈখৌ লাংবগী মওংদা হায়রকই, "নঙবু ঐগীরনে কোনসেং?"

কোনসেংনা অমুক হায়রকই, "দুকান্দগী অঙাংবা বিসক্যুটতু পীয়ো।" স্কুল মনাক্তা লৈহৌবা দুকান অদোমদা খুদোম্বীনা থিল্লদুনা "লৈবিদদিকো,"

নোক্লদুনা শরেংলানা হায় "চৎলো মপান্দা শান্নরম্মু।" বিসক্যুট ফংলগনি খনবদা কোনসেং হরাওজে।

"নঙবু মাগী মমা ওইজবদা ওম্থোক্লা মরাইবক ফৈদকো" রীশাংনা ফোঙদোরকই, "পুম্নমকসি উরগা ঐ কয়াদা নুংঙাইরিবা।" শরেংলানা মতম অমদা রীশাংসি মাগী ওইনা লৈজরম্মী। অদুবু খতিংলাগী ওইখ্রেদো। হৌজিক্তি মহাক্কী ওইদ্রেদো, অসুম্না হৌখ্রবা খিবিক নীংশিংলকলি।

মাগী মায়থোঙদা রীশাংনা মুন্না য়েংই, নোকমি নোকমি তৌরকই অমসুং হায়রকই "শরেংলা, তাইবঙ পানবসিদা কনা অমতসু কনা অমখক্তগী মতম পুম্বদা ওইদুনা লৈগদবা নত্তে। কনা অমত্তসু কনা অমবু মাগী মতম পুম্বগী ওইগে হায়বা য়াবা নত্তে," হায়না হায়না খঙহৌদনা মাগী মায়থোঙদু তঙাং তঙাংবা ঈ চেল্লকপগুম তৌরকই।

"করিগী?"

"মীপুম খুদিংবু নুংশিবা ঙম্বা থম্মোয়না কৈদৌঙৈদসু মীওই অমত্তগী ওইনা লৈবা য়াবা হৌনদে।"

"মদু অরানবা ব্রানি। নঙনা খতিংলাবু কা হেন্না নুংশিখিবা নত্রনে?"

"অচুম্বনি। অদুবু নঙনা ফোঙদোকখিবা নুংশিবগী ব্রাহে কয়াদুদি অশেংবা নুংশিবনি হায়না নীংই।"

"করিনো হায়রিবদুবো?"

"অচুম্বনি। খ্বাইদগী নুংশিবা ! অশেংবা নুংশিবা। মদুবুনিনে শিবা নাইররোইদবা, লেঙদবা নুংশিবা হায়বদো।"

হায়ফম খঙদ্রবা নুংশিবগী ঈনোৎ কয়ানা শরেংলাগী থম্মোয়দা ওৎলরি। অদুঙৈ চহি কয়াগী মমাঙদা রীশাংগা 'বাইবল' পামিন্নখিবা মিকুপশিংদু নীংশিংঙকই। নীংশিংলুরগা হৌজিক হৌজিকমক হেক থোকলিবা থৌদোক্তুম মথম্মোয়দা ফাওজরকই। হৌখ্রবা মাগী থম্মোয় মৈচাক, লৈত-লাইরগী ব্রাখল অমসুং ইশ্বেরব্রাগী মাঙলুরবা ব্রাখল, হৌজিক্তা মথং-মথং নীংশিল্লম্বা পুম্নমক মিকুপ্তা কাওখ্রে, খঙহৌদনা মাগী থম্মোয়দা মৈঙাল অমা ফাওরকপগুম তৌরে।

রীশাংনা মঙোন্দা মুন্না য়েংলিবদু, মথম্মোয়দা য়াম্না নুংঙাইজবগুম ফাওজে।

মিকুপসিমক্তনি খতিংলানা মচু মচুগী অতরগুলাপ লৈপুন অমা পায়দুনা চংঙকই মমিৎ উইরুম-উইরুম পাঙলিবা শরেংলাগী মায়থোঙদা য়েংলদুনা, "শরেংলা, ফনিৎফংনা নঙবু থিহৌবনি।"

তাবদা খংগ্রেক খংই, শরেংলা। শাগৎচরম্বা মঙলান পুম্বা শ্বাই মাঙখি। পোত্থাফম খঙম্রবা মতৌদা ইঙক ঙক্লা হংঙকই, "করিগীনো?"

"মদুদি নঙনা হেন্না খঙলিবনি।" ইকায়বা পীবগী মতৌদা খতিংলানা নোক্লদুনা খুম্মকই। অশেংবমকসু শরেংলা ইকায়বনা মশা পুম্বা থুমহৎখি। শাগৎচরম্বা আশা পুন্নমক মচেং মচেং কায়রবদা মশা পুম্বা ইকায় নুংশি য়ান্নরদুনা মফমদুদগী তপ্লা তপ্লা থোরকলে। শরেংলাবু রীশাংনা খামগে তৌই অদুবু খতিংলানা হায়রকই, "ফনিৎফংনা মাবু হৌজিকমক উন্নদবা য়াদে হায়হৌবনি। হৌজিকমক নত্রবদি মতুংদা অমুক উন্নগদৌবা মানদ্রে হায়হৌই। মাবু ঙসিমক চৎমিন্নখিগদৌরিমাল্লে।"

ব্রাখল অমরোমদা পুথোকপগী মতৌদা খতিংলানা হায়রকই, "লৈশিংসি ফজদরা?"

"ফজে।" খুম্মকই রীশাংনা অদুগা "অদো, ফনিৎফংগী ব্রায়েনবু কৈদৌঙে তৌগনি হায়বগে?"

"খঙদে," শাওরপ্লা খতিংলানা খুম্মকই, "মখোয়গী মব্রা মপাওকা ঐ লৌজ-লাকচদে।"

খতিংলাদা মুন্না য়েংই, রীশাং। অতে মতম ওইরম্লবদি তৌশিন্নদুনা অশাওবগী শকলোন উৎলমগদৌবনি অদুবু নুমিৎ অদুদি বীদায়গী নুমিৎ ওইবনা মথম্মোয় ফাথজে অমসুং হায়রকই-

"খতিংলা, নঙগী মায়থোঙ উরগা লোয়রে। গুলাপ্পা কৈদৌজরনি?"

তারগা খতিংলা হরাওজবগী ঈথক ঈপোমলক্তা ঈরোইজবগুম নোক্লা নোক্ল হায়রকই, "ঐসু অদুম্না খল্লি।" অদুবু চিংনজবগী মতৌ উৎলদুনা, "শরেংলানদি নঙবু অরোইবীদা নুংশিবগুম তৌই, নত্রদো?"

খতিংলাগী অদুগুম্বা খম্বনবগী মতৌদু উরগা হরাওজবগুম তৌরকই রীশাং, হায়রকই, "শরেংলানা ঐবু নুংশি অদুবু মদো নঙগা শীংনবগী মওংদি নত্তে।"

“অদু ওইরসু” খতিংলানা হায়রকই, “ঐ মসে অসুম অসুম হৈনরক্রে।”

তাবদা রীশাং ব্রারৌরপ তৌনা হায়রকই, “কান্নদে খতিংলা ঐবু অদুম্না মিকুপ খুদিংগী পুনশিন্দুনা থমগনু। নত্তে নঙনা মাবু করিমত্তা নুংশিবিদ্রা?”

“নুংশি।”

“অদু ওইরবদি, নঙনা মাবু ব্রাহনবিগনু। নঙগী চাকলুক মুন্দুনা মানা চারগদবসু নত্তে।”

তারগা খতিংলা মপুক্লিং লৈতাজবগুম তৌই, মোমোন নোক্লদুনা, “খোঙগী অশোকপদু খরা ফরবরা? চাক খরা চাশিদনা? ইম্ফালগী হোসপিতালদা কয়া কুইনা লৈগনি?” অসুম্না ব্রাহং কয়া মথং মথং হঙঙকলম্মী। রীশাংনা ব্রাহং খুদিংগী পাওখুম মথং মথং পীরদুনা গুলাপশিংদুদা তপ্না তপ্না নানলকলম্মী। খতিংলা য়াম্না পেঞ্জবগী মতৌদা মোমোন নোক্লদুনা রীশাংদা হকচিন্না থাজবা উৎলকই।

খঙহৌদনা পুং নিপান তাখ্রে। মতমদুমক্তা জোনাথান চংঙকই অমসুং ফিংলপ্পা হায়রকই, “রীশাং, মী অপুম্বা লাকলে।”

“ফরে ফরে, য়াম্না থুনা মিটিং তৌ নখোয়। খাইখোগসু উনৌ। করিগুম্বা উপায় লৈত্রবদি নখোয় ইম্ফালদা লাকউ। ঐগী অনাবসু ফরগনি। চীফ কম্মিস্নারগা উনগদৌবনি।” পম্ফদনা রীশাংনা হায়রকই। মশা ঙমদবনা মরম ওইরদুনা মহাক য়াম্না চোকথরকখি।

“ঐনা খাম্বা ঙমদ্রে ময়ামসে,” হায়রকই জোনাথান্না।

“করি হায়বা?”

“মখোয় লোয়নমক হৌজিক ইরাং হৌরে।”

“অদু ওইরবদি,” রীশাংনা হায়রকই, “নঙ মফমসিদা কৈদৌরি? চংখ্রো মখোয়গী মনাক্তা।” রীশাংগী অশাওবা মতৌ উবদা থংনবা কাদগী নুপী ডাক্তর অমা থোরক্লগা হায়রকই, “নহাক চংখ্রোদনা জোনাথান। খাইখোসু লৈসনু। মাগী মরাল করিনো?” তৌফম খঙদ্রদুনা জোনাথান মুকুম মুকুম শোন্দুনা থোকখ্রে। খাইখোবু মীয়াম্না কোয়শিনখ্রে। মখোয়বু থেমজিনবা ঙমদ্রে। রীশাংসু তৌফম খঙদ্রদুনা তুমিন্না লৈরে। মপুক্লীংদা খল্লি, করিগুম্বা ঈরাং থোকলকপা

তারবদি কমদৌবা? লাইনা তন্না হায়বদুনি। অসুম্না মপুক্লীং ফাথজদুনা লৈরে রীশাং, ব্বা অমা ঙাঙদনা।

খতিংলানা মনাক্তা চংঙক্তুনা মকোক্তা তপ্না তপ্না নাম্বুরকই। ঙাইহাক লৈরগা রীশাংগী লাইবক্তা মখদাংনা ঙারদুনা য়াম্না ঈংনা হায়রকই, "ঐহাক হকচাং লৃমলে, রীশাং। অঙাং অমা পোক্লগনি ঐখোয়নিগী।"

অবদা রীশাং খংপ্রেক খংবগুম অমসুং খংনুং নুংঙাইবগুম ফাওই। করিগুম্বা মানা শিরবসু মাগী মহৎ শিনবা কনাগুম্বা অমদি লৈহৌরগনি খল্লি। অদুদগী অমুক মাগী মচা মশুশিং লৈহৌরগনি অমসুং মাগী ধারা কায়ররোই খল্লি মথম্মোয়দা। ঙসিগী শুপনম শাসনসি লোয়প্লগনি অমসুং মীয়ামগী শাসন লাক্লগনি। নোক্লদুনা মানা হায়রকই, "নুপা পোক্লবদি মমিং করি থোনগনি?"

"করি হায়না থোনশিগে?" নোকমি-নোকমি খতিংলানা হায়রকই।

"য়ারুইঙম।"

"অদুদি করি হায়রিবনো?" ঙকলপ তৌনা হংঙকই, খতিংলানা।

"মীয়ামগী লৈঙাক" য়াম্না থুনা রীশাংনা খুম্মকই।

"করিনোনে, অতোপ্পা মমিং অমা লৈত্রবরা?"

"মিং, অসিদগী হেন্না ফজবা অতোপ্পা অমা শুকলে লৈত্রে, খতিংলা।" মতাংসিমক্তা ডাক্তর চংঙকলে অমসুং হায়রকলম্মী মদুদি, "হৌজিক চৎপা য়ারে। মেল লাকলে। খতিংলা, করিগুম্বা খরা চাগে হায়রবদি পীজহৌরো।"

মেল বস! বস নত্তে! স্বর্গদগী ঈশ্বরনা থারকপা দোলাইনি। নোংমা চীংগী লমদম অসি ঈংলবা তপলবা মফম অমা ওইরকখিগনি হায়না কৃষ্ট্যান ধর্ম্ম শন্দোকপা লাকপা মীসনরী খিবিক্লা হায়রম্মী। ওয়বা নত্রগা ওয়দবা ঈশ্বর মানা লেপসনু। ঙঙল-ঙঙলদুনা উরক উরক ফাওদুনা থেক্লা খোয়না চৎলি মেল বস। রীশাংগী থম্মোয়দা অনৌবা আশা কয়া কয়াগা লোয়ননা চীংগী শংবান্নবা চীংদোল কয়াদু য়েংল-য়েংলদুনা অদুগা অমুকসু অতিয়াগী ফুইনা ফুইনা হৌরিবা নোংগী মপৈ-মপৈ কয়াদু য়েংলদুনা অনৌবা আশা কয়াগী ময়োল চোংলকপগুম মথম্মোয়দা ফাওজে।

তপ্না-তপ্না চৎলম্বদগী গাড়ীদু ঙমথপ্লিবা লম্বীদু তুংইন্না কন্না কন্না

চেনখৎলকলম্মী। পুক্লীং হুরবা চীংলোনশিং, অরাপ্পা চীংমায়গী মুশুক মুবা উপালশিং অমদি নোং তারকপা ঙায়জরিবা হাঙলবা লৌবুকশিং পুম্নমক য়েংলগা মথম্মোয়দা য়াম্না নুংশিজবগুম ফাওজে। পুম্নমকসি য়েংনা-য়েংনা মপুক্লীংদা খঙহৌদনা খল্লকই, 'নোংমা শোয়দনা লমদমসিদা পোকলরনিকো য়ারুইঙম। শোয়দনা লাক্কনি, নোংমদি মফম অসিদা য়ারুইঙম।' অসুম্না ব্রাখল অমদগী মথং অমা, অমগী মথংদগী অমা খল্ল-খল্লদুনা চৎলকলি রীশাং বস মনুংদা লায়েংনবগীদমক ইম্ফাল তম্না।

# ভাদরী

## (অসামী)

*লক্ষ্মীনাথ বেজবোরা*

শীশুরাম হৌজিক্তা লৌবুক্তগী হল্লকপতা মঙায়রি। শঙ্গোয়দা পোৎপু লাংগোন থমলমলগা পরপ পরপ ঈরুজথোক্তুনা ফি অশেংবা হোংদোক্লদুনা হাথু হাথুনা চাকখুম তম্না চঙখি। মাগী নুপী ভাদরী চাক থোংনবা শেম শারি। চাক থোংবা হৌরমদবদুদা শীশুরাম শাওবনা লোইরম্মী। য়েনশাংদু ফাওবা য়ৌনা মৈথক্তা থাঙ্গৎলমদ্রি। য়েনশাংদু থোংননবা শেম শাদ্রি। ঙাশেমথাঙদু অশিবা ৱাহোংগুম লা মথক্তা তারি। উকাবীশিংদু গঞ্জা নেশাদা উঙলিবা উৎ তৈরবা ফকিরগুম লৈমায়দা তারি। চাকখুমদনা ভাদরী মৈখুনা মমায় পুম্বা য়োমলদুনা মৈ কাম্বা লাক্লরি।

চাক লোয়রমদবদুদা শীশুরাম শাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে। অয়ুক ঙস্তাদগী করিগুম্বা চয়েৎনবা অমদগী মহাক খোয়রাং খোয়শাওনরকলবনি। মাগী অশাওবদু মরম অমদগী অমা, অমদগী অমা, মরম য়ামখৎলকলম্মী। নুমিৎতুগী নিনিগী মমাংদুসু কৃষ্ণ একাদশি ওইবনা মরম ওইদুনা লৌ খোইবা লেপখিবা তাখিবনি। চাং নাইদবনা মরিচৎ ওইবনরা নুমিৎসিগী অয়ুকসিদা ষনলাবশিংদু বেরা তৌদুনা মাবু ওম্থোক্লসু ৱাহনখি। সিদা নত্তা অয়ুক্তা শীশুরাম মাগী য়ুমলোন্নবা বাহুৱাগা ইম্খোল খোপচিন্নবগী শাথীনা খৎনখি। খৎনবদু মমৈথংদা মৈরিকপিদগী মৈজাওবী ওল্লকখি, তৌইগুম্বসুং মমৈদা বাহুৱা ওইরকপা য়াবগী তমথীবদুদগী কিবনা নাথৈদুনা চেনখি। নুপানা শাওরগা মাগী নুপীদা তাইনবা মহৌশানি। হৌখ্রবা থৌদোক অমদসু বাহুৱাবু শাওবদগী শীশুরামনা মতম চানা শন শজিক পীজদে হায়না তাইশিন্দুনা হন্না হন্না ভাদরীবু ফুদুনা শাওথৈখি।

পৃথ্বী মাতাগুম তপচরবী ভাদরী চৈনাখোল কয়াদু কপলাওবা অমত্তা য়াওদনা তুমিন্না খাঙদুনা লৈখি। তশেংনমক অসিগুম্বা নোংমা নোংমগী পুম্নীদা ফংবা দন্দি, ফুচৈবা অমদি মীচৈ কয়াসি তূম্বা চাবগুম্বনি, য়ুম পাল্লবা পুম্নীগী

হকথেংনদবা য়াদ্রবা মথৌদাংনি হায়না মথম্মোয়না চেংনা য়াজখি। মাগী হায়ববু মপুরোইবা শীশুরামদা মাগী লৈজবা পুন্নমক কংথোকপা অসিনি।

অদুম ওইনমক হিরম খুদিংমক্কী অরোইবা অমমমদি লৈবা হৌনশানি। তাইবঙ শুপ্পবু কোনশিনবিরিবা পৃথ্বী মাতাফাওবা করি করিগুম্বদা খাঙঙমদদুনা য়ুহার হারকই। অদুনদি, তোল্লবী ভাদরীসু খাঙবা ঙমদবনা থম্মোয় পুৰা ঙমদদুনা নোংম্না ফাদোক লানহৌরকপা মশানা তাবা নত্ত্রা?

ভাদরী মমলবা মৈখুরক্তা মৈকাম্বা লাকনবদা মাগী লৈজবী পাঙ্গল পুম্বা লোইগ্রে। শীশুরাম, ভাদরীবু উরগা শাওবগী ঙমখে লৈখিদ্রে অমসুং চৈরকই, "হে হুইগী মচা! নঙবু, হৌজিক ফাওবা চাক লোইদ্রিবা করিগীনো? নুমিৎসি অসুক থেঙলে হায়বা নমিত্তু উদ্রা?" মাগী মমায় মমিৎতু শাওবনা হায়ফম খঙদবমখে ঈ কারম্মী।

মৈখুরক্তগী মমায়দু লৈথোক্লদুনা ভাদরী, শাওনা খুন্নকই, "চাকপু ঐনা ইকোক্কী শমসি থারগা থোংউ হায়ব্রা? ইমুংসিদা শিংজা অমত্তা লৈতবনি। অচোংপা শিংসি চাকপা ঙমনবা ঐসু ইপাঙ্গল পুম্বা ফুদোক্তুনা কামলিবনি। নঙগী নকোক্তুবু পুন্নমকসি করিমত্তা উবিদ্রিবা করিগীনো?" চোকথরবা মাগী মিংকী পাশিংদু পুমচোৎ চোংলি।

"করি হায়বা! হে লমসাই মচা!" মখাচিক্লা শীশুরামনা হায়রকই, লেংজুম অনি শুগংলদুনা ভাদরী তম্না লৈমায়দা তরক্ল ঙশেমখাঙদু অপ পায়দুনা মনঙ্গদা য়ানশিনখি। থম্মোয় কায়রবা চৈনাখোন্দুদা ভাদরী অরোইবা খোঞ্জেলদা লাওরকখি। তাবদা শীশুরামগী ময়াম্বা কিনারাম পাখংনা চেনশিল্লক্তুনা মনাওগী মখুৎ ফাখি অমসুং মাঙ্গোললোমদা চিংথোরকখি। উপাই লৈত্রবী ভাদরী ঈখেঙ মরক্তা ব্রাম্থখি।

মমৈথংদা ভাদরী হোসপিতালদা জ্ঞান খরা খরা লাকপগুম ফাওই। ভাদরী মাগী ব্রাখলদা মাগী ফমুং মনাক্তা কনাগুম্বা অমবু লৈত্রা হায়না য়েংই, কাগী অকোয়বদা অমুক তপ্পা তপ্পা য়েংই। মতৌদুদা ফমশেন্নবা অমা চংঙক্তুনা মাবু মুন্না য়েংলি। ভাদরীনা য়াম্না তপ্পা খোঞ্জেলদা মথম্মোয়দা ঈখৌ লাংনা হংঙকই, "মাবু কৈদা লৈপ্রবগে?"

"কনাবুনো নঙনা হংলিবদুবু?" ফমশেন্নবনা অমুক হংঙকই।

মপুক্লীং লৈতাদবগী মতৌদা ভাদরীনা হায়রকই, "ঐগী ইপুরোইববুনিনে, ইবুংঙো।"

"ওহ্! শা অদুরো? মা হৌজিক লোক্কপ্তা থমখ্রে।"

"ইবুংঙো, মহাকপু মফমসিদা অমুক্তা লাকহনবিয়ু" য়াম্না উপাই লৈত্রবগী মতৌদা ভাদরীনা হায়জরকই।

"কমদৌনা মা লাক্কদৌরিবনো? মহাক হৌজিক থানাগী খুত্তা লৈ। মাগীদমক করিসু খল্লুগনু। মাবু নীংশিংলবদি নশাদু অমুক হেন্না শোকচিল্লকপা য়াই।"

ব্রাহ্মেশিংদু তাবমক্তদা ভাদরীগী মিৎলুশিংদু য়াম্না নিংঙমদবগী মতৌদা উইশিনখি অমসুং থংনবা মিকুপ্তা খঙহৌদনা জ্ঞান মাঙখিরম্মী। খুদক্তা ডাক্তরদা পাও পীখিরম্মী। ফমশেন্নবদুনা মরম খিবিক্তু ডাক্তরদা তমখিরম্মী। তারগা ডাক্তরনা খঙলে মদুদি শীশুরামবু পুরকপা নত্রবদি অনাবগী ফিভম হেন্না শোকচিল্লকপা য়াই হায়রক্লম্মী। ডাক্তরনা শীশুরামবু ভাদরীগী নাক্তা পুরকনবা শীন্ননবা খঙহনখি। ভাদরীনা জ্ঞান হেক লাকপদা মপুরোইববু উহন্ননবা শীনগদবনি হায়বিখি।

মথংগী অয়ুক্তা, জ্ঞান লাক্লবা মতমদা ভাদরীনা মাগী শীশুরামবু তপ্না তপ্না মাগী কোক্কী শমশিংদু মখুৎনা নাম্থবিরদুনা ফমলম্বদু উরম্মী। উবমক্তদা, মপুরোইববু য়েংজরগা মাগী অব্রা-অনা খিবিক কোকখিবগুম ভাদরীগী মথম্মোয়না পেনবগুম লৈতানা স্বর হোম্থজবগুম ফাওরি। মচিন্বান্দা মোমোন নোকলকই অমসুং তপ্না ব্রা ঙাঙলকই,"কমদৌরিবগে নঙবু? নঙবু অয়ুক নুংদাংগী চরা মতম চানা চারিবরা? নঙনা চাক থোংজবদু য়াম্না হৈনরিরোই হায়বা ঐ খঙই। অদু ফরে, নোংমা নিনিদদি ঐসু ফরগনিদনা। ঐবু য়ুমদা পুবিরোনে। ঐ ঙম্বমখে নঙগী নতেং পাংলগেকো।" খঙহৌদনা শীশুরামগী মায়থোঙদা পিগী ঈচেল অনি লৎপা লৈতনা চেম্থরকখি। ডাক্তরনা মাগী ফমুং তম্না চংলকপদু উরগা ভাদরীনা হায়জরকই, "ও ইবুংঙো, বাবু, মহাকপু মরাল শীবিগনু। মাদি মরাল লৈতবনি, য়াম্না চমজবনি, মহাকপু কনবিয়ু; নঙোন্দা ঐনা হায়জরি ঐগী ইপুরোইববু ঙাকপিয়ুনে। ঐ ইশা ইথক্তনা থাঙদু তম্না তুশিল্লুবদগী ঐহাক শোকচবনি।" মাগী মিৎলু অনিদা পিরাংগী ঈফুৎ কাখৎলকলম্মী।

ডাক্তর, ফমশেন্নবা অমসুং শীশুরাম ভাদরীগী ৰাহৈশিংদু তারগা তুমিন তুমিন লৈনখি, ৰা অমত্তা ঙাঙনদে। শীশুরাম মাগী থম্মোয়নুংদা ফুমদুনা চাকলম্বা অৰাবদু খাঙজিন্দুনা থমজবা ঙমলমদে। খঙহৌদনা পিকলিবা অঙাংগী মতৌদা হৌনা হৌনা কপ্পকলম্মী।

"ডাক্তর বাবু, মানা হায়রিবসি অরানবনি! ঐগী ইখুৎমক্লা ঙাশেমথাঙদুনা মাবু য়ানবনি। ঐবু ফাঁসি তৌবিবদা ঐ করিসু হায়জররোই। ও! ঈশ্বর ঐহাক পাপীনি। ঐনি ঐগী মরাল লৈজদবী নুপীবু থাঙনা য়ানবা !" য়াম্না মথম্মোয় শোক্লা শীশুরামনা হায়রকই।

হাপ্তা খরগী তুংদা ভাদরীগী অশোকপদু ফগৎলকলম্মী অমসুং হোসপিতাল থাদোক্কুনা য়ুমদা হল্লকখি। মহাক্লা মপুরোইববু মরালদুদগী কনগে হায়না কয়ারক হোৎনজখি অদুবু আইনগী থোঙদগী ভাদরী মায়থীবা ফংখি। মরালগী মতুং ইন্না শীশুরাম থা অহুম অকনবা থবক শুবা ফাদোক তাখি। শীশুরাম মোমোন মোমোন নোক্লদুনা মরালশিংদুগী দন্দি ফংজনবগীদমক জেল তম্না খোঙশানখি।

ভাদরী, মহাক্কী নুপী অমা ওইবীগী মতিক চাদবী, মগুন য়াওদবী মতৌদুদগী মাগী নুংশিজরবা মপুরোইবনা অদুক্কী মতিক পুক্সীদা অৰাবা নংলিবনি খনবদা মথম্মোয় শোক্লা মশাবু মরাল শীজখি। মহাক মশানা মশাবু অশুক তুক্কৎচনা য়েংজরিবসিমুক অতোপ্পা কনা অমনা মাবু হক্কনা য়েংলরোই খনখি।

# লৈগী খুদোল অমত্তং

(বেঙ্গলী)

*প্রভাট কুমার মুখোপাধ্যায়*

লন্দনগী মফম অয়াম্বদা নিরামিষকী হোটেল কয়ামরুম লৈ। নোংমা, ঐ নেসনেল গেল্লেরীদগী থোরকপদা ইশাসি ওম্থোক্লা চোকথরম্মী। পুং অমগুম্বা তারমলগনি, ঐহাক চাক লাম্বনা লোয়রম্মী। সেন্ট মার্টিন্স লেনগী অকোয়বদা চাক চাবা য়াবা নিরামিষকী হোটেল অমত্তং লৈব্রা হায়দুনা থিবা হৌরক্লম্মী। অয়ুক নুংথিন্দা লন্দনগী হোটেল অয়াম্বা থোইনা মী চিনদে। চাকলেন চানবগীদমক মীওই অহুম মরিদং কাশিংদুদা চঙবা উই। অহাঙবা টেবল অমা য়েংলদুনা ঐ ফমলে; লৈরম্বা খবরদু হায়ফেৎ য়েংই।

ৱেট্রেস অমা তপ্পা চঙলকলদুনা য়াম্না নোল্লুক্লা ঐগী অপাম্বা ঙাইগদবগী লেপলরি। খবর পারম্বদগী মায় হাইগত্তুনা পীরকপা মেনুদু য়েংই, অপাম্বশিংদু মঙোন্দা হায়খি, "য়াম্না ফগনি," হায়রগ্নগা ম্রোৎ প্রেৎ লাওদনা প্রপ প্রপ চৎখি।

মিকুপ্তুমক্তদা ঐঙোন্দগী পংলাপ লাপ্তবা টেবল অমদা য়েংথোক্লুবদা নহা ওইরিবী অংগ্রেজ লৈশাবী অমা ফমলিবদু উই। মহাক য়াম্না ঙক্লা অমদি করিগুম্বা খঙনিংবা অমা মথম্মোয়দা লৈবগুম্না ঐঙোন্দা য়েংলম্মী। ঐনা য়েংথোক্লুবদা মমীত্তু লৈথোকখি। মানা ঙকলিবদু করিসু অনৌবা নত্তে। অঙৌবা লৈবাকশিংদা ঐখোয়গী কুচুসি য়াম্না পামজনা তৌবা কয়া ঐনা থেংনৈ। ঐখোয়না ঐখোয়গী কুচু-কুমেনগী ইশাবু হুম্থনা খন্নবদু তশেংবমক্তি অরানবা ওইরমলে।

নুপীমচাদু চহি তরাহুমদোই-মরিমুক শুরম্বা য়ারে। মাগী লায়রবা মতৌদু মাগী ফিজোলশিংদুনা মায়থিবা পীবা ঙমদে। মশমদু জ্বায়-জ্বায় মরেংজুমদা তাই। মমীত্তু তরাও তরাওই। অৱা-অনা হকথেঙনরিবী মাল্লি। মানা য়েংথোরক্তবা

মতমদা ঐনা মাবু য়েংলি অমদি মাগী মরমদা খল্লি হায়বা মা খঙলমগদবা মান্দে। ঐগী চানবা পুশিল্লকপা কান্দুদা মাদি চাবা লোইশিনখ্রে। রেষ্ট্রেসনা মাগী বিল পীররি। বিল পুন্নমক কাউন্টরদা পীনে।

নুপীমচাদু হৌগৎলকলম্মী। মাবু ঐনা য়েংলি। মানা পৈশা পীনা পীনা য়াম্না তপ্না খোঞ্জেলদা কেসিয়ারদা হংই, "ইচে, আদা ফমলিবা নুপাসিবু ইন্দিয়ানলা?"

"ঐসু ওইরমগদ্রা খল্লি।" কেসিয়ারনা খুমখি।

"মহাকপু মতম অয়াম্বদা সিদা লাকপ্রা?"

"তোয়না লাক্তে। কৈগুম্বা মানা লাকপ্রবসু ঐ নীংশিংবা ঙমদ্রে।"

"য়াম্না নুংঙাইজরে।" নুপীমচাদুনা হায়রম্মী, ঐঙোন্দা থক্কৎলপ তৌনা অমুক্তং য়েংঙম্মী। অদুদগী অদুম চৎখ্রে। মাগী মতৌদুমক্লা ঐবু অঙকপা ওইহল্লে। করিগীনো? করি মরমগী ঙকলিবনো? মানা ঐবু য়াম্না খঙনিংবগী মতৌদুনা অমুক্কা হেন্না মাবুসু ঐনা খঙনিংলক্লম্মী। ঐনা চাবা হেক লোইবগা রেষ্ট্রেসতুদা হংলম্মী, "মফমসিদা ফমলম্বী নুপীমচাদু খঙবিব্রা?"

"খঙজদে ইবুংঙো, মহাক কনানো ঐ করিমতা হায়বা ঙমদে। ঐনা খঙজবা হায়ববু মহাক থাংজ থাংজদা চাকচাবা হেক হেক লাকই, অসিতনি।"

"অতৈ নুমিৎশিংদদি মহাক খক লাক্লা?"

"অতৈ নুমিৎশিংদদি মহাক লাকপা উদে।"

"মহাকসি কনানো খঙননবগী নঙগী উপাইকাদি লৈব্রা?"

"মহাকসি অকোয়বা অম্বাইদা দুকান ফম্বা য়াওরমগদবী মাল্লি।"

"মতৌ করম্না খঙলিবা?"

"থাংজসি তলব য়েনবা নুমিৎনি। অদুননি মানা হেক হেক লাকলিবা। অতৈ নুমিৎশিংদদি মহাক চাকলেন্দু চাবা ঙমলমদবা য়াই। মহাক মতিক চানা শেন থোকপা মীওই ওইরমদবা য়াই।"

মহাক্লা ঙাওবদু তারগা খঙহৌদনা থম্মোয় শোকখি।

নুপীমচাদু খঙনিংবগী ব্রাখলসি অসুম অসুম হেনগৎলকলম্মী। মানা করিগীনো ঐগী মরমদা থিজিল্লমলিবা? মাগী অব্রাবা অমদি নীংবা থুংদবগী

নুংনাংবা মানবা ফিভমশিংদুনা ঐবু ঙাইহাক্তা লৈতাহল্লে। নুপীমচাদুবু কনা ওইহিরিগবা? করিগুম্বা মতেং খরদং মাগীদমক পাংবা য়াবগী তাঞ্জা ফংলরোইদ্রা?

লন্দনগী দুকান পুম্নমক নোংমাইজিংদা থোঙ লোক্লি। অদুনা নিংথৌকাবা নুমিৎকী ব্রেকফাষ্ট লৌরবা তুংদা অয়ুক চুপ্পা মাবু থিবা চৎলি। সেন্ট মার্টিন্স লেনগী য়েং ওইদা লৈবা, মরুওইনা তোর্বান্দা লৈবা দুকান মচা মচাশিংদা মুন্না মুন্না য়েংলে। অদুবু মহাকপু উবা শুকফং ফংদ্রে। ঐগী ওভরকোটকী ফুরিৎখাও পুম্বা পিকচর, পোষ্ট কার্ড, পেনশিল, কুদাম অমদি তাই, অসিদা নত্তে ঐঙোন্দা করিসু দরকার লৈত্রবা পোৎচৈ কয়ানা পিক থল্লে। ঐনা হেক চংলুবা দুকান খুদিংমক্তগী করিগুম্বা খরদি হেক্তা লৈশিল্লকলে। অদুবু নুপীমচাদুবুদি ফংবা শুকলৈ লৈখিদ্রে।

চয়োলদুমা হৌখ্রে। মথংগী থাংজ লাক্লে। নিরামিষকী হোটেলদুদা অমুক্কা হন্না চঙলুরে। ঐনা হেক চঙখিবদা মহাক নহানগী মাগী ফমফমদুমক্তদা ফমলম্মী। মহাক চাক চারম্মী। ঐনা চঙশিন্দুনা মাগী মায়োক্লবদা থারিবা চৌকিদুদা ফমথে, খঙনিংবা ওইনা ঐনা, “গুড অফটরনুন।”

“গুড অফটরনুন সার,” পাখৎনা খুম্মকই। ঐনা হেক কৌরুবদা মতাং চারুবনরা কৈনো ঐখোয়নি তপ্পা তপ্পা ৱারী শানবা হৌরক্লম্মী। মানা ঐঙোন্দা হংঙকই, “অদোম্বু ইন্দিয়ানলা?”

“মানি। পী, কে, গুপ্ত ঐগী মিংনি।”

“ৱারৌবিবা য়াদে, অদোম্বু নিরামিষতমক চাবিব্রা?”

“করিগীনো অদুম্না হংলিববো?”

“ঐনা সুম তাজবদা ইন্দিয়ানশিংদি শা-ঙা চানদে হায়নৈ।”

“ইন্দিয়ানশিংগী মরমদা নঙনা করি করি খঙজবা লৈবগে?”

“ঐগী ইবুংদু ইন্দিয়াদা লৈ, মহাক সিফাইনি।”

“ঐ নিরামিষ ঙাক্তা চাবা মীওইদি নত্তে।” মাগী ৱাহংগী পাওখুম পীখি, অদুগা, “তৌইগুম্বসুং হৌজিক হৌজিক্কী ওইনদি অসিনদুম খরা হেন্না হৈনবগুম তৌরে।” নুপীমচাদু য়াম্না মথম্মোয় শোম্বগুম উই। মাগীদমক য়েংশিন খোৎচিনবিরিবসি মবুংদুমতা মঙায়রে হায়বসি খঙঙকই। হৌজিক্কা মমা

লুপ্লাবীদুগতা মাগা লৈ। অহল ওইরবীনি।

"হৌজিক্তি নবুংগী করিগুম্বা ঈ-পাওকাদি ফংব্রা?"

"মতম ফনা কুইরে টিঠিকা অমত্তা ইরক্তবা। ইমাসু পোখাফম খণ্ডব্রবনি। মীনা হায়নবদি ইন্দিয়াদদি কৈ অমসুং লিন য়াম্না লৈ অমসুং অরুমসু য়াম্না হৌনৈ হায়। মঙোন্দা কৈগুম্বা খরা থোকলমগদ্রা হায়না ইমানা য়াম্না চিংনরে। মসিবু অচুম্বরনে সায়? ইন্দিয়াদবু কৈ অমসুং লিন য়াম্না লৈব্রনে? অরুমসু য়াম্না হৌব্রনে?"

"কদাইদৈনোদা!" নোক্লা নোক্লা ঐনা খুম্মী, "মদুম্না তৌরবদবু মফমদুদা কৈদগী মী লৈগদগে?" নুপীমচাদু স্বর চনিং তানা হোনজে।

"ইমানা, কনাগুম্বা ইন্দিয়ান অমত্তংদা মদু অমুক্তং হংনিংই হায়বা কুইরবনি। মানা কনাগুম্বা ইন্দিয়ান অমত্তং উনরবদি....।" মহাক্কী মীৎলুশিংদু ঐঙোন্দা য়াম্না চঙজবগী মতৌদা য়েংলদুনা হায়রকই। মহাক্কী বাখলদু ঐনা খঙবা ঙমই। মহাক্লা ঐবু মাগী মমাগা য়াম্না উন্নহন্নিংই। ঐঙোন্দা, অমুক্তা লাকপিয়ু হায়জনবগী মথৌনা লৈতবগুম তৌই। মমাদুনা উপাই লৈতবগী মতৌদা বানা লেল্লিবদু ঐগী থম্মোয়দা ফাওরকই। ইংলেন্দগী লায়রবা ইমুং অমত্তা ঐহাক চংলুদ্রি। মতৌ করম্না মীচম মীওইশিংনা লৈবাকসিদা মপুলী লেল্লিবা মদুসু অমুক্তা হেন্না খঙনিং উনিংবা অমা থম্মোয়দা ফাওরকলমই।

"নঙগী ইমাগা ঐগা নোংমতদি খঙন-উনহল্লুদনা। ঐবু নোংমতা নখোয়গী য়ুমদা পুবিবা য়াগদ্রা? কৈদৌঙৈনো, নোংমা হেক্তা।"

তাবদা নুপীমচাদু হরাওবনা মথম্মোয় থুমহৎলকপগুম ফাওরকই।

"অদুবু হায়বিরবদি ঐ ওম্মোক্লা নুংঙাইজরে।" মহাক্লা হায়রকই, "অদোমসে কয়াম পুকচেল চাওপ্রবা মীনো? ঙসিসিমক ঐখোয়দা চৎপিবা ঙমগদ্রা?"

"করিগী ঙমদনি?"

"অদোমগী থবক অতৈদা অকায়বা ওইনদি থোকলোইকো?"

"থোকলোই থোকলোই, অরুবা অচিনবা কৈশু লৈতে। ঙসি নুংথিল চুপ্পা ঐহাক কৈশু তৌনিংঙাই লৈতে।"



মহাক ওম্বোক্না নুংঙাইজরম্মী। পম্বদনা ঐখোয়নিমক চাক চাথোকলে। অদুদগীদি থোরকলে। চৎনা-চৎনা মঙোন্দা হংই, "নঙগী-মিং খঙবা য়াগদ্রা?"

"ঐগী মিং, এলিস মার্গরেট ক্লিফর্ড কৌজে।"

"ওহ্, নহাক 'এলিস ওফ ৱন্দরলেন্দ'গী এলিসতু ওইরেকো?" ঐনা ফাগী ওইনা হায়।

"করি হায়বা?" ভিঙক তিঙক্লা মানা হায়রকই।

ইহে, ঐ শোয়প্রমাল্লে। ঐনা খল্লুবদি ইংলেন্দগী নুপীমচা ঙম্মক চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা লাইরিক্তো পারমগদবোই নীংলুই।

"ঐনা হায়বদি য়াম্না ফজখ্রবা লাইরিক অমগী মমিংনিদা।" ঐনা ফোঙদোকলুই, "লাইরিক্তুবু নহাক পাদ্রিব্রনে?"

"পাদ্রি, লাইরিক্তু ঐ পাদ্রি।"

"নখোয়গী ইমানা য়াবিগনি হায়রবদি," ঐনা মখা তাই, "লাইরিক্তু ঐনা নঙোন্দা খুদোল ওইনা পীরকপা ঙমগনি।"

ঐখোয়নি ৱারী শার-শারদুনা সেন্ট মার্টিন্স চর্চ লানথোক্লুনা চ্যারিং ক্রোস ষ্টেশন য়ৌরকলম্মী। ষ্টেশন্দগী য়েৎ-ওই অনিমক্তা ডবল দেক্কর বস কয়া কয়া খুরক হাঙদনা চৎলি। মশিং থিঙমদনা তেক্সি কয়াসু চেল্লি। অসুম লাকপনা ঐখোয়নি টেলেগ্রাম ওফিস য়ৌরকলম্মী।

"য়েষ্টমিনস্তর বস অমত্তং ঙাইখিসিদনা।" ঐনা হায়।

"অসুম খোঙনা হেক্তা লেঙসি হায়ববু অদোম য়াম্না ৱাগদ্রনে?" মহাক্লা হায়রকই।

"ৱাবগী ৱা নত্তে," খুম্মী ঐনা, "নঙগীদমক্তদি মদুনা খরা ফগদ্রা খল্লুবনি।"

*"ঐগীদি কৈশু খনবিরুনু। ঐদি নুংতিগী খোঙনদা চৎচৈ।"* তাঞ্জাসিমক্তনি ঐনা মহাক করি থবক তৌরিবগে হংনবগী খুদোংচাবদু। অংগ্রেজ চৎনরোন্দা করিগুম্বা অমা হংবদা ইশম শম্না দোক দোক হেক্তা হংবসি কয়া চৎনদে। ঐখোয়না নাথৈদুনা নিয়ম কয়াদুগী নিংতম্বা লৌনদবসু নত্তে। খুদম ওইনা ট্রেন তোংদুনা চৎমিন্নরিবা শকখঙনদবা কনাগুম্বা অমদা, "অদোম্সু লম শাংনা

লেঙবিগদৌরিব্রা?" হায়নদি হংনৈ অদুবু, "অদোম কদায়দা লেঙবিগদৌরিবনো?" হায়না হংলুরবদি য়াম্না লৱাইমচা তানা খন্নে। পাওখুম পীরকপা তারগদি, "ঐ শিগুম শিগুম্বা মফমদু য়ৌজগনি" নত্রগা করিগুম্বা মহাক্না মাগী পম্বুংফমদু খঙহনিংলমদবা ওইরগদি, "পংলাপ লাপ্না চৎচরোই।" হংলিবদুগী পাওখুমদু মতৌ অসুম্না চৎনরোল খরগী পংখৈদা থমনৈ। ঐসু মদু খল্লদুনা নুপীমচাদুদা হংলুই, "নহাকপু মসিগী লম্বেলসিদা য়াম্না তোয়না চৎপ্রা?"

"চৎলি।" মহাক্না খুমলকই, "সিভিল সার্ভিস স্টোর্সতা ঐহাক তাইপিষ্ট ওইনা থবক তৌজে। নুমিদাংৱাইরম খুদিংদা ঐ লম্বেলসিদা চৎচৈ। ঙসিতবু থাংজ ওইবগী খরতং ঙন্না লাকচবনি।"

"ঐখোয় এমবেঙ্কমেন্টলোমদা চৎপনা ফরোইদ্রা? ট্রেন্দদি মী য়াম্না চিল্লমগনি।" ঐনা হায়রদুনা মাগী মপামবোম পায়রদুনা য়াম্না চেকশিন্না লম চিংদুনা লম্বেলদু লাম্ছোক্লবা হোৎনৈ। এমবেঙ্কমেন্ট হায়না খঙনরবা লম্বেলদু টেমসকী অৱাং থংবা তোর্বান্দনি। "নঙবু লম্বেলসিদা তোয়না তোয়না চৎপ্রা?" লম্বেলদু হেক য়ৌবদা মঙোন্দা হংই।

"চৎতে। চুম্মী, মফমসি মীদি কয়া চিনদে অদুবু মফমসিগী মীশিংসে অয়াম্বনা য়াম্না মোৎলি। অদুনা ট্রেন্দ অমসুং ৱাইতহোলদা চৎচবনা নুংঙাইজে।"

নৌরিবী অমসুং চমপ্রবী নুপীমচাসিনা ঐবু মায়থীবা পীখ্রে। ঐ মসি য়াই। অংগ্রেজ সমাজগী হৌন-লোনচৎ ফজবসিদা ঐহাক্না ইকায়বা নংলিবসি হন্দক্কীসিনা অহানবা নত্তে। ঐখোয়নি ৱেষ্টমিনস্তর ব্রিজলোমদা চংশিল্লকলম্মী।

"ঐ, নঙবু মিস ক্লিফর্ড হায়না কৌশিরা নত্রগা এলিস হায়না কৌরা?"

"ঐদি মপুং ফাদ্রিবী নুপীমচানি। কৌবিনিংবা অমা হেক্তা কৌবিবা য়াই। ম্যাগি হায়না কৌবিবসু অদুম য়াওই," নোক্লদুনা মানা হায়রকই।

"নঙবু মপুং ফাবী নৈশাবী ওইনিংলব্রনে?"

"ওইনিংলে।"

"করিগী ওইনিংলিবা, অমুক্তা হায়যুদনা।"

"ঐনবু মপুং ফানা চাওরক্লবদি ঐগী থবক্কীদমক চপ চানা তলব ফংগনি, অদুগীনি। ঐগী ইমাদু য়াম্না অহল ওইরে।"

“নঙনা তৌরিবা থবক্তুবু নঙ য়াম্না পামজব্রনে?”

“পামদে। য়াম্না মেকানিকেল ওইমল্লি। ঐদি ঐগী কোক্লা তৌবা য়াবা থবক পামজে, মাথা খরা চলাইবা য়াবা, সেক্রেটরীগী থবক্তুন্বা।”

পার্লিয়ামেন্ট হাউস মমাঙদা সন্ত্রীশিং হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি। মফমদুদগী ওইরোমদা লাকপনা থোং লাম্ভোকলক্লে অমসুং ল্যাম্বেৎ য়ৌশিল্লক্লক্লে। মফমসিগী য়ুমলৈ-কৈরৈ, কয়া জুগোৎ চানা লৈবা উদে। “করিগুম্বা ঐনা সেক্রেটরী ওইবা তারবদি,” ম্যাগিনা হায়, “মফমসিদগী ইমাবু পুদুনা অতোপ্পা মফম অমদা লৈগনি।”

“করিগীনো নঙনা নঙগী অশেংবা মিং কৌহন্নিংদদুনা মীনা কৌবিবা মিংদুনা হেন্না পামলিবা?” মোৎলবা ফিজোল শেৎপা থবক শুবা মীরক্তু ফাওনা-ফাওনা ঐনা হঙই।

“ঐগী ইমাগী মিংসু এলিস কৌই অদুগা কৈগুম্বদনা ঐবু ঐগী অনিশুবা মিংদু হেক হেক কৌবিরম্মী। অদুদগী ঐগী ময়াম্না খঙনবা মিং অদুম ওইখি।”

“নঙগী দ্যাদিনা নঙবু ম্যাগি হায়না কৌবরা নত্রগা ম্যাগসি হায়না কৌব্রা?”

“মহাক্লা থব্রায় য়াম্না নুংঙাইরকপা কান্দা ঐবু ম্যাগসি হায়না কৌই। অদু অদোম্না করম খঙবিবগে?”

“চুম্মী, চুম্মী,” ঐনা কল্লপ্পা হায়দোকখি, “ঐ ইন্দিয়াননি, নঙ খঙলেদনা। ঐখোয়দি তুংদা থোরক্কদবা থৌদোক য়াথোক কয়া খঙনবগী মিত্রং হৈ।”

“মদুমক ঐ হান্না তাজরে,” খুম্মকই মানা।

“তশেংব্রনে?” ঐ ঙকলপ তৌই, “নঙনা করি তারিবা?”

“ঐনা তাবা হায়ববু ইন্দিয়াগী মীওই কয়াদি যাদু হৈ হায়নৈ। মখোয়দো যোগী হায়নসু কৌই হায়। অদো, অদোমদি যোগীমক্তি নত্তেদনা।”

“ঐসে যোগী নত্তে হায়বসে মতৌ করম্না খঙলিবা নঙদি।”

“যোগীশিংদি শা-ঙা চাদে হায়।”

“অদুগীরা অহানবমক্তদা নঙনা ঐবু নিরামিষতমক চাব্রা হায়না হংখিবদো?”

মহাক নোকমি-নোকমি তৌরকই, পাওখুমদি পীরক্তে। পিল্লবা গলি অমদা

চঙশিল্লি অমসুং থোঙ অমগী মনাক তম্না চঙশিল্লি। ম্যাগিনা ফুরিৎখাওদগী পিকতক তৌবা পৌরোলগী শো অমা লৌথোরকই অমসুং থোঙদু হাংদোকই। মহাক চঙশিনখি অদুগা হায়রকই, "ইমা, সিদা অমুক্তা চংঙকউ।"

ঐসু কা অদুদা চংশিল্লে, ম্যাগিনা থোঙদু লোনশিনখ্রে। শিরিরোমদা চংশিনখিদুনা খরা হৌরপ্পা খোঞ্জেলদা, "ইমা, নঙবু কদায়দা লৈবগে?"

"ইবেম্মা, ঐ চাকখুমদা লৈয়ে," খোঞ্জেলদু মখারোমদগী ঙাওঙ কপনি, "অসিদা কুমথরকউদনা।"

পন্নিংবা অমত্তং লৈ মদুদি লন্দনগী লন্বী পুম্নমক লৈমায়দগী ব্রাংখৎনা লৈ। চাকখুম অয়াম্বা লম্বেলগী মখাদা লৈনবা ঙাক্তনি।

ঐবু হৈনরন্নরোইদ্রা হায়বগী মওংদা ম্যাগিনা, "অদোম ব্রারৌবিগদ্রা?"

"কৈশু কায়দে, কৈশু কায়দে। কুমথসিনে।" ঐনা হায়খি। শিরিগী থাকশিংদু কুমথদুনা চাকখুম য়ৌরম্মী।

"ইমা," ম্যাগিনা চংশিল্লদুনা হায়, "ইন্দিয়াদগী শকনাইরবা ভদ্রলোক অমা নঙবু উনবিগে হায়দুনা লেঙঙকলি।" "ও, কদায়দা লৈবগে মহাক্তো?" অহল ওইরবী নুপীদুনা য়াম্না ঈখৌ লাংবগী মতৌদা হায়রকই। নোকমি নোকমি তৌরদুনা ম্যাগিগী তুং ইল্লদুনা চাকশঙদা চঙশিল্লি। ঐবু শক তাকপা ওইনা, "সিদা লেঙলক্লিবসি মিস্টর গুপ্তনি ইমা," ঐঙোনলোমদা অমুক ওনশিল্লদুনা, "মিস্টর গুপ্ত, মসিনা ঐগী ইমানি, মিসেস ক্লিফর্ড।"

"করম করম তৌবিরিবগে?" ঐনা খুৎ শোক্নগদবগী তিংথোকই।

"ব্রারৌবিবা য়াদে, ঐগী খুৎসি!" অসুম্না ঙাওলদুনা মখুৎ অনিদু পায়শিল্লদুনা ঐবু উহল্লকই। মখুৎ অনীমক য়াম তৈ। "ঙসিদি থাংজনি," মানা মখা তারকই, "ঐ তল হৌগে তৌজরি। নুমিদাংব্রাইরমদা মী য়াম্না লয়বা লাক্কনি। লন্বী নাকন্দা থাদুনা য়োল্লুগদৌরিবনি। মসিনি ঐখোয়গী পুন্সী মরেন হায়ববু, ওম্ফোক্লা ব্রাপ্রবা জাৎনি।"

থাংজগী নুমিদাংদা লায়রবা লৈকাইশিংগীদি চাওরবা কুম্মৈগুম্বনি। মশিং থীঙমদনা অইম্বা গাড়ীদা মৈ থাল্ল-থাল্লদুনা হীরম খিবিক্কী পোৎচৈ য়োল্লি, লন্বী পুম্নমক অতৈ নুমিৎশিংদগী য়াম্না হেন্না মী চিল্লি। লায়রবা মীওইশিংনা থাংজ

থাংজদা মখোয়না শুজ নোমজরুবদুগী অৱামন হেক হেক ফংবগা, খরা খরতংদা ওইরবসু খরচ তৌথোকপা ঙমজে।

তল হৌনবা পোৎচৈ কয়া, য়াম, চিনি, ঘী, কিসমিস, য়েরুম অমসুং অতে অতে ঙম্নমক চাকশঙগী লপ্তা ঙম্না লৈ। হৌজিক্তা হৌবা লোইরবা তল কয়ামসু তিন অমদা হাপ্তুনা লৈ।

"অসিগুম্বা লায়রবা ইমুংগী চাকশঙ অমদা ফম্বসি অদোমদি ওহ্নোক্লা হৈনবিরমলোই, নত্রনে?" মিসেস ক্লিফর্ডনা হায়রকই, "ঐগী থবক্তি অয়াম্বা লোইশিঞ্জরে। ম্যাগি, ইবুংঙোসিবু নঙগী ফমফমকাদা পুশিল্লুনে। ঐসু চঙঙককে।"

"নত্তে, নত্তে" ঐনা হায়, "ঐ মফমসিদা অসুম ফমলগা নুংঙাইজে। অদোম্না হৌবা তলশিংসে য়াম্না হাওরমগনি, শোয়দনা হাওরমগনি হায়না থাজে।" মিসেস ক্লিফর্ডনা ঐবু থাগৎলদুনা নোকলকই।

"ইমাদি মিথাই শাবসু য়াম্না হৈ। অদোম মহাও তংদুনা য়েংবিগেরা?" ম্যাগিনা উপু অমা হাংদোক্লগা তিন অমা পুথোরকই। ঐনা মিথাই কয়া চারে অমসুং মখোয়বু থাগৎলম্মই।

"ইবুংঙো, ইন্দিয়া হায়বা লৈবাকসিবু কমদৌ কমদৌবা লৈবাক্নো?" মিসেস ক্লিফর্ডনা মাগী থোং থাকপা লোইশিন লোইশিন্না হংলকই।

"য়াম্না ফজখ্রবা লৈবাক্নি।"

"লৈবদা য়াম্না নুংঙাইবা জাৎলা?"

"নুংঙাই। মফমসিদৌনা য়াম্না ঈংবা লমদমসু নত্তে। খরদি শাই।"

"মফমদুদা লিন অমসুং কৈ য়াম্না লৈব্রা? মখোয়না মীবু চিক চিক্তুনা হাৎপ্রা?"

"মদুদি থাজবিরুগনু," নোক্লদুনা ঐনা হায়, "লিন অমসুং কৈদি উমং-রামংদা লৈজবনি। মখোয়না মীরক্তা চংলকলবদি মখোয় অদুম শিজরেদনা।"

"অদুগা অরুমদি?"

"ইন্দিয়াগী করিগুম্বা মফমশিংদা অরুম হৌবসি থোক্লি। মসি মতম পুম্বদা অমদি চহি চুপ্পা অদুম তৌবদি নত্তে।"

“ঐগী ইচাদু পঞ্জাবতা লৈ। মহাক সিফাইনি। পঞ্জাবসিবু করম্বা লমদমনো?”

“পঞ্জাব য়াম্না নুংঙাইবা মফমনি। মফমদুদা অরুম হৌবগী চাংসি য়াম্না হৈ। য়াম্না হকচাং ফবা মফমনি।”

“তাবদা ওহ্নোক্লা নুংঙাইজখ্রে,” মিসেস ক্লিফর্ডনা হায়রকই। তল হৌবদু পুমলোই লোইরে। “ম্যাগি” মহাক্লা হায়রকই, “মিস্টর গুপ্তবু মথক্কী কাদা ফমনবা তৌসিদনা। ঐসু খুৎ-শা হামদোক্লগে। চা পুরক্লবা তৌগে।” ম্যাগিনা মখোয়গী ফমফম কাদুদা লমজিংলদুনা ঐবু পুরম্মী। কা অদু য়াম্না চম্মী, টেবল চৌকিনচিংবসু মশিং য়ামদে। গালিচাদু য়াম্না মল্লে, খরা খরসু শেগাইরে। অদুম ওইনমক মোৎপদি নত্তে, তশেং তশেংই। ম্যাগিনা পর্দাশিংদু হাইদোক্লগা থোঙনাওশিংদু হাংদোকই। মিংশেলগী লাইরিক উপু অমসু লৈ। মদুগী মনাকমক্তদা ঐ লেপ্পি।

মিসেস ক্লিফর্ড ত্রে অমদা চা পুদুনা চংঙকই। চাকখুমগী ফিজেৎ লৈতেংদু হৌজিক অমত্তা শেৎলকত্রে। চা থক্লা থক্লা ঐখোয় ভারতকী মরমদা ৱারী কয়া শাই। মানা মচানুপাগী ফোতো অমা ঐঙোন্দা উহল্লকই। মদো মচানা ময়ুম থাদোকলমদাইদা নমহৌবনি হায়। মাগী মমিংদু ফ্রান্সিস নত্রগা ফ্র্যাঙ্ক হায়না কৌই হায়। মবুংনা মাগী বার্থদেদা থারকপা লাই মখল কয়া য়াওবা লাইরিক অমসু পুথোরকই। শিমলা অমসুং মদুগী অকোয়বদা লৈবা চীংমাই কয়াগী ফোতো য়াওরি। মনুংগী লমাই অমদা ইরি, ‘ম্যাগিগী মপোক নুমিৎকী য়াইফ-পাওজেল ওইনা নুংশিজরবা মবুং ফ্র্যাঙ্কনা তমজবা খুদোল।’

“ম্যাগি, মিস্তর গুপ্তদা খুদোপতু অমুক্তা য়েংহল্লুদনা।”

“নবুংনা খুদোপকাসু থারকপ্রা?” ঐনা হংই, “করম্বা মখলগী খুদোপনো অমুক্তা য়েংশিদনা?”

“যাদুগী খুদোপনি।” মানা হায়রকই, “যোগী অমনা মঙোন্দা পীরকপনি হায়।”

মানা মদু পুথোরক্তুনা ঐঙোন্দা য়েংহল্লি অমসুং হায়রকই, “মসিদা, হৌখ্রবা অমসুং তুংদা ওইরক্কদবা কয়া কয়া উবা ঙমই হায়। উব্রা অমুক্তা য়েংবিয়ু।”

মিংশেল কাংলোন য়েংবগী ব্রা কয়া ঐ তাত্রে। খুদোপ্তুদা মশেক মণ্ডাল কয়া কয়া তারবা হিরাগুম্বা নুঙ অমসু য়াওরি। ঐনা লৌদুনা মুন্না য়েংই।

"ফ্র্যাঙ্কনা মসি থারকপা কান্দুদা," মিসেস ক্লিফর্ডনা হায়রকই, "মানা অসুম্না ইরকখি, নুংদা মুন্না খল্লগা, পুক্লিং অনী লোঙদনা মদুদা মীৎকুপ্তুনা য়েংলবদি মহাকপু উগনি অমসুং মহাক লাপত্রবা লমদমদা লৈত্রবসু হৌজিক হৌজিক করি করি তৌরিবগে, মদুসু খঙগনি, হায়রকই। যোগী অদুনা ফ্র্যাঙ্কতা অসুম্না হায়রকই হায়। ম্যাগি ঐখোয় অনিনা কয়ারক হন্না পুংজা কয়া কয়া য়েংলে, অমদি মতম যনা কুইশিল্লকলে মাগী পাও অমত্তা তাদবা। অদুবু করিগুম্বা অমত্তসু ঐখোয়না উবা ফংদ্রে। অদোম্না অমুক্তা য়েংবিয়ু। অদোমদি হিন্দুনি। অদোমদি শোয়দনা উবা ফংগনি খল্লি।"

ও, অন্ধবিশ্বাস হায়বসিদি ভারত্তদা তুঙদুনা লৈতবা জাৎ ওইরে। ম্যাগি মমা মচাদা খুদোপ্তু কৈগু লৈতবা পিপ্পাই মচেৎ অমদা অচম্বা মিংশেল মচেৎ অমা নপশিনবতনি করম্না হেক্তা হায়রসিগে? মখোয়গী থম্মোয়দা মঙলৈবাক্লন্নবা লাপ্লবা ভারত্তগী ফ্র্যাঙ্কনা হায়রকপা মিত্রংগুম্বা ব্রাহৈশিংদু মখোয়না কয়াদা থাজনা থমখ্রবা। ঐনা মখোয়গী থাজবদু করম্না লৈখা তাহনসিগে? মিসেস ক্লিফর্ড অমদি ম্যাগিনা য়াম্না কন্না তকশিল্লকপদুদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা ঐনা খুদোপ্তুদা মিকুপ কয়া য়াম্না মুন্না য়েংলে, "ঐ করিগুম্বা অমত্তা উবা ফংজদে," অসুম্না হায়, খুদোপ্তু থম্মী।

মমা মচাদু ওষ্ঠোক্লা মপুক্লিং লাংতক্লরে। মখোয়গী লাংতক্লবদু খরতং নাথৈনবা ওইনা ঐনা হায়খি, "ও, ভাইওলিন অমা লৈনা! মসি নঙগীনি, নত্রনে ম্যাগি?"

"মানি।" মমানা খুম্মকই, "ম্যাগিদি য়াম্না ফজনা খোংবা হৈ। ম্যাগি, ঈশৈ অমত্তং খোংঙকউদনা।"

"হেরা ইমা!" ইকাইরপ তৌবগী মওংদা ম্যাগিনা হায়রকই।

"ম্যাগি" ঐনা অমুক হায়, "চানবিদুনা অমুক্তদি খোংভুদনা। ঐ ভাইওলিন তাবা য়াম্না পামজেনে। ঐগীসু য়ুমদা নঙগুম্বী ইচন অমা লৈ। মানা ঐঙোন্দা খোংদুনা কয়া তাহল্লি।"

"ঐনা খোংবদি সুর শুবা, তাবা য়াবা জাৎ নত্তেদা," হায়রকই ম্যাগিনা।

মমৈদা, ঐনা কন্না তকশিনবদুদা মহাক লৈথোকপা ঙমদ্রে, খোংবদা তারে, হায়রকই, "ঐদি ঈশৈ য়াম্না হৈজবা জাৎ নত্তেদা অদোম্না তাবিনিংলিবদুবু করম্বা ঈশৈনো?"

"ঐবু খল্লুরনে? অদুদি ঐঙোন্দা ঈশৈশিংদু অমুক্তা পীরকউ। করম করম্বা য়াওবগে অমুক্তা য়েংগে।"

ম্যাগিনা লিরবা শউনগী অমুবা ম্যুজিক কেস অমা পুথোরকই। ঐনা হাংদোকই। অয়াম্বা আধুনিক ঈশৈ ঙাক্তনি। 'গুদবাই দোল্লি গ্রে' 'হনিশক্কল এন্দ দ বী' অসিনচীংবা। খরা লিজরবসু য়াম্না পুক্লিং হুরবা ঈশৈ কয়া য়াওরি। মখোয়দি- 'রবীন আদাইর' 'এন্নি লাওরী' 'দ লাস্ত রোজ ওফ শম্মর' অসিনচিংবা কয়া। স্কোটিস ঈশৈ কয়াসু য়াওরি। ময়ামদুদগী ঐনা খল্লে 'দ ব্লু বেলস ওফ স্কোটলেন্দ' অমসুং ম্যাগিদা পীরে। ম্যাগিনা ওম্থোক্লা ফজনা খোংদুনা তাহল্লে। সুরদু ঐগী থম্মোয়দা নিন্দুনা অদুম লৈরে।

ঈশৈদু লোইরবা তুংদা, মাগী হৈজরিবা বিদ্যাদু অরেম্বদা মাঙহঞ্জরেদকো হায়রদুনা মাবু থাগৎ ব্রাহে কয়া হায়রমই। "ম্যাগিসে লাইরিক লাইশু তম্বগী খুদোংচাবদু মপুক্সীগী ওইনা ফংজদ্রবনি।" মিসেস ক্লিফর্ডনা হায়রকই, "খরদং খঙজরিবসিশু মশা মথন্তনা হোৎনজবদগীনি।"

"ম্যাগি, খরগা অমুক্কা তাহনখোদনা" ঐনা হায়, ম্যাগি হৌজিক্তি ইকাই হঙ্গোইবা লৈরক্তরে, "করম্বা ঈশৈ তৌজরকউগে?" মানা হায়। ময়েকশিংদু ঙম্না য়েংলে। অব্রাংবা থাক্কী মীওইশিংনা পাম্না তান্নবা অরুবা ঈশৈ অমত্তা য়াওদে। মফমসিগুম্বা লায়রবা লৈকায় স্বাইদা মখোয়দুগী খোম্থাং ফাওবা য়ৌরক্রুবোরে, ঐনা খল্লি। মমৈদা চমতক তৌবা ক্লাসিকেল ঈশৈ অমা থেঙনৈ, গৌনড ওপেরাগী 'ফাওষ্ট' ড্রামাগী 'ফ্লবার শোং' নি। ঐনা মদু খন্দোকই অমসুং মঙোন্দা হায়, "মসি অমুক্তা তাহল্লুবা।"

ম্যাগিনা খোংদুনা তাহল্লমই। মাগী ঈশৈদু লোইরকপা কান্দা ঐদি ঙকখিবনা ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙলমদে। মরমদি থম্মোয়নুংদা খঙহৌদনা ফাওরকপা অমা লৈ মদুদি নোংচুপ লমদমদা করম্বা মখলগী কলচরগী শক্তিনা অসুক হন্থনা লৈরিবা

মীওই কয়াদা ফাওবা মপুং ফানা চাওখৎপগী মমি চপ মান্ননা, খেৎনবা লৈতনা তারিবনো অসিনি। অসিগুম্বা তোল্লবা থাক্কী মীওই মরক্তা লৈবী ওইদুনসু ম্যাগিনা ঈশৈদুগী ছন্দ পুম্নমক ওম্থোক্লা ফজনা খোংখি। মশক নাইরবা কোলকত্তাগী ব্যরিষ্টর নত্রগা অৱাংবা থাক্কী মীওইশিংগী, ম্যাগিগী লোঙ্গা ওইবী মচাশিংনা মাগুম্না হেক হৈরমলবদি লৈবাক শরা শন্না থাগৎনগনি।

"মদুসু নথন্নতা তমদুনা হৈজবরা?" থাগৎ ৱাহৈ কয়াগা লোয়ননা ঐনা হংই।

"নত্তে, মসিমদি ঐ ইথন্তনা হৈজরকপা নত্তে। ঐখোয়গী চর্চকী পাষ্টরগী মচানুপীদগী মতেং কয়া লৌদুনা খঙজরকপনি। অদোম্বু ওপেরাগী মরমদা কুপ্না খঙবিব্রা?"

"ওপেরা কৈনো হায়বা ঐদি খঙদে," খুম্মী ঐনা, "অদুবু, 'ফাওষ্ট' তি য়েংলে। ইংলিস লোন্দা। লিশ্যমদা গেটেগী 'ফাওষ্ট'।"

"লিশ্যমদা। অদুদি আর্ভিংনা শাব্রা?"

"মান্নি। নহাক আর্ভিংবু উরবরা?"

"উদ্রি, ঐ কৈদৌঙৈদা ৱেষ্ট ইন্দ থিয়েটরদা য়েংজদ্রি" ম্যাগিনা ইকাইরপ তৌনা খুম্মকই, "ঐ আর্ভিংবু অমুক্তা উদ্রি। দুকানগী থোংনাওদা থেৎপা মাগী ফোটো অদুতং নত্তনা মাবু খক উজদ্রি।"

"হৌজিক হৌজিক আর্ভিংদি 'মার্চেন্টস ওফ ভেনিস', তা কুমলি। করিগুম্বা মিসেস ক্লিফর্ড অমসুং নহাক্না শংলবদি নোংমতং ঐগা লোয়ননা য়েংমিন্নরবদি ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজগনি।"

তাবদা মিসেস ক্লিফর্ড হরাওনা য়ারকই। "করম্বা মতমদনা ফগদগে?" হঙই ঐনা, "নুমিদাংৱাইরমগী শোনা ফগদ্রা, নুংথিলগীনা ফগদ্রা?"

লন্দন থিয়েতরগী মরমদা পঙনিংবা খরদং লৈ। কোলকত্তাগীগুম নত্তনা, হায়বদি লীলা অমা হেক য়েংনকুরগা লীলাদুগী মরমদা মোত কয়ামকুম ফোঙদোক্ল রকপনা মরম ওইদুনা অয়াম্বা নুমিদাংদা উৎনৈ।করিগুম্বা থিয়েটর খরদদি য়ুমশকৈশা নত্রগা থাংজদা নত্রগা নুমিৎ অনিসিমক্তা মেতিনি শো হায়দুনা নুমিৎ য়ুংবা মতুংদা উৎনবসু য়াওই। লীলা অমা উৎপা হেক হৌখ্রবদি, মদো মপুং

ফানা ভাবোক হেক লৈরিমখৈ নুতিগী উৎলি। করিগুম্বা লীলা খরদি থা অনি চুপ্পা অদুম তৌদুনা লৈ; খরা অমদি থা তরুক ফাওবা শাংথনা উৎপসু য়াওই। খরা নুংঙাইবা ম্যুজিকেল কমেডিগুম্বা কয়াদি নোংমতা লেপ্তুনা চহী অনী নত্রগা অহুম ফাওবা তৌথবা য়াওই। "ঐ মীওই লাল্লুপ কয়া চাদ্রে," মিসেস ক্লিফর্ডনা হায়রকই, "নুংথিলগী শো য়েংবনা খ্বাইদগী খুদোং চাগনি। থাংজ নুমিৎ অমদা ম্যাগিগী ওফিস হেক ছুটি ওইবগা য়েংলবদি য়াম্না নুংঙাইগনি।"

"মদুনা ফরে," ঐনা হায় "লাকলিবা নিংথৌকাবসিদা অহানবা থাংজ অমগী অফংবা টিকেট হেক্তা ককচরুরগে, তারিক্তু ঐ থুনা খঙহল্লক্কে।"

"ব্রাফম অমত্তং নীংশিংজগে, মিষ্টর গুপ্ত," ম্যাগিনা হায়রকই, "মমল অয়াম্বা টিকেত্তি ককপিরক্কনু। মদু তৌরবদি ঐখোয় য়াম্না ব্রারৌজগনি।"

"ককলোইদা। করিগীদমক ঐনা অতাঙবা ফমফমগী ককলুগদগে? ঐদি ইন্দিয়ান রাজাসু নত্তনা। অপ্পর সার্কলগী টিকেট হেক্তা লৌরকলগা লোইরে। ব্রাফম অমনা - নহাকপু 'মার্চেন্টস ওফ ভেনিস' পাখ্রবরা?" "দ্রামাদুমক্তি পাজদ্রি। 'লেম্বস তেলস' তা য়াওবা ঐখোয়গী টেক্সবুক অদুতং খঙজবতনি। মদুদি পাখ্রে।" "ফরে অদুদি, ঐ লাইরিক্তুমক নঙোন্দা পীরকলগে। য়েংদ্রিঙৈদা য়াম্না কুপ্পা পাথোকউ, এক্তিং করম্না তৌবগে খঙননবা।"

থেংজিল্লকলে। ঐ মখোয়দগী থোরক্লে।

নিংথৌকাবা নুমিৎকী পুং ১০ তারকপদা লিশ্যম থিয়েটরদা, "থাংজগী মেতিনিগীদমক অপ্পর সার্কলগী টিকেট অহুমখক্তং ককচবা য়াগদ্রা?" হংলুই।

"লৈজদ্রে সার। লাক্কদবা থাংজ অনিমক্কী ওইনা লৈজদ্রে। ঙম্না লৌনখ্রে," কাওন্তরদগী হায়রকই।

"অহুমশুবা থাংজগীদি?"

"মদুগীদি লৈগনি।" দাগ হুক্ল হুক্লদুনা তাকপা থিয়েটরগী প্লান্দু ঐঙোন্দা উহল্লকই। নুমিত্তুগীসু অপ্পর সার্কলগী টিকেটশিংদু ফনা য়াম্না য়োনখিরমলে। য়োনখ্রবা টিকেটশিংদুগী নম্বরশিংদু অশংবা মচুগী পেন্সিলনা হকই। প্লান্দু লৌরে, মুন্না য়েংলে, পরেং অমত্তদা হাঙলিবা নম্বর অহুম খল্লে অমসুং শিলিং তরানিথোই পীরম্নগা লৌরকলে।

থা অহম হৌখ্রে। ঐনা ম্যাগি অমদি মমাগী য়ুমদা তোয়না তোয়না চৎতুনা মখোয়বু উনরুই। ম্যাগিবু পুন্না শায়োকশঙ য়েংলুই।অতৈ নুপীমচা নুপামচাগুম্না মহাকসু 'ইন্দিয়ান রাজা' কৌবা শামুদু তোংহল্লুই। মহাক কয়াদা নুংঙাইজখ্রবা।

মবুংগী পাওদি তাবা শুকলৈ লৈখিদ্রে। মিসেস ক্লিফর্ডনা কন্না হায়মনবদগী ঐহাক্না ইন্দিয়া হাওসতা চৎতুনা থিজিল্লুই। ফ্র্যাঙ্কনা লৈবা রেজিমেন্ট অদো মতমদুদা অৱাং নোংচুপ সিমানাদা লানথেংনরি হায়রকলমই। তাবদা মিসেস ক্লিফর্ড ৱাবগী ঙমখৈ লৈরমদে। নোংমা ম্যাগিদগী পোষ্ট কার্ড অমা ফংই। মানা অসুম্না ইরকই :

নুংশিজরবা মি: গুপ্ত,

ঐগী ইমা য়াম্না কন্না নারে। ঐসু হাপ্তা অমা পুরা ফারে, থবক কাদবা। অদোমনা মিকুপ খরদং কায়থোকপিদুনা ঐখোয়বু উনবিবগী অৱাবদু লৌবিরবদি ওহ্নোক্লা নুংঙাইজগনি।

অদোমগী

ম্যাগি

ম্যাগি অমদি মমাগী মরমদা ঐনা লৈরিবা ইমুংদুদা ৱারী কয়া কয়া শাখ্রে। অয়ুক্কী ব্রেকফাষ্ট লৌনা লৌনা মাগী চিঠিদুগী মরমদা ৱারী শায়।

ইমুংদুগী নুপীদুনা হায়রকই, "অদোম্না লেঙবা কান্দা পৈশা খরদং হেন্না হাপ্লিখো। নুপীমচাদু হাপ্তা অমা থবক কাদ্রে হায়বদাই? অদুনা মহাক পৈশা অমত্তা ফংলমলোই। মখোয় পৈশা পায়দদুনা য়াম্না ৱারম্বসু য়াই।"

ব্রেকফাষ্ট লৌরবা মতুংদা পৈশা খরা হাপচিল্লগা ল্যামবেৎকীদমক খোঙশাল্লক্নে। থোঙদা তক তক থিল্লুই। থোঙ হাংদোরকই।

য়াম্না মথম্মোয় শোক্লবগুম উই। মমিৎশিংদো তকোম-তকোমলে। "ওহ্, থেঙ্কয়ু মি: গুপ্ত," ঐবু উবমক্তদা খংপ্রেক খংনা হায়রকই, "অদোমসে কয়াদা থৌজাল হৈখ্রবা মীওইনো?"

"ইমাবু কমদৌরিবগে ম্যাগি?"

"হৌজিক্তি মহাক তূন্নি। মাগী ফিভমসি ওহ্নোক্লা ফত্ত্রে। ফ্রাঙ্ককী ৱাখলদা

নুংনাংবনা মরম ওইদুনা মাগী লাইনাসি অসি য়ৌনা হেনজিনগ্রিবনি হায়না ডাক্তরনা মোৎ পীরি। মাগী করিগুম্বা পাও অমত্তা তাদে। ইমাসে হিংগদবা মান্দ্রে।"

ঐনা ম্যাগিগী মথম্মোয় ফাজিন্নবা হোৎনৈ। রুমাল লৌথোক্লগা মপি তৈথোকপি। মানা মথম্মোয় কন্না ফাথদুনা হায়রকই, "ঐ করিগুম্বা অমত্তা অদোমদা হায়জগে, মি: গুপ্ত।"

"করিনো হায়য়ু, ম্যাগি।"

"ফমফম কাদা লেঙশিনসি, অদুগা ঐ হায়জগে।"

ঐখোয়গী খোঙথাঙ মখোলনা মমাগী তূমলিবদু কায়দনবা ঐখোয়নি য়াম্না তপ্না ফমফম কাদা চংলে। কাদুগী ময়ায় য়ৌরকলগা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা, "করিনো হায়রোনে ম্যাগি?" ঐনা হায়রম্মী।

চংজবগী মতৌদা ম্যাগিনা ঐগী মায়দা মুন্না য়েংদুনা লৈ। ঐনা মঙোন্দগী পাওখুম ঙাইহিরি। মখুৎনা মমায়দু খুমজিল্লদুনা খোঞ্জেল থোক্তনা কপ্পকলম্মী।

ঐসু করিমত্তা লেঙদনা লৈ। করম্বা মওংদা অঙাংসিবু থম্মোয় ফাথসিগে? মাগী মবুংসু হৌজিক হৌজিক সিমানাদা লান থেংনরি। মহাক হিংলিবরা নত্রগা শিগ্রবরা, ঈশ্বরতনা খঙলমগনি। মহাক্কী হায়ববু তাইবঙসিদা শুপ্নগী মমাতা মঙাইরবনি। করিগুম্বা মমাসু কায়নবা তারবদি মহাক করি ওইগনি? লন্দনগী করম্বা মফমদা তনৌরিবী ইনখৎলকপদা ঙায়রিবী নুপীমচাসিনা হিংলুগদৌরিবনো?

ঐনা মাগী মায়থোঙদুদগী মখুৎশিংদু লৌথোকপিরে। "ম্যাগি, হায়য়ুনে অমুক্তা, নঙগীদমক ঐবু কৈদৌ হায়বগে? নঙগীদমক্তা তৌবা ঙম্বা করিগুম্বা ঐগী লৈরবদি ঐ মিকুপ অমগী মতম মাঙহন্দনা হোৎনগে।"

"মিষ্টর গুপ্ত" নুপীমচদুনা হায়রকই, "ঐনা হায়জগদৌরিবা ৱাফমসিবু অদোম্না করি খনবিগদগে খনবদা ঐ তশেংনা অৱাবা ওইরে। মসিনা করিগুম্বা য়াম্না থীনা লানখিবা ওইনা থোক্লগদি ঐবু ঙাকপিয়ুকো।"

"মদু করিনো? নঙনা নীংলিবা অপাম্বদুবু করিনো, হায়রো।"

"করিগুম্বা মি: গুপ্তনা লাকপিদুনা খুদোপকি হীরাদুদা য়েংবিদুনা ফ্র্যাঙ্ককী

মরমদা করিগুম্বা খরদং খঙব্রা য়েংবিরবদি, হায়না ঙরাং নুমিৎচুপ্পা অমা ইমানা শোন্দুনতা লৈখি। 'মিঃ গুপ্ত হিন্দুনিনে, মহাক্না ঙাইহাক্তুং লাকপিরবদি' অসুম্না শোনখি। অদুননি, ঐনা অদোমদা ইজখিবদো।"

"ঐবু অমুক্তংগা লাইবক য়েংঙু হায়রবদি চৎলো খুদোপ্তু সিদা অমুক্তা পুরকউ, ম্যাগি। ঐ ঙমনবা হোৎনগে।"

"অদুবু কৈগুম্বা অমত্তা অমুক উবা ফংদ্রবদি?"

ম্যাগিনা পামলিবদু করিনো, ঐ ঙম্না খঙলে। ঐ তুমিন্না লৈ।

"মিঃ গুপ্ত, ঐনা লাইরিক কয়াদা থেংনখ্রে মদুদি হিন্দুশিংদি অচুম্ববু য়াম্না পামজবা মীওই ঙাক্তনি। অদুবু শুপ্নগী অমুক্তং ওইরবসু, খুদোপকি নুঙদুদা য়েংলগা, 'ফ্রাঙ্ক কৈগু তৌদে, মহাক হিংলি' অসিখক্তং হায়বিবদা অদোমদা য়াম্না চাওরবা পাপ ওইনা থোকলগদ্রা? অদুবু য়াম্না থীনা অরানবা হায়বদু ওইরগদ্রনে?" ঙাঙনা ঙাঙনা মমিত্তগী পিরাং লেপ্তুনা শিন্থরকই।

ঐদি ঙম্না খন্দুনা লোইখ্রে। ঐ কা হেন্না ধর্ম্মবু থাজবা মীওই নত্তে। ঐ পাপ চেনবা য়াবা থবক কয়া তৌখ্রে। মসিমসু তৌরগে হায়না পুক্নিংদা লেপলে। অরানবা কয়া তৌখিবশিংদুগা য়েংনরুরবদি মসিদি কৈগু লৈত্রবা অমনি। "চানবিদুনা ম্যাগি, কপলগনুনে। খুদোপ্তু কদায়দা লৈবগে? অমুক্তা ঐবু মুন্না য়েংহল্লুনে। কৈগুম্বা ঐনা করিমতা উবা ফংদ্রবসু নঙনা হায়বদুমক ঐ তৌরগেনে। অরানবা ওইজসনু, ঈশ্বরনা ঐবু শোয়দনা ঙাকপিগনি থাজে।" ম্যাগিনা খুদোপ্তু পুরকই, ঐনা লৌই অদুগা হায়খি, "নঙগী ইমাদু হৌগৎলব্রা হায়না অমুক্তা য়েংউ।" মিনিট তরামুক লৈরগা থোরকই, অমসুং হায়রকই, "হৌগৎহৌরে, অদোম সিদা লৈ হায়বসু ঐনা ব্রারী শারমলবনি।"

"ঐ মহাকপু উন্নবা য়াগদ্রা?"

"চানবিদুনা লেঙশিনবিরকউ।"

মমাগী ফমুং মনাক তম্না চংশিল্লি। খুদোপ্তু ঐনা পায়রি। মহাকপু 'গুদ মোরনিং' হায়না কৌরবা তুংদা, "মিসেস ক্লিফর্ড, নঙগী নচাদু হিংলি। মহাক করিমত্তা অশোয় অঙাম য়াওদেনে।"

তাবদা অহল ওইরবী নুপীদু মকোক মোন মথক্তো খরদং লেঙঙকই,

"অদোম্না মহাকপু হীরাদুদগী উবা ফংবিব্রা?" অসুম্না হায়রকই।

"অশেংবনি, মিসেস ক্লিফর্ড," করিমত্তা চিংনবা লৈতনা হায়দোকখি, "ঐনা মহাকপু উবা ফংলে।" মমায়দু অমুক চেপথখি। নুংঙাইবগী পিরাংনা লংপা লৈতনা ঈথুমনরকই। য়াম্না তপ্না খোঞ্জেলদা শোল্লকই, "ঈশ্বরনা অদোমবু থৌজানবিসনু! ঈশ্বরনা অদোমবু থৌজানবিসনু।"

মিসেস ক্লিফর্ড তশেংনমক ফগৎলকলম্মী।

ঐ, ঐগী লৈবাক্তা হন্নবগী মতম য়ৌরকলম্মী। ল্যামবেৎতা অমুক্তং চৎতুনা ম্যাগি অমদি মাগী মমাদগী অরোইবা বিদায় অমুক্তং লৌনিংবনি। তৌইগুম্বসুং ইমুংদুদা অৱা মৈশা লাংলি। সিমানাগী লানফমদা ফ্র্যাঙ্ককী অরোইবা য়াহিপ তানপ্রে। থামুক্কী মমাংদা ম্যাগিনা অমুবা মুক্লা ফিবান নম্বা কার্ড অমা ঐঙোন্দা থারকখি। পাদুনা য়েংবদা ঐনা মমাদা 'হিংলি, অশোয় অঙাম করিমতা য়াওদনা হিংলি,' হায়রম্বদুগী নুমিৎ খরনিগী মমাংদা ফ্র্যাঙ্ক অদুম শিগ্রবনি। মিসেস ক্লিফর্ড উন্নগদবা ইকাইবা ফাওই, মরম অসিনা মখোয়দগী বিদায় লৌবা ওইনা, ঐগী চৎকদবা মতমসু পল্লদুনা চিঠি অমা ইখি।

লন্দন্দা লৈবগী অরোইবা নুমিৎকী অয়ুক অদু ওইরক্লম্মী। নুমিদাং য়ৌদ্রিঙৈদা ঐ মফমদু থাদোক্কদৌরিবনি। ঐনা থুংলিবা ইমুং পুম্বগা ব্রেকফাষ্ট চামিন্নরিঙৈদা, থোঙদা তক তক থিল্লকপা তারম্মী। মিনিট অমা অনী লৈরগা মীনাইনুবী চঙলক্লগা হায়রে, "ঙাকপিগনি মিষ্টর গুপ্ত, মিস ক্লিফর্ড লাকই, অদোম্বু উন্ননিংই হায়।"

ঐ ব্রেকফাষ্ট চাবা লোইদ্রি। ম্যাগিনা মাগী অরোইবা বিদায় পীবা লাকলি। পম্ব্রবদি মা, মাগী ওফিস কাবদা অকায়বা থোক্লবা য়াই খল্লদুনা ফম্মিন্নরিবা ইমুংগী মীওইশিংদুদগী ঙাকপিনবা হায়জরল্লগা ফমফমদগী হৌগৎলম্মী। ম্যাগি হোলদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মহাক অমুবা ফিজোল শেৎলি। থংনবা লাইব্রেরীগী কাদা পুশিন্দুনা ফমহল্লম্মী।

"অদোম ঙসি লেঙবিরগদ্রা?" হংলকই মানা।

"হোয় ম্যাগি, ঙসিদগীদি ঐহাক চৎখ্রগনি।"

"অদোমগী লমদম য়ৌবদা নুমিৎ কয়ানিমুক চঙগদগে?"

"হাপ্তা অনীদগী খরা হেল্লপ চঙবা য়াই।"

"অদোম্না লৈবিরিবসি লৈবাক্কুগী করম্বা শরুক্তনো?"

"ঐ পঞ্জাব সিভিল সার্ভিসতা থবক তৌবনি। অদুবু অতোপ্পা মফম অমদা অমুক তারমগদ্রা খঙদে।"

"মফমদুদগী ফ্রনট্যারদু য়ৌবদা য়াম্না লাপ্রনে?"

"লাপতে। পংলাপ লাপ্পা নত্তে।"

"ডেরা-ঘাঁজিখান্দগী খরদং চৎলগা লৈবা ফোর্ট মোনরোদা ফ্র্যাঙ্ককী মোংফম ওইবনি।" ঙাওনা ঙাওনা মমিত্তু পিরাংনা পুমথন থল্লি।

"ঐনা মফমদু হেক য়ৌবগা নঙগী নবুংগী মোংফমদু য়ৌরুগে। নঙোন্দা চিঠিসু ইরক্কে।"

"মদুবু অদোমগী য়াম্না অৱাবা ওইনা থোক্লোইদ্রনে? নত্রগসু য়াম্না অপনবা পীবা ওইররোইদ্রা?" ম্যাগিনা হংঙকই।

"করিগী ৱারুগদগে? ডেরা-ঘাঁজিখান, ঐনা লৈরুগদৌরিবা মফমদুদগী পংলাপ লাপ্পা নত্তে। নুমিৎ খরনিতগী খোঙচৎনি। ঐ শোয়দনা নঙোন্দা ইরক্কে। হিরম পুম্নমক হায়রক্কে।"

ম্যাগিগী মায়থোঙদু পেঞ্জবগী মশেক মঙাল অমা হেক ফাওরকপগুম তৌই। ঐঙোন্দা থাগৎ ৱাহৈ হায়রকপদা মাগী খোঞ্জেলদু তনিক তনিকই। ফুরিৎখাওদগী শিলিং অমা লৌথোকলগা ঐগী মাঙদা থারিবা টেবলদুদা থম্মী, অদুগা হায়রকই -

"চানবিদুনা, অদোম্না লেঙবিরুবা কান্দা শিলিং অসিমতংগী লৈ খরদং লয়বিরগা ঐগী ইবুংগী মোংফমদুদা, ঐগীনি হায়না অমুক্তা কৎপিরম্মু।"

তাবদা ঐ ইশা পুম্বা তু-চুংখিবা খঙহৌদে। ওম্থোক্লা ৱাজনা নুপীমচাদুনা শিলিং অদু তাঞ্জবনি। লমদমদুদা লৈগী মখল কয়া মরাং কায়না হৌই। কৎলুনবগীমক লৈদু লয়রুদ্রবসু অদুম ফংই হায়রগা পৈশাদু মঙোন্দা হন্দোকপিখিগে খল্লি।

অমুক্কা হন্না খন্থরে। মঙোন্দগী ওইবা শ্রাদ্ধঞ্জলি অমত্তং সোয়দনা মবুংগী মফমদা কৎপিরুবগনি নীংজবগী অদুক য়াম্না নুংঙাইজবা আশাদুবু ঐনা অমুক

করম্না কায়হল্লসিগে? শিলিং অসিমত্তং শিজিন্নবিদুনা মবুংগী মফমদা মাগী নুংশিজবদু ফোঙদোকপদুতনিকো, মাগী অপান্বসু। মদুদা নুঙাইজবা অমদি পেঙ্গবদুগী অতোপ্পা মমল অমমুক লৈত্রবনি। মাগী থম্মোয়নুংগী অৱা-মৈচাক মদুদতা থরদং খাঙজগদৌরিবনি। অদুনদি মাগী নীংজবদুগী ঐনা য়েংখায়বিরুবা ফরিব্রা?

টেবল মথক্তগী শিলিংদু লৌখৎলে "ম্যাগি," ঐনা হায়, "ঐ শোয়দনমক্কী নঙগী পৈশাসিনা লৈ লয়দুনা নঙগী নবুংগী মোংফমদা কৎলুগনি।"

মহাক হৌগৎলকই, "অদোম্বু ঐনা করি হায়না থাগৎলসিগে?" মানা হায়রকই। "ঐ হৌজিক থবক চৎনবগী মতম য়ৌরকলে, কায়নরসিকো।"

ঐসু হৌগৎলে, মাগী মখুৎতু পায়দুনা ঐঙোনলোমদা চিংশিল্লে, "কায়নরসিকো ম্যাগি, ঈশ্বরনা নঙবু থৌজানবিসনু।"

মাগী খুৎচাশিংদু ঐগী চিনবান্দা থমলদুনা মহাকপু অরোইবা বিদায় পীখিরম্মী। মহাক চৎপ্রে। খঙহৌদনা শিজ্বরকপা ঐগী মিৎকী পিগী মরিক অমনিদু তৈথোক-তৈথোক্লা পোৎ-চৈ লৌথোক্লনবগীদমক মথক্কী কাদা কাখৎলম্মী।

# বী,ও,সী, চাওথোয়

(ইংলিস)

*আর, কে, মধুবীর*

১৯৪৫, মে-৩, রেঙ্গুন পুন্না এলাইড ফোর্সেসনা খুদুম চনখিবনা বর্ম্মাগী মফম শীনবা থুংনা অৱাবা নংলম্মী। শেৎন-ইন্নবা ফিরোল অমদি চান-থক্লবা পোৎ-চৈ খরা খরতং সিফাইনা য়েল্লম্মী। লম্বী থোংনচিংবগী থবক পুন্নমক সিফাইনা ঙম্না তৌরম্মী। খ্বাইদগী অৱাবদি লৌ-ইশ্লোল অমতা শুনবা য়াদবনা প্রজা পুন্না ওন্থোকপা অৱাবা অমা ওইরম্মী।

চাওথোয়, মে ১০ দা টি-বিনা নারবী মমাগা রেঙ্গুন থাদোক্লম্মী। মতম খরা মখোয় মন্দলেদা লৈরম্মী। নুমিৎ হুমনি মরিনি লৈরল্লগা স্বেবো ফাওদুনা মমৈদা কালেৱাদা থুংলখি।

চাওথোয়গী মপা অশেম বোরো, হৌখিবা চহিদা লৈখিদ্রে। মখোয়গী পোক্লফম য়ুমদি ধাকাদনি। লায়রবগী চৈথেঙনা খাঙবা ঙমদদুনা মানা মাগী লৌ ইশ্লোল পুন্না য়োনথোক্লল্লগা রেঙ্গুনদা খুন্দাদুনা লৈখি। অনিশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাও হৌরকপদা একসিডেন্ট অমদা শিখি, বোরো। মতমদুদা চাওথোয় চহি ১২ তা মঙায়রি। মপা লৈত্রবা তুংদা স্কুল তম্বা তোকলে, অফং অফংবা থবক শুদুনা ফমুংদা য়াতাদুনতা লৈরিবী মমা অমসুং মাগী হিংনবা হোৎনরকলে। চাওথোয় হোটেল অমদা অমোৎ-অকায় শেংদোক্তুনা অমদি ফেংদোক-চামথোক্তুনা থবক তৌরম্মী অদুবু হোটেল অদুসু খুস্তাক লানশিনা মরম ওইদুনা অদুম তোকখ্রে।

"বর্ম্মাগী মফম পুন্নমক চপ চপ মান্নে। ইমা, ঐখোয় হৌজিক কদায় চৎশিগে?" হংই চাওথোয়না মমাদা। মমা ৱাহৈ অমত্তা খুম্মক্তে।

"ইমা ঐখোয়বু ধাকাদা চৎলসিরা?" চাওথোয়না মখা তারকই। "নত্তে নত্তে মফমদুদা ঐখোয়গী কনামসু লৈত্রে," হায়রকই মমানা "য়ুম ইশ্লোল অমদি

লৌ ঐখোয়গী করিমত্তা লৈহৌদ্রে। অদুগা থাকা হায়বা মফমদো মসিদগী য়াম্নসু লাপ্পি।" "অদুবু ইমা, ঐখোয় হৌজিক কদায়দা লৈগনি ? সিদসু য়ুম লৈতে, মরি-মতা অমত্তসু লৈতে। নোংমা নোংমগী অৱাবসে অসুম অসুম হেনগৎলকলি। মতৌ করম্না সিদা লৈগনি?" ফোঙদোরকই চাওথোয়না।

"ঐখোয় মনিপুরদা চৎলসি।" মশা তাইফেৎ তাইরবী নাহেরবী মমানা হায়রকই অমসুং মখা তারকই, "ঐগী ইনাও অমসু মফমদুদা লৈবনি। ইবেমচা কৌই মাগী মিং। অওইনি মফমদুবু য়ৌরবদি মঙোন্দগী মতেং খরা শোয়দনা ফংগনি।"

"চুম্মী, মনিপুর ঐগী ইমালৈবাকনি। মফমদুদা ঐখোয় শোয়দনা চংজফম খরা ফংগনি," মপুক্লিংদা খল্লি চাওথোয়। "ইমাগী মনাও ইন্দোমচাদু উনবা ফংদ্রবসু, শেন্দান লম্বেল অমদি শোয়দনা ফংগনি। অদুবু কমদৌনা অনাবী ইমাসি পুদুনা চৎকনি ?" মুরুম মুরুম শোল্লকই মথন্তা চাওথোয়।

লাইবক ফবদগী অয়ুক অমা মিলিটরিগী কনভোয় ত্রক অমদা তোংলদুনা চাওথোয় মমা মচা টিডিম য়ৌরকই। থা খরা মখোয়না মফমদুদা লেল্লম্মী। কম্ব্রেক্তর অমগী জুগালি ওইনা চাওথোয় থবক শুরম্মী। নোংমদা ক্যাৎ মরি মরি ফংই। অসুম্না মমা মচাগী চানবা ফাওবদি কোন্নবা ঙম্মী।

জুলাই থাগী নোংমা, নোং য়াম্না কন্না চুখি। মহাক্কী মমা তমথীনা অরুম হৌরম্মী। ফিরোল মতিক চানা অমসুং চানবা করিশু লৈরমদে। অনাবগী হিদাক ফংফমসু মফমদুদা লৈরমদে। লেপ্পা লৈতনা ঈ ওরম্মী। নুমিত্তুগী অহিং নোংয়াইদা মমাগী অরোইবা স্বর হোল্লম্লগা তাইবঙ থাদোকখি।

নুমিৎ খরনিগী তুং অয়ুক অমা, চাওথোয়না মতোমতা শোঞ্জে, "তাইবঙসিদা ঐগীনি হায়বা কনাসু লৈত্রেদো হৌজিক। মনিপুর ঐগী ইমা লৈবাক ওইদুনসু ঐ পুন্সীগী অমুক্তা চৎলুদ্রি। ইমানা মাগী মনাওনুপী অমা লৈ হায়রম্মী। অদুবু ঐনা মাবু খঙদে। করি হায়য়ে মাগী মমিংদুবো? ইবেমচা। অদুবু মহাক কদায়দা লৈবনো? মাগী মশক কমদৌই? কমদৌবা জাৎনো? ঐহাক করিমতা খঙদে।" ঙায়হাক অমুক তুমিন্না লৈরবা তুংদা, "অদুদি ঐ মফমসিদা অসুম লৈখিগদ্রা? ইথন্তা ৱাখ্রবা থবকশিংসি শুদুনা? য়ামখিদ্রবা খুৎশুমন খরসিনা? অসি নত্রবদি ঐহাক করি তৌবা তায়?" মতোমতা হংজৈ। পাওখুমদি ফংদে।

মমৈদা, "উপাই অমা নত্রগা অমা তৌদুনা ঐ মনিপুর চৎতবা য়াদে।" মথন্তা শোঞ্জে চাওথোয়।

নীংবু নীংলবদি থোকঅবা অমা লাকই। অয়ুক অমা, মানা থবক শুরিবা থিকাদারদু ইম্ফাল চৎকনি হায়বা তারে। চাওথোয়না মঙোন্দা চঙজদুনা মাগী জীপতা য়াওজগে হায়রুরে। অসুম্না চাওথোয় ইম্ফাল য়ৌরক্লে ।

চাওথোয় ইম্ফালদা থুংলরে।

"কয়াদা ঈংখ্র-চীকপ্রবা লমদমনো মনিপুর! লাইবক্না তমলমদবনা ঐদি মীরমদমদা পোকলুরে। মফমসিদা করিগুম্বা ঐনা পোকলমলবা, ঐহাক কয়া নুংঙাইরমগবা?" মতোমতা শোঞ্জবনি।

উনবা মী খরদা ইবেমচাগী মরম খিবিক হংলে, মমাগা পোকমিন্নবী মনাওনুপীদো অদুবু কনাগুম্বা অমত্তনা করিশু তাকপিবা ঙমদ্রে। মমৈদা মন্দোমচাগী ব্রাখলদু তোকলে। অরোইবদা মখোঙনা কোয়না কোয়না চত্তুনা করি তৌবনা ফগনি হায়না মওল-মওল খল্লকলে। মমৈদা সহরদগী অব্রাং পাংনা চৎলগা লৈবা অহাঙবা মফম অমদা শঙ মচা অমা শারগে নীংলে। পায়রিবা পৈশা খরদুনা ৩৯-নেসনেল হায়ৱেগী নাকন্দা চাগী হোটেল অমা ফমলে। ইম্ফালদসু লানগী অব্রা-অনা কয়াদু অদুম লৈরম্মী। অদুবু মফমদুদা অদুম খাঙলগে হায়না মপুক্লিং লেপলে।

মতম খরা লৈরগা লানগী অব্রা-অনা খিবিক্তু লৈখিদ্রে, চাওথোয়গী চা-য়োনফম মনাক্তা মীওই কয়া কয়াসু শঙ মথং-মথং শাগৎনরক্লে। খরনা কা, খরনা চুরুপ, খরনা চাক হোটেল অমসুং খরনা গাড়ী শেম্ফম, অসুম্না খঙহৌদনা মফমদু কৈথেল মচা অমা ওইরক্লে। মমৈদা মফমসিমক্তা থাও য়োনফম অমা হাংদোরক্লে। মতমদুদগী মফমসে অব্রাং বী,ও,সী, হায়না খঙনরক্লে।

মী তিনবা নোংমা নোংমগী হেনগৎলকপনা চাওথোয়গী কারবারসু অসুম অসুম চাউখৎলক্লি। মতম খরগী তুংদা চাওথোয় মথোল অনিগী দলান অমা শাগৎপা ঙমলে। দলানসে ফুট ১০০ পাকই, ২০০ শাংই। হোটেলগীতা নত্তনা মী থুংঙনবা কা খরসু থম্বা ঙমলে। অব্রাং বী,ও,সী,দতা নত্তনা ইম্ফালগী মফম পুম্নমক্তা চাওথোয়বু মীপুম খিবিক্লা খঙনরক্লে। ১৯৬৫ দা মশাগী চহী ৩২ শুরকপা মতমদা কৈশামপাৎতা লৈবা এম এল এ কৈশাম ইবোচৌবগী মশক মতৌ চঙখোল্লবী ইবেমহলগা লুহোংলে। নুমিত্তুদগী হৌনা মহাকপু

বী,ও,সী, চাওথোয় হায়রগা খঙনরক্লে। মীংথোলসিগীদমক মশানা নুংঙাইজবা অমসুং পোঙজবা অমসু ফাওরকলে।

'অব্রাং বী,ও,সী,দা ওডিতোরিয়ম অমা শারগনি', ১৯৭০ গী ফেব্রুৱারী থাগী নোংমগী চেফোঙ অমদা ইরকখি। য়াম্না থব্রায় য়াওনা চাওথোয়না পাই। ওডিতোরিয়ম হায়ববু করিনো? ওডিতোরিয়ম হায়বসি মী কয়া কয়া তিনবা য়াবা শান্ন-খোৎনবা, হরাও-কুম্মৈ, লীলা-সিনেমা অমদি জগোয়-ঈশৈ মখল মখল উৎপা অমসুং তৌবা য়াবা চাউরবা শঙলেন অমনি। কয়া য়াম্না চাউবা জাৎনো মদুবো? অমুক মখা তানা খন্থে। করম্বা মখলগী য়ুম্নোনে মদুবো? নোংমদা সো কয়া কয়া উৎকদৌরিবা জাৎনো? মনিপুর মপান্দগী দ্রামা, সিনেমা, জগোয়-ঈশৈ অমদি শান্ন-খোৎনবা মীওই কয়া লাক্নুনা তিল্লবা অমসুং চার থক্লবা অমসুং থুংলবা অসিনচিংবা।

'ঐসে কয়াদা লাইবক ফখ্রবা? মী লিশিং লিশিং মফমসিদা তিল্লরনি। তোঙান তোঙানবা মফম কয়াদগী লাকলগনি। অয়ুক্তা শান্ন-খোৎনবা, নুংথিলদা সিনেমা, নুমিদাংদা দ্রামা, জগোয়-ঈশৈ অমসুং মখল মখলগী থৌরম কয়া। মফমসিনা ইম্ফালগী মনুংদা খ্বাইদগী মরু ওইবা মফম অমা শোয়দনা ওইরক্লনি। মীওই কয়া কয়া মফম খিবিক্তগী থুংলরনি, লেকলরনি অমদি চা-থকলরনি। অদু ওইরবদি ঐগী হোটেলদসু মীশিং য়াম্না চার-থকলরনি অমদি লেকলরনি। অদু ওইরবদি, মথক্তা কা খরগা অমুক শাগৎপা তাব্রা?' অসুম্না মওল মওল খল্লবা তুংদা অয়াকপা অশাবা কোফি অমা থকচিনখ্রে, চুরুপ মচৈ অমা চমখৎলে। কন্না মৈখু চিংশিল্লি, ফিরাক্কী মখুল খুদিং থুংহল্লি। মখা তানা অমুক খন্থে, 'চাউখৎপগী খোঙথাঙ, নহাকসে কয়াদা থুপ্রবা। মতম অমদা ঐনা বর্ম্মাদগী থুংলবা কান্দা মফমসিবু করি ওইরম্বগেনে? শঙ মচা অমতং ফাওবা লৈরমদবনি। দুকান অমতা ফমলমদবনি। নাপী-শীংনাং, তৌ অমদি লৈখোম বৃ-বৃ থোকলবা মোংশোঙ অমদি পাখি-কোমথি ঙাক্তা ঙায়রম্বনি। অয়ুক নুংথিন্দনা শন-ঈরোই অদুগা নুমিদাংদনা হুই-লমহুই, শা-কৈতনা থল্লম্বনি। কয়াদা চীকলমখ্রবা। কয়াদা কিরমখ্রবা! ঐনা কয়া ৱানা পুন্সী লেল্লকপা। অদুবু ঙসিদি হোটেল, ফিয়োনফম, কারখানা মখল মখলগী দুকান অমদি বী,ও,সী, অসিনচিংবা কয়া কয়া। অসিতসু নত্তনা হৌজিক চাওরবা ওডিতোরিয়ম অমা শারগদবা। ঐনা নৌনা খুন্দারবা কান্দুদা শুপ্নগী নোংমদা লুপা অনি নত্রগা অহুমদগী হেন্না শিৎলমদে। অদুবু

ঙসিদি ঐ নোংমদা য়ামদ্রবদা লিশিং লিশিংদি তানবা ঙমলে। অদুগা অমুক ওড়িতোরিয়ম অমা লৈরকপা তারবদি থৌদোক থৌরম কয়া পাঙথোরকপা তারবা মখল মখল কয়াগী মীওই লিশিং লিশিং তিল্লকপা তারবা অমদি ঐগী মী থুংলনবা কা কয়া কয়া লৈবা তারবা, অদু ওইরবদি নোংমদা কয়ানো ঐনা তানবা ঙমগদৌরিবা? লিশিং অনি, লিশিং অহুম, লিশিং মরি, মদুদগী হেন্না নোংমদা ... ! অদুওইরবদি ঐহাক লমদম অসিদা খ্বাইদগী শেঞ্জাও পায়বা অমা ওইরগনি। ও! ঐগী ইমালৈবাক মনিপুর, নঙগী নচা ওইরুবা ঐ কয়াগী মতিক লাইবক ফরবা!

'ঐগী ইমাদো ওম্বোক্লা তুংগী পোমিৎ খঙখ্রে। মানা হায়রম্বা খিবিক ঙম্না চুম্মী। করিগুম্বা ঐনা ধাকাদা চৎলম্বা থোক্লবা ঐহাক কৈশু লৈতবা মীওই অমা ওইরমগনি। অদুবু ইমানা হায়রম্বদগী ঐহাক মফমসিদা লাকখি। কয়াদা নুংঙাইনা লেল্লবা ঐগী পুম্নী। অচৌবা হোটেল অমা লৈরে। শকহেনবী নুপী অমা লৌরে অমসুং ইচাশিংসু লৈরে। ঐগী ইচাশিং অফ-অফবা স্কুলশিং খন খন্দুনা মহৈ তমহনগনি। অদুওইরবদি মখোয় অফবা ছাত্র ওইরনি অচৌবা থবক তৌরনি। তশেংবনি, করিগুম্বা অতোপ্পা মফম অমদা ঐনা লৈরমলবা, ঐ খ্বাইদগী লাইবক থীরমগনি।'

পুম্নমকসি মওল মওল খল্লবা তুংদা চাওথোয় অমুক্কা হন্না খবরদু পায়। পরেং খুদিং হন্না-হন্না পাই, 'অৱাং বী,ও,সী,দা ওড়িতোরিয়ম অমা শারগনি।' হৌনা হন্নমুক পাই, 'অৱাং বী,ও,সী, দা ওড়িতোরিয়ম অমা শারগনি।' মখা তানা শোল্লি-'ওড়িতোরিয়মদুবু কৈদৌঙৈ শারগবা? মীয়ামশিংদো মফমসিদা কৈদৌঙৈ তিল্লগবা ?'

হেক থংনবা মিকুপ্তা পীওন অমা চংঙকই। মহাক ডিষ্ট্রিক মাজিষ্ট্রেটকী কোর্টগী লাকপনি, লম্ফেলপাৎ ইম্ফালদগী। মানা সম্মন অমা চাওথোয়দা পীরম্মী, ৱারোলদি-ঙসিদগী থা মখায় অমগী মনুংদা নঙগী হোটেল অসি শিদোকউ। মফম অসি ওড়িতোরিয়মগী মপুং ওইবা হোজং ওইগদবনি।

ফমলম্বদগী খংপ্রেক খংনা চোংখৎলি চাওথোয়। পীওননা চাওথোয়গী লাইবক্তা মরিক-মরিক কারিবা শারবা হুমাংশিংদু উরকই। মুন্না য়েংলম্লগা সাইকল তোংখৎখি।

# পাঞ্জিগীসু নোংমদি

(ইংলিস)

*আর, কে, নরায়ন*

নুতিগীগুম নুমিৎয়ুংবা হেক মতুংদা মহাক্কী খাওদু হাংদোক্লদুনা মাগী হৌনবী মপোৎ মচৈশিংদু পুথোরকলমই। লিকোন তরানিথোই, মিত্রংগী মশক কয়া য়েক্লবা ফিগী লায়ুম অমা, খুপায় অমা অসিনচিংবা। মাগী মরাইবক্তু অশেংবা উৎ অমদি কেশরী চন্দনগী মকুপ মকুপ্না তরং তরংই অমসুং মমীৎতু তরং তরং পাঙলদুনা অঙকপগী মতৌদা লেপ্পা লৈতনা মনাক্তা মীশিং চংঙকনিংহন্নবগী মতৌ উৎলি। চংঙকলিবা চমজরবা মীশিংদু মাগী লাইফাও খিবিক্তা থাজনবগী অমদি পেনজহন্নবগী মতৌনি। মাগী মিৎয়েংগী শক্তিশিংদি মানা য়েংখি য়েংখিবা মফমদুবু জয় তৌনবগী মশকনি। মিৎ অনিদো মচু শঙলবা লাইবক অমদি মচুবাশিংদগী মখজায় কুপ্না চাইথরকলিবা মকোই মরক্তগী মিৎয়েংশিংদো য়াম্না হৈ-শিংবগী মতৌ অমনি। মীবু শুমহৎনবগী মশক ওইরবা কোমলা মচুগী কোয়য়েৎ অমা মকোক থুংনা য়েৎলি। কোয়য়েৎ অসি কৈদৌঙৈদা মানা খক থাদোক্তে। লৈকোলগী লৈশিং নত্রগা ডাহলিয়া কয়ানা খোইশিংবু শুমহৎপগুম মাগী মওং মতৌ অসিনা অউবা মীশিংগী থম্মোয়বু ঙাওহল্লি। টাওন হোল পার্কতগী চৎলিবা খোঙলম্বীদুগী নাকন্দা পাক্না মশা মরেং শন্দোক্লুনা হৌরিবা মঙ্গে পাম্বীদুগী মখোঙদা মানা ফমলি। লম্বী অসি নোং ফুং ঙানবদগী নুমিদাং ফাওবা মী চৎপা অমদি পুনবা লেপ্তে। মখল মখলগী লল্লোন ইতিক তৌবা মীওই কয়াগী লম্বেলনি, হিদাক য়োনফম, সেকেণ্ড হেন্দ পার্ট য়োনফম অমদি হুরাল্লগা য়োল্লকপা পোৎ-চৈ কয়াগী গোদাওনশিং, মেজিস্যানশিং অমদি অহোঙবা ফিরোলশিং, নিলাম লাওবগী খোঞ্জেলতনা লাঙদুনা সহর অসিবু থোইদোক্লা মগুন লৈহল্লি। মহাক্না হেক থংনবদা লৈপাক হৱাই ঙৌ-ঙৌদুনা য়োনবা উপুগী দুকান অমা লৈ। য়োল্লিবা নুপাদুনা য়োন্না য়োন্না নত্রগা ঙৌনা ঙৌনা, হৌনা হৌনা লাওই, নোংমনা 'বোম্বে আইস ক্রিম',

নোংমনা ‘দিল্লি অলমোন্দ’, অদুগা নোংমনা ‘রাজাস দেলিকেসিস’ অসুম্না মাগী মওং মতৌদুদা অতাবা মীওই মসিং খঙঙমদনা হোৎচিন্নরকই। মীশিংদুগী মরক্তগী কয়া অমসু পাঞ্জিসিগী মনাক্তা চংলক্তবা নত্তে। পাঞ্জিসিনা লৈপাক হৱাই ঙৌবগী লৈরঙদগী কাপথোরকপা মৈঙাল অমদি লৈপাক হৱাই পোকপগী মখোলদু য়েংলদুনা অমদি তারদুনা মাগী মিত্রং-যাদুগী মফোঙদোক কয়া তৌবগুম্নসু উই। মৈঙালদুনা মঙোন্দা খ্বাইদগী কান্নহল্লিবদি মফমদুদা ইলেক্ট্রিক্কী খুদোংচাবা লৈতবনসুনি। মফমদু, দুকানশিংদগী থোরকপা মৈঙালশিংতনা ঙালহল্লি। গ্যাসকী থাওমৈ শিজিন্নবা দুকান অমনিসু য়াওই, খরা অমনা ইলেক্ট্রিক তারা কোৎতুনা থানবসু য়াওই, খরা অমনা মমাংঙৈগী সাইকলদা য়াল্লহ্বা থাউমৈ শিজিন্নবসু য়াওই খরা অমদি পাঞ্জিদুগী মতৌগুম নাকল অকোয়বদগী লাকপা মৈঙালদু শিজিন্নদুনা মথৌ তৌনবসু য়াওদবা নত্তে। মঙাল অমদি মীনা চৎথোক চৎশিন তৌবগী কুফেৎ কাফেৎ তৌবা মতৌদুনা চঙ্ঙকনহনবা অমসু পোকই। মসিমক পাঞ্জিদুদা য়াম্না হেন্না মীশুমনহনফম অমা ওই। ইচম চম্বা মরম হায়ববু মহাক য়াম্না নৌরিঙৈদগী পাঞ্জিগী মহৈদু তমলকখিবা নত্তে। অতোপ্পা মীশিংদা মখোয়গী পুন্সীগী মরমদা করিসু খঙবা নত্তে হায়বদি মশামক্তা মাগী তুংগী মরমদা ফাওবা করিসু খঙবসু নত্তে। পঙলবা খুবাক ময়ি য়েংবা চঙ্ঙকলিবা মীওইশিংদুগুম মাসু নুমিৎ, থা, থৱাম্মিচাকশিংগী মরমদা করিসু খঙবা নত্তে। অদুবু মীওই কয়াশিংবুদি মানা য়াম্না লায়না পঙথহনবা ঙস্মী। পুম্নমকসি মানা তমজরকপা হোৎনজবা অমদি তাৎ-পাত্তা য়াম্না হৈ-শিংবা উৎপা ঙম্বদগীনি। পুম্নমকসিগী মহয়না মাবু মী অতৈনা অচুম্বতা ঙাঙবা পুকচেল শেংবা মীওই অমগুম উহল্লি অমসুং নোংমা নোংমগী মাগী শেনথোক লম্বী ওইরি।

করিগুম্বা অমা তৌরগে খন্দুনা মানা মাগী পোকফম খুঙ্গংদু থাদোকখিবা নত্তে। করিগুম্বা মফমদুদা অদুমক লৈরমলবদি মহাকসু মপা মপুগী মতৌগুম্না, লৌউবা লুহোং-খোংদোংবগী পুরীট ওইদুনা লেনবা অমদি মল্লবা য়ুমদুদা লৌ ইংখোলগী মহৈ-মরোং লোকপগী মতম ঙায়বনচিংবা তৌদুনা লেল্লমগদবনি। মদুগী ৱাফম ঙাকসু নত্তে। কনাগুম্বা অমত্তদা শুকহায় হায়দোকলমদনা মানা ময়ুম থাদোকপা তাখি অমসুং মাইল চনি হেন্না লাপ্লবা ময়ুমদু হেক থাদোক্ত্রিবমখৈ মহাক পোত্থাফম খঙলমদে। খুঙ্গংগী মীওই অমদা মসি ওস্থোক্লা ৱাখ্রবা পোৎলুমনি, মহাসাগর অমগী ৱাংমা ৱাংমদা লৈবগুস্মী।

*মহাক্না মীওইবা পুম্বগী অৱা-অনা কয়াগী মরমদা খন্থবা হৌরকলম্মী;* লুহোং-খোংদোংবা, শেন-থুমগী অৱাংপা অমদি নাম্থোকপা য়াদবা অফা অপুন কয়া কয়া। য়াম্না কুপ্না মী মীগী অপাম্বা অনীংবা কয়া কয়া খন্থবা হৌরক্লম্মী। শুপ্পগী মিকুপ মঙাখক্কী মনুংদা মানা মদুগী অরানবশিংদু খঙদোকপা ঙমলম্মী। ৱাহং অমগী পাওখুম পীবদা পাই অহুম অহুম লৌই। মিনিট তরা পুরা চুপ্না অমদুনা ৱা ঙাঙলকক্ত্রিবফাওবা মহাক করিমত্তা ঙাঙদে। পাওখুম নত্রগা পাওতাক তরানিথোই হেন্না খুম্বা ঙমনবগী মপুক্লিং ফাথজবা মাল্লি। মী মীদুগী খুবাক মুন্না য়েংলগা মানা ঙাঙবা হৌরক্লনি, 'কয়ারক হন্না হোৎনরবসু নঙনা নঙগী অপাম্বা পন্থুংদু খক ফংবা ঙমদে', তাবদা তরাগী মনুংদা মাপনদি চুম্বগুম খল্লি। মখা তানা অমুক হঙই, 'নঙগী য়ুমদা নত্রগা নঙগী মরি মতা থোক্লবা, মতম অয়াম্বদা নঙোন্দা তাথি তাওইনা তৌগনবী নুপী অমা লৈব্রা?' মথংদা নুপাদুগী শাজৎ লীচৎকী ওইনরপ হায়রকই, 'নঙগী অৱা-অনা পুম্নমক নঙগী শাজৎ-লিচৎতনা থোকহনবনি। শনি গ্রহনা নঙবু কোয়শেন শেন্নদুনা লৈবসিননি, নত্রা? নঙদি পুক্লিং লৈতাগন্দে মপাম্থোংগী নিংঙক নিংঙকপা হেক্তা তৌনবা হোৎনৈ।' মসি তাবদা মাগী মপুক্লীংবু খংচিং চিংশিনখিবগুম তৌই, 'কৈশু লৈতবা থৌরম অমগীসু মপাম্থোংগী অথিংবা কয়া লৈনা লৈনা হেক্তা তৌগদবগী হোৎনৈ।' অসিনচিংবা কয়া কয়া।

লৈপাকহৱাই য়োনবদু মাগী লৈরং মুথৎখ্রে অমসুং ময়ুমদা হন্নবগীদমক হৌগৎখ্রে। খুবাক ময়ি য়েংবদুসু লোয়শিন্নবগী মতম ওইরমাল্লে হায়না নীংলে। শংবানবা মৈঙাল খরা খরা নত্তনা মাগী অকোয়বা পুম্বা মমশিল্লকলে। মাগী লিকোন ময়ামশিং অমদি পোৎচৈশিংদু শংবান্নবা মৈঙালদুনা লৈরিঙৈদুদা খোমজিন্দুনা মথং মথং খাওদা হাপচিল্লকলে; মানা মমায় হাইগৎলকপদা মাগী মাঙদা নুপা অমা লেপলম্বা উরে। খুবাক ময়ি য়েংবা লাকপা শোয়দনা ওইগনি হায়না মানা খল্লি অমসুং হায়রকই, "নশাবু নশানা য়াম্না চেকশিঞ্জবা মীওই মানখ্রেদা। মিকুপ খরদং ফম্মিন্নদুনা ৱারী শান্নরবদি ওম্থোক্লা নুংঙাইখ্রনিদা।" নুপাদু শাওরপ্না পাওখুম পীনিংবগী মওংনি। খুবাক ময়ি য়েংবদুনা তরাম্না কৌশিনবগী মতৌদু উবদা নুপাদুনা মাগী নাতোন ময়াদা মখুৎ থমলদুনা হায়রকই, "অদোম্না অদোম ইশাবু খুবাক ময়ি য়েংবনি হায়জরি, নত্রা?" খুবাক ময়ি য়েংবনা মঙোন্দা শীংনরবোই নীংলম্মী নুপাদুগী মখুবাক্তু শংবান্নবা মৈঙাল

অদোমদা চেপথরদুনা, "অদোমগী ময়িসিদি মওং অমনি ...।" "ওহ্! অদুম্না হায়বিগনু," হায়রকই নুপাদুনা, "তাবদা নুংঙাইগদৌবা করিনো খরা হায়বিয়ু....।"

মাগী নাপন্দু থুদেকপগী মওংনি, "ঐহাক ব্রাহং অমগী শুপ্নগী পাই অহুমদগী হেন্না লৌদে, অমসুং নঙনা নঙগী পৈশাদুমক্কী অপাম্বা চপ চাবা পাওখুমদু ফংগনি...।" তাবদা নুপাদুনা মখুৎতু তিংথোরকই, অনা অমা পুথোরকই, লংশিল্লকই অমসুং হায়রকই, "ঐগী হংগদবা ব্রাহং খরা লৈ। অদোম্না ঐঙোন্দা নমথাক তৌদুনা পাওখুম পীরবদি অনাদু শেন্দোয়গা লোয়ননা হনগদবনি।"

*"ঐগী পাওখুমদা অদোম্না পেনবা তারবদি লুপা মঙা পীগদ্রা?"*

"পীরোই।"

"অনা নিপান ফাওবদি পীবা য়াইনা?"

"ফরে পীরগে অদুবু নঙনা কারন তুরন ঙাঙলবদি পৈশাদুগী শরুক অনি ঐঙোন্দা হনগদবনিকো।" নুপাদুনা হায়রকই। মরৈ মরা খরা য়েৎনরবা তুংদা মখোয়নি য়ানবা অমা পুরক্লম্মী। খুবাক ময়ি য়েংবদুনা অতিয়ারোমদা মমায় য়েংখৎলদুনা লাইশোল খরা শোল্লকপা মতমদুদা নুপাদু চিরিক অমা মৈ চুরকই। মৈখেৎকী মৈঙাল অদুদা খুবাক ময়ি য়েংবদুনা নুপাদুগী মমায়দু মুন্না য়েংহৌই। তাঞ্জাদুদা কারশিংনা থৌখিবদা মখোয় অনি ব্রা অমত্তা ঙাঙনদে, শগোলগাড়ী থৌবশিংনা শগোলদা চৈবা, মমশিল্লকলিবা পার্ক অদুদা শান্নরিবা অঙাংশিংনা খৎন লাওনরিবা অসিনচিংবা কয়া কয়ানি। নুপাদু ফমথরকই, চিরিকতু মচিন্না চুপলি, মৈখু কামথোক কামথোক্লা য়াম্না নুংশিদবা মীৎয়েংদা য়েংলি। খুবাক ময়ি য়েংবদু য়াম্না মরিং মরাংবগুম ফাওই। "লৌরোসে হৌজিক নঙগী অনাসে, লৌরো। অদুম হায়নকা মুকশিল্লকলবদি ঐ য়াম্না হৈনদে। ঙসি ঐহাক থেঙসু য়াম্না থেঙলে...।" পোৎ-চৈ লোইশিনগদবগী মতৌ উৎলি। নুপাদুনা মখুদাংদু পায়রদুনা হায়রকই, "নঙ হৌজিকমক চৎপা য়ারোই। ঐনা অসুম চৎচবদা নঙনা কৌশিল্লকপা নত্রা?" মাগী খুৎপায়দুদা খুবাক ময়ি য়েংবদু মশা থক-থক নীকলম্মী ; মখোলসু নীকলম্মী অমদি ব্রাস্থগদবগী মতৌনি। "কায়নরসি ঙসিদি। হয়েং ওইনা উনরসি।" নুপাদুনা মমায় তম্না মখুবাক্তু নকশিল্লক্তুনা "শীংনবা হায়বসি শীংনবনি। নঙ য়েংদবা শুকয়া য়ারোই।" খুবাক ময়ি য়েংবদু মখনাও

খ্রক-খ্রক কংশিল্লক্লম্মী, হায়রকই, "আদা নুপী অমা লাকলে ...।" "লেপখো," নুপাদুনা খাম্মকই, "ঐ হৌজিক অতৈ অমত্তা পামদে। ঐনা থিরিবা মীওইসি ফংগদ্রা নত্রগা ফংলোইদ্রা হায়য়ু? মসিমতং খুম্মু অদুগা চৎখো। নত্রবদি নঙনা নয়াদা উমশিনখিবা পৈশাশিংদু ঙম্না ওথোরক্কদবনি।" খুবাক ময়ি য়েংবদুনা মন্ত্র খরা মুরুম-মুরুম শোল্লকই অমসুং হায়রকই, "ফরে ঐগী লাইফাও হৌরগে। অদুবু ঐগী লাইফাও খিবিক নঙনা য়ানিংলবদি ঐঙোন্দা লুপা অমা পীগদ্রা? নত্রবদি ঐ চিন কাথোকপা ঙমলোই।" "নঙনা অপাম্বা তৌবদা ঐনা য়াগনি।" অসুম্না মরৈ কয়া য়েৎনরবা তুংদা মখোয় অনি য়ানরম্মী। খুবাক ময়ি য়েংবনা হায়রকই, "নঙদি শিরুবদগী হিংঙকলেদনা! অচুম্বা নত্রা?"

"আ! অতৈদি করি করি ?"

"হৈহ্রাং অমা নঙ তম্না কম্না লংশিল্লকখিব্রা?" হংঙকই খুবাক ময়ি য়েংবনা।

"অচুম্বমক্কি মরুপ !" মানা মথবাক উৎলদুনা থাংফমদু য়েংহল্লি। "অতৈদি?"

"অদুগা নঙবু লৌবুক ময়াদা লৈবা কুহা অমদা লংথরম্মী। নঙবু শিরসনু মতাদা লংথরম্বনি।"

"লম্বী চৎপা নুপা অমনা লাইবক ফবদগী কুহাদুদা য়েংথরম্বদগী ঐহাক হিংহৌবনি।" মথম্মোয় থিৎনা থাজরবগী মতৌদা থব্রায় তানা লাওরকই, "কৈদৌঙৈ ঐনা মহাকপু উনবা ফংগনি?" মখুৎ অনি ক্রক ক্রক পায়শিল্লদুনা মানা হংঙকই।

"মথংগী পুম্মীদা উনগনি।" খুবাক ময়ি য়েংবনা পাওখুম পীরকই। "ঙসিদগী থা মরিগী মমাঙদা অরাপ্পা সহর অমদা মহাক শিপ্রে। নঙনা মাবু কৈদৌঙৈদসু উবা ফঙলরোই।" মদু তাবদা নুপাদু নাহেবগুম স্বর শাংনা হোম্বরকই। খুবাক ময়ি য়েংবনা মখা চৎথরকই।

"গুরু নায়ক ... !"

"অদোম ঐগী মিংসু খঙবিবোরেকো?" তুং হল্লপনরদুনা নুপাদুনা হায়রকই।

"ঐনা খঙবা খরসু লৈরি। গুরু নায়ক, ঐনা হায়বসে য়াম্না মুন্না তাওকো। নঙগী য়ুমদি সহরসিদগী অব্রাং পাংনা নুমিৎ নিনিগী খোঙচৎনিদো। মথংগী

নুমিৎকি ট্রেন্দা নহাক চৎখো। নঙনা নয়ুমদগী লাপথোকলবদি য়াম্না তমথী তমথীবা খুদোংথীবা কয়া থেংনগনি খল্লি।" মানা কুপ্না নোইখাইরবা অশেংবা উৎ খরা লৌথোরকলম্মী। "মসি নঙগী নরাইবক্তা তৈয়ু অদুগা চৎখ্রো। মখা পাংনা নঙ খক চৎলুগনু, অদু ওইরবদি নঙ চহি চাম্মা পুম্নীগনি।"

"করিগীদমক ঐনা য়ুম্বু থাদোক্কদগে ?" নুপাদুনা য়াম্না মুন্না খন্থরদুনা মখা তারকই। "ঐনা লাক্লিবসে মহাক্তবু হেক উনবা মফমদুদা মকোক ককতুনা হাংকে হায়না লাকপনি।" নোল্লুকপগী মতৌদা য়ানিংদবগী মতৌ ওইরপ্না মানা হায়রকই। "ঐগী খুত্তগী মহাক নানথোকখ্রবা। মানা তৌজরুবশিংদুগী ফল ওইনা মহাক শিখিবা ওইরমগনি।"

"অচুম্বনি," খুবাক ময়ি য়েংবনা হায়রকই, "মহাক লোরী অমনা তকখায়দুনা শিখিবনি।" নুপাদুনা মপুক্লীং পেল্লবগুম ব্রাহ্নেদু তাবদা য়েংখৎলকই।

খুবাক ময়ি য়েংবদুনা মাগী মপোৎ মচৈশিংদু খাও মনুংদা হাপচিল্লকপা মতমদুদা মফমদু কনা অমত্তসু লৈরমদ্রে। শংবান্নবা মৈঙালদুসু লৈরমদ্রে, হৌজিক মফমদু পুম্মম মমলে অমসুং পুমচিক চিকলে। অহিংদুদা নুপাদুসু অদুম চৎখ্রে, চৎলমদাইদা মানা খুবাক ময়ি য়েংবদুদা পৈশা খুজোক অমা পীরম্মী।

খুবাক ময়ি য়েংবনা ময়ুম য়ৌরকপদা নোংয়ায় য়ৌগদৌরমলে। মাগী নুপীনা থোঙ্গান্দা লেপতুনা মাবু ঙায়রম্মী অমদি করিগী অদুক থেঙলকলিবনো হায়না হংঙকলম্মী। মানা পৈশাশিংদু নুপীদুদা পীশিল্লি অমসুং হায়রকই, "কয়ানো অমুক্তা থীয়ু। ঙম্নমক নুপা অমখক্লা পীরম্বনি।"

"অনা তরানিথোই মখায়নি।" থীনা থীনা মাগী নুপীনা হায়রকই। মহাক নুংঙাইবনা হায়ফম খঙলমদে। "ঐ হয়েং শিতা মিশিগা য়ুবীগা লয়রুবা তারে। য়াম্না কুইরবনি ইচানা অথুম্বা চানিংই হায়দুনা শোল্লকপা। ঐনা মাগীদমক য়াম্না হাওনবা শেম্বীরগনি।"

"ওকতুনা ঐবু মীনমলমলেদনা। মহাক্না লুপা অমা পীগনি হায়রম্বনি," খুবাক ময়ি য়েংবনা হায়রকই। মাগী নুপীনা মঙোন্দা য়েংখৎলকই অমসুং হায়রকই, "নঙ য়াম্না নুংঙাইতবগুম তৌই। করি অশোয়বা য়াওরবগে?"

"কৈশু য়াওদে।"

নুমিদাংগী চরা চারবা তুংদা ফমুং মথক্তা ফমলদুনা মানা মাগী নুপীদা হায়রকই, "ঙসিসি ঐঙোন্দা য়াম্না চাওরবা থৌদোক অমা থোকখ্রে হায়বসি

নঙ খঙলব্রা? ঐদি চহি কয়াসে ঐগী খুৎতা মী অমা হাৎখ্রে হায়না খল্লুবনি। থৌদোক্তুনা মরম ওইদুনা ঐনা ইয়ুম থাদোক্তুনা মফমসিদা লৈখি অমসুং নঙগা লুহোংখিবনি। মহাক্তো হৌজিক ফাওবা হিংলমলে।"

স্বর থবেৎননা হোল্লদুনা মাগী নুপীনা

"নঙনা মাবু হাৎকে হায়না খনখিবরা?"

"অশেংবনি, ঐখোয়গী খুঙ্গংদা ঐখোয় য়াম্না ওক্তনা হৌরকই। য়ু থকই, জ্বার শান্নে অমসুং নোংমদি য়াম্না তমথীনা খৎনখি। করিগীনো ঙসি হৌজিক্তা নীংশিংলকইবা ? তূম্বগী মতম য়ৌশিল্লকলে।"

হকাম চন্না-চন্না হায়রকই অমসুং ফমুংদা মসা তিংথোক্লদুনা হিপথখি।

ইশানা পেঞ্জবসু ওই। ঐগী ইনাই পুন্নমক্লা ঐগী লীচৎ খুদিং মুন্না খঙই অমসুং মখোয়না ঐবু খক ব্বারৌবা তৌদে।

মরম চাদনা মখোয়না ঐগী নাক্তা চংঙকপা তারগদি, মদু মখোয়গী তোলোব য়ামদবগী নত্রগা অতোপ্পা মীনাইশিংগা নিঙাই শংদানবগী করিগুম্বা খরা লৈদুনা চংঙকপা য়াই। মসিফাওবা তৌরকপদা ঐনা মখোয়দা থীনা থীনা হেক হেক চৈ। ঐনা মখোয়বু মতিক চানা অমদি চাংনাইনা পীরিবমক্তদা অসুম্না হেক তৌরক্লবদি; থা অমগী তোলোবপু নুমিৎ তরামঙানিদা হেক্তা লোইথোক্লিবা করিগীনো হায়না হেক হেক ঙাঙই। অদুগা মী অমগী তুংদা ঙাঙবা হায়বসি মীশোনগী নত্রগা চিরোন তৌবগী মতৌনি, জাৎ তোনবা মীশিংগী লীচৎনি হায়না তত্তনা ঙাঙই।

নোংমগী অয়ুক্তা গঙ্গু, মাবু কৌরুবা তৌদনা ঐগী নাক্তা চংঙকই। ঐ শাওই অমসুং হংই, করিগী মহাক্লা লাক্লিবনো হায়না। গঙ্গুগী মতৌদু ঐঙোন্দা করিগুম্বা খরা হায়নিংবা মাল্লি অদুবু মহাক হায়দোক্রুবা মচিন্বান্দু ফাজিনখিবগুম তৌই। ঙাইহাক্কী তুংদা ঐনা হায়, "করি মরম লৈরে গঙ্গু? করিগীনো নঙনা ঙাঙদ্রিবা? হৌজিক ঐগী অয়ুক্কী হব্রা-চাবা মতম থেঙজিল্লকলে হায়বা নঙ খঙদ্রা?" "চানবিদুনা অদোম পম্থবিরগনু। কোন্না অমুক ঐহাক লাকচরগে।" অদুনা অমুক্কা হেন্না ঐঙোন্দা অপনবা পীরে। ঐহাক য়াম্না তহা তহারম্মী, গঙ্গুনা মাগী অনীংবদু শমজিন্দুনা হায়রম্বা ফবনি। করিগুম্বা ঐনা নুংঙাইনা পোত্থারিঙৈদা মহাক্লা লাকলম্বা থোক্লুবা মদুনা হেন্না ঐঙোন্দা অয়েৎপা পীরম্বা য়াই। মানা খল্লিবসি ঐনা থবক চিনবসি লাইরিক পারিঙৈ অমদি ইরিঙৈ মতমদতনি খল্লি। ঐনা ইতোমতা ফম্বা অরুবা ব্রাখল খল্লিবগী মিকুপ কয়াবু মানা তন্দুনা দিল লেল্লিবনি হায়না খল্লি। অসিগুম্বা মিকুপশিংসিদনি মানা ঐঙোন্দা অপনবা পীরবা অমসুং ঐগী মমল নাইদ্রবা ব্রাখল্লোনবু থুগাইরবা।

ঐনা মাবু মদু খঙহল্লগা থাদোকখিনবা হোৎনৈ অমসুং হায়, "নঙনা বোয়না খরা পামদুনা লাকপা ওইরবদি কান্নদে, চৎলো। করিগুম্বা অমত্তা নঙোন্দা পীরোই।"

"ঐ বোয়না পামজদুনা চংজরকপা নত্তে" হায়রকই গঙ্গুনা, "ঐ কৈদৌঙৈদসু মদু হায়জরমলোই।"

"অদু ওইরবদি নঙ কনাগুম্বা অমগী মথক্তা চীরোন তৌগে সিনিনে?" ঐনা হায়, "মীগী মতুংদা ঙাঙবসে ঐনা খ্বাইদগী তুক্কচবনি হায়বা নঙ খঙদ্রা?"

"নত্তে ইবুংঙো" গঙ্গুনা হায়, " ঐ কনাগুম্বা অমগী মথক্তা চীরোন তৌজগে লাকপা নত্তে।"

"অদু ওইরবদি নঙনা লাকলিবসি করিগীনো?" খাঙঙমদনা ঐনা হংই।

গঙ্গুনা অমুক্কা হন্না মাগী অপাম্বদু ফোঙদোক্কে তৌই। মানা অপাম্বদু ফোঙদোক্লবগী মপাঙ্গল ফুদোক্লবা হোৎনৈ হায়বসি মাগী মায়থোঙনা তাকলি। অরোইবদা মানা হায়রকই, "ইবুংঙো, ঐ, ঐগী থবকসিদগী পোখ্খাজরগে। ঐ অদোম্না নীংবা থুংনবা ইথৌ তৌবা ঙমজরোইদৌরে।"

মসুম্না হায়রকপসি মহাক্কীসিনা ইহান হানবনি, ঐ থম্মোয় শোকই। ঐহাক মখোয় খিবিক্কী থোইদোক্লা পুকচেল চাওবা মপুনি হায়না অসুক কুইবসি খল্লকপনি, ঐগা লোয়ননা লৈমিন্নবসে মখোয়না পেঞ্জরমগনি নীংলকপনি। "করিগীনো নঙনা ঐগীদা লৈনিংদ্রিবা?" হংই ঐনা।

"ইবুংঙো, অদোমদি থৌজাল খিবিক্কী মপুনি," গঙ্গুনা হায়রকই, "য়াম্না লুবা মরম অমা লৈতনা অদোমগী নাক্তগী কনানো চৎথোকনিংগদবা? অদুবু ঐহাক হৌজিক অদোমদগী লাপথোকচবা নত্তনা অতোপ্পা লম্বেল অমা লৈত্রে। ঐগী মরমদা কনাগুম্বা অমত্তনা মখুদোম্বী হাইগৎহনবা ঐ পামজদে।"

হায়রিবসি করিনো হায়বসি খঙনিংবা য়াম্না হেনগৎলকই। কাওথোকই ঐ, অয়ুক হৱা চাবা অমসুং ফমথৈ চৌকিদা অদুগা হায়, "নঙনা পাওখোংগুম ঙাঙলিবা করিগীনো? নঙনা নীংলিবদু তশেং তশেংনা ঐঙোন্দা হায়দোক্রিবা করিগীনো?" লৎ-লৎ তৌরদুনা গঙ্গুনা হায়রকই, "ৱাফমদি সিনি ইবুংঙো, মদুদি ..... মদুদি হন্দক্তা ৱুইদোজ হোমদগী তানথোকখিবী নুপী ... গোমতী দেবী," মপুং ফানা ফোঙদোকলমদনা মহাক লেপখ্রে। খাঙঙমদনা ঐনা হংই "মহাক্কা নঙগী থবক্কা করি মরী লৈনবগে?" "ইবুংঙো ঐ, মাবু লুহোংদুনা লৌজবা পাম্মী।" হায়রকই গঙ্গুনা।

তমথীনা চমম্মনরদুনা ঐনা মঙোন্দা য়েংই। মতৌ করম্না মতমগী চৎনবী লোনচৎ করিমত্তা য়াওদ্রবা আ-খুন্নুংগী বামোন অসিনা, খুন্নাইসিগী খ্বাইদগী হন্থবা থাক্তা লৈবা মীওই অমনা ফাওবা মাগী য়ুম মনাক্তা ফাওবা খোঙ্গুল তাবিদ্রবী লুখ্রাবী অসিগা করম্না লুহোংগে নীংলিবা? গোমতী হায়বী নুপীশিনা ওষ্ঠোক্লা ঈংনা চিক্লা পানখ্রবা লৈকায় অসিদা মরিং মরাংবা থৌদোক ৱাথোক কয়া কয়া থোকহনখ্রবনি। হোম অসিগী অঙম্বশিংগী মরক্তগী অনিরকনি মাগা লুহোংখিবা

অদুবু অমত্তা হাপ্তা ফানা লৈমিন্নদে, হেক্তা কায়নে। মমৈদা হোমসিদগী মাবু তাম্থোকপা হায়না লেপনখিবনি। মহাক অদুদগী লৈকায়সিগী ভারাগী য়ুম অমদা লৈখিবনি অদুদগী মহাক নুংশি-নুংওন্দা নীংবা কায়রবা নহারোল কয়াগী চাক্তাফম ওইখ্রবনি।

গঙ্গুগী খল্লুবদা ঐহাক শাওনিংবনা খাঙওমদে নুংশিবা অমসু ফাওই। 'পঙখ্রবা নুপা অসিনা করিগীনো অতোপ্পা নুপী অমগা লুহোংগে নীংদ্রিবা?' ইথস্তা শোঞ্জে। নুপীসিনা কৈদৌঙৈদসু নুমিৎ খরনিদগী হেন্না মাগীদমক করিশু খনবিরোই হায়বসি ঐগী চপ চানা থাজবনি। মহাক্না পৈশা য়াম্না চাদিং তৌরবদসু নুপীসিনা থা তরুক্তগী হেন্না কৈশু লৈমিন্নরোই। কৈদৌঙৈদা মখোয়নি কৈশু কুইনা লৈমিন্নরোই হায়বসি ঐগী চপ চাবা থাজবনি।

"নঙ মাগী হৌখিবা পুন্সীদি খঙইকো?" ঐনা হংই।

"ইবুংঙো পুন্নমক্তো হায়জিনবিবা অরানবা ঙাক্তনি," মাগী ৱাখলদা নুপীদুবু অতোপ্পনা মরাল শীজিনবিবনি হায়না লৌরি। "কৈশু নত্তবদা মীশিংনা মাবু মিংচৎ থীহনবিবনি।" "করি! অর্থ য়াওদবা," ঐনা হায়, "মানা অহূমলক হন্না মৱা নাইরুরে হায়বসিদা য়ানিংদবা লৈব্রা?"

"করি তৌগনি মহাক?" খুম্মকই গঙ্গুনা য়াম্না পুক্লীং লৈতানা, "মৱাশিংদুনা মাবু তানথোকপিরক্লবদা?"

"নঙসি কয়াদা পঙখ্রবা?" ঐনা মখা তাই, "লুপা লিশিং লিশিং তিংদুনা নুপা অমনা নুপী অমা লুহোংনরিবসি, শুপ্নগী তানথোক্লবগীদমকনি হায়বসি নঙ য়ানিংব্রা?"

গঙ্গুনা ছন্দ নাইনা শৈরেং থীবগুম ফোঙদোরকই, "লৈরমদ্রবদি করিগুম্বা নুংশিবা হায়বদো, খক ঙমলোই কৈগুম্বদা লৈহনবা, নুপী অমবু নঙগী নাক্তা। ঙমলোই নঙনা জয় তৌবা থম্মোয়, শুপ্নগী ফজবা য়ুমদা লৈহন্দুনা। মাবু লুহোংদুনা লৌখিবশিংদো, মখোয়না খল্লি লৌশিনবিবনি হায়না লুখ্রাবী অমবু, অদুনা খল্লি মখোয়না, গোমতীনা তৌরক্কনি খুদিংমক মখোয়গী অপাম্বা অদুবু কনাগুম্বগী পুক্লিংবু জয় তৌগে খল্লবদি, থাদোকপা তাই খরসু মাগী ওইজবা। অসিদসু নত্তে ইবুংঙো, মহাক মতিক চপ চাবী নুপীনি, অদুবু কৌবী মাবু মথোং মরম খঙদবীনি হায়না, অদুদা মাগী ৱাখল চোইরকই। অদুসু মীপুম তিংনা হায়বী মাবু হেলোইনা চেল্লবী নুপীনি হায়না।"

"অদুগা নঙনা অদুগুম্বা নুপী অমবু লুহোংনিংলিবা?" ঐনা হায়। "পুন্সীগী অব্বা অনা কয়া নঙনা খোঙদানবা শীঞ্জরে হায়বসি নহাক খঙদ্রা?"

মমালৈবাক্কীদমক্তা মপুন্সী কৎথোক্লবা মীওই অমগী মতৌদা গঙ্গুনা খুম্মকই, "ঈশ্বরগী থৌজাল হায়বদুনি, মহাকপু ঐগী ওইজরবদি, ঐসু ইশানা করিগুম্বা খরা তৌরগা ইপুন্সীসি শেমজগে খল্লি।"

"অদুদি অরোইবা ওইনা নপুক্লিংদা লেপলেনে?" হংই ঐনা।

"লেপচরে ইবুংঙো," মানা খুম্মকই।

"য়াম্না ফরে," ঐনা হায় "অদু ওইরবদি নঙনা মফমসি থাদোক্লগে হায়বদুদা ঐ য়ারে।"

মহৌশানা ঐহাক মল্লবা অমদি অর্থ য়াওদবা চৎনবী কয়াসিবু শুকয়া য়ানিংদে। অদুমদুম ওইদুনসু ঙসিগী ব্রাফমসিদদি অসিগুম্বা মরমচৎ নাইদবী নুপী অমবু লুহোংদুনা লৌগনি হায়রিবা নুপা অসিগী তুংগী পুন্সীদা য়াম্না খুদোং থীনিংঙাই ওইরক্কনি হায়বসিদি খল্লি। মাগী তুংগী পুন্সী মিকুপ খুদিংদা চয়েৎনবা অব্বা অনাগী পোত্থাফম খঙদবা থৌদোক কয়া থোক্লক্কনি হায়বসিমদি শোয়দ্রে। ঐগী ব্রাখলদা গঙ্গুনা মাগা হেক লুহোংলবা, মহাক শোয়দনা চরা হেল্লগনি হায়না থাজে। চাগদবা তল মচেৎতো পুমকং কংলে অমসুং মহাও য়াওদ্রবনিনা মদু মঙোন্দা করিশু কান্নররোই। মহাক্না নুপীসিদগী লাপথোকহৌরবদি ওম্থোক্না ফগ্রনিদা।

থা মঙা হৌখ্রে। গঙ্গু অমসুং গোমতী লুহোংখ্রে অমসুং মখোয় অনি হান্নগী, লৈকায়দুদা ইগী য়ুম অমদা লৈরকলি। মহাক হৌজিক হোকর অমা ওইনা খবর য়োন্দুনা মপুন্সী লেল্লি। লম্বেলদা ঐনা হেক থেঙনবা খুদিংদা মাগী লৈত-লায়রগী মরম হেক হেক হংই। মাগী পুন্সীসে ঐঙোন্দা ওম্থোক্না নুংঙাইখ্রবা মীওই অমনি। মাগী ব্রারীসি লোইশিনখিগনি খনবদা ঐহাক লৈতাফম খঙদে। মাগী পুন্সীসে ঐনা হেক উনবা খুদিংগী নুংঙাইদুনতা লৈ। মাগী মায়থোঙদা অব্রাবগী মমি শুকতা তাদবা মঙাল অমা লৈবগুম উই। মহাক নোংমদা লুপা অমমম ফংজবা ঙম্মী। নোংমগী মাগী চান থক্লবা লয়খ্রবা তুংদা অনা তরাদি লেমহনবা ঙম্মী। অসিগুম্বা অনা তরাখক্না গোমতীবু পেলহল্লিবদো, মঙোন্দা শোয়দনা লাইগী শক্তি খরা চেল্লম্বা য়াই।

নোংমা গোমতীনা মাবু থাদোকলমদুনা চেনখ্রে হায়না পাও তারে। করিগী

চৎথ্রিবনো ঐ করিমতা খঙদে অদুবু মদু তাবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইবা ফাওই। ওইরম্বা য়াই, গঙ্গুনা মশানা মশাবু কা-হেন্না থাজবা অমদি পুক্নীবু য়াম্না লায়না খনখিবদুনা ঐঙোন্দা কল্লক পেলহনবগুম ফাওরম্বা য়াই। মমৈদা ঐ নুংঙাইজে মদুদি ঐনা হায়খিবদু ঙম্না চুম্মকপদুদা মহাক হৌজিক ভাব তারকলমগনি মদুদি গোমতীগা কৈদৌঙৈদা লুহোংগনু হায়না মাবু খাম্বদু চুম্মমলে হায়না খঙঙকপদা ঐহাকসে মাগী ফনবতা খনবা মীশকনি হায়বদুসু মহাক হৌজিক্তি খঙলমলগনি।

"কয়াদা পঙথ্রবনো মহাকসে," খল্লকই ঐনা "তুংগী মরাইবক লেপকে খন্দুনা গোমতীবু মানা লুহোংগে খনখিবদো মখুৎনা স্বর্গ লাম্বা ফঙলগদবদু মঙায় মানা খনখিবদো।" মাগা উননিংবনা পুক্লিংসি লৈতাফম খঙঙক্তে।

নুংথিল অদো ঐনা মাবু উবদুদা মহাক পুমলোই লোইরবা মীওই অমগুম উরম্মী। ঐ হেক উবমক্তদা হিক্লা হিক্লা কপ্লি অমসুং হায়রকই, "বাবুজী, গোমতীনা ঐবু থাদোকলমলে।"

ঐনা মায়থোঙদা নুংঙাইতবা শাদুনা খুমখি, "ঐনা মসি থোক্কনি হায়না অহৌবমক্তদা মঙোন্দগী লাপথোক্লবা কয়া হায়খি অদুবু নঙনা শুকতা তাখিদে। নঙগী পোৎ-চৈ পুম্বা মানা ঙম্না পুথ্রবরা ?"

ঐনা মাবু ইকায়বা পীবা ওইনা থোক্লমাল্লে মথবাক্তা মখুৎ থমলদুনা হায়রকই, "পুখিদে বাবুজী, করিগুম্বী অমত্তা মানা পুখিদে। মহাক্কী মপোৎ মচৈ কয়াসু থমলমই। মহাক্লা ঐবু থাদোক্লগে হায়না খল্লিবদু ঐনা মাগী করি ব্রাৎহনবগীনো ঐ খঙদে। ঐহাকসে মাগী চপ চাবা মীওই অমা ওইদ্রে হায়বসি মানা খল্লমলগনি নীংলে। মাদি লাইরিক হৈবিনি অদুগা ঐনা অঞ্জি মশক খঙদবনি। মাদি ঐগা মতম খরতং শাংথনা লৈমিন্নরমলবদি শোয়দনমক্কী অতোপ্পা নুপা অমগা মরি লৈনরমগদবনি। অতোপ্পা নুপা কয়া কয়া মাগা মরী লৈনরমদুনসু মহাকসে ঐঙোন্দদি অঙকপা নুপী অমনি, লাইরেম্বীনি। মানা ঐবু থাদোকলমগনি হায়বসে ঐ কৈদৌঙৈদা খল্লুদে।"

গঙ্গুগী ব্রাহে তারগা ঐ অঙকপা ফংনা নুংঙাইরমদে। ঐনা থাজরম্বদি গোমতীগী লমচত্তা থাজবা লৈতবগী মতৌ কয়া হায়রক্কব্রা হায়না খল্লুবনি অমসুং ঐনা মাগীদমক্তা নুংঙাইতবা ব্রাখল কয়া ফোঙদোক্কে নীংলুই। অদুবু অপঙ অসি হৌজিকফাওবা মমীৎ চেৎনা উইশিল্লদুনা মপুক্লিংদা অদুম গোমতীদা থাজবা থমলি। ফাগি ওই করিওই ঐনা হায়, "মহাক ইমুংদুদগী করিগুম্বা অমত্তা পুখিদে

হায়বা ·কো ?"

"পুখিদে করিমত্তা, পাই অমগী মাল পুখিদে।"

"অদুগা মাবু নঙনা অদুম নুংশিরি?"

"ঐবু করি হায়না পাওখুমগদগে, বাবুজী ? সিদ্রিফাওবা ঐনা মাবু কাওথোকপা খক ঙমলোই।"

"অদুগা মানা করিগী নঙবু থাদোক্কে হায়না খনখ্রিবা?"

"মসিনি ঐগী খ্বাইদগী ঙকলিবসু।"

"মীনা হায়নবা লীরবা পাউরৌ, 'পুকচেল লেপ্তুবী নঙগী মিংদি নুপীনিকো' হায়বদু নঙ খক তাদ্রা?"

"ওহ! মদুমনা ঐঙোন্দা হায়বিগনু বাবুজী।

মহাকপু ঐনা অদুগুম্না খক খনবা ঙমদে।"

"হৌজিককাওবা নঙনা মাবু অদুক নীংলবদি চৎলো, মাবু ফংনবা থিরুরো।"

"চুম্মী ইবুংঙো, মাবু হেক ফংদ্রিবা ফাওবসি ঐ পোত্থাফম ফংলোইদৌরিবনি। কৈদনো মাবু ঐনা ফংনবা থিগদৌরিবসে? মহাক নোংমা ঐগী নাক্তদি শোয়দনা লাক্কনি। ঐ মাবু থিবা শোয়দনা চৎকনি। করিগুম্বা শিদবা থোক্লবদি অদোমগী নাক্তা শোয়দনা লাকচগে নোংমা।" অসুম্না হায়রমলগা মহাক চৎখ্রে।

মাগা উনবগী মতুং নুমিৎ খরা লৈরগা ঐহাক নৈনিটালদা চৎলম্মী , অদুগা থা অমমুক লৈরগা হল্লকলম্মী। ঐনা ফিরোল হোংদোক্কে তৌবমক্তদা ঐনা গঙ্গু, অঙাং অমা পল্লগা চংঙকপা থেংনৈ। মহাক নুংঙাইবনা মশা পুম্বা থুমহৎপগুম উই। কৃষ্ণ ফংজবদা নন্দ নিংথৌনা হরাওবদু ঙসি মানা নুংঙাইরিবসি য়ৌরমলোই। চরি তৎলবা মীওই অমনা মপুক থন্না চাবা ফংজবদা পোত্থাবগুম মাগী মায়থোঙদা অদুক্কী মতিক নুংঙাইবগী মঙাল ফাওবগুম তৌই। ঐনা ফাগিগী মওংদা মঙোন্দা হংই "গোমতী দেবীগী মরমদা নঙবু করি পাও তাবগে? নহাক মাবু থিবা শোয়দনা চৎলমগনি নীংই।" গঙ্গুনা মপুক্লিং য়াম্না নুংঙাইজবগুম হায়রকই, "বাবুজী, ঐনা মাবু উনবা ফংলে। মহাক লক্ষ্ণৌদা নুপীগী লায়েঙশঙ অমদা লৈরমলে । মফমদুগী মমান্নবীশিং অমদা ঐহাক য়াম্না নুংনাংলমলগনি নীংদুনা মাগী লৈফম তাক্লনবা হায়রকখি হায়। মদু হেক তাবগা খুদক্তা ঐ চৎলে অমসুং

মাবু লৌরুরে। অঙাং অসিমসু ঐনা ঙসি মঙোন্দগী ফংজরে।" মায়পাকলবা শান্নরোই অমনা মেডল ফংবদা নুংঙাইজবগুম গঙ্গু অঙাংদু ফংবদা হরাওজে।

মাগী ইকাইবা লৈতবা মতৌদুদা ঐ পুমঙক ঙকই। গোমতীগা মাগা লুহোংবসি শুপ্পগী থা তরুকমুক্তা ঙায়রি অদুবু অঙাংদু ফংবদা মথম্মোয়দা অসুক্কী মতিক নুংঙাইজরি অমদি চাওথোকচরি। নোক্লিংবগুম চৈনিংবগুম ঐনা হায়, "ওহ! নঙনা নচানুপা অমসু ফংলেদনা। অদুগী ওইরে, মানা নঙোন্দগী চেল্লুরিবদো। মসি নঙগী হেক নচামক্লি খনব্রা?"

"ঐমক্কীনি বাবুজী, ঈশ্বরমক্লা হেক পীবিবনি।"

"মহাক লক্ষনৌদা পোকপনি, নত্রদো?"

"মান্নি বাবুজী, ঙরাংসিমক মহাক থা অমা ফাবতা ঙায়রি।

"নঙগা মাগা লুহোংবসি কয়া কুইরে?"

"হন্দক্কীসি থারগা থা তরেৎ ফারে।"

"নঙগী লুহোংবা মতুং থা তরুক শুরগা অঙাংসি পোকলেনে ?"

"অচুম্বনি," পন্থদনা গঙ্গুনা হায়রকই।

"অদুগা নঙনদি অঙাংসি নঙগী নচানি হায়না খল্লি?"

"অচুম্বনি, ইবুংঙো।"

"নঙবু পেং চোইরব্রা?" ঐনা হংই। ঐনা হায়বসি মহাক্লা খঙশিন্নদ্রিবরা নত্রগা ঐনা হায়রিবসি তশেংনমক মানা খঙদবরা হায়বদু খনবদা ঐ ইতোমতা চম্মনৈ।

"মহাক য়াম্না ব্রাজরুরবনি," করিমত্তা হোংবা তৌদনা গঙ্গুনা হায়রকই, "বাবুজী মসিমক মঙোন্দদি পুমনৌ নৌবা পুন্সী অমনি। নুমিৎ হুম্নি পুরা মানা চৈনাখোল খাঙলকপনি। অব্রাবগী মশকনি মানা খাঙঙমগদৌবা চৈনাদু।"

মতাংসিমকনি, ঐনা মহাকপু চপ চাবদু খঙননবা খল্লদুনা হায়, "লুহোংবা মতুং থা তরুক শুবদা অঙাং পোকই হায়বসে নঙগীসিনা ইহান হানবনি, ঐনা হেক তাবদা।"

মতাংসিদা গঙ্গু ইঙক ঙকপগুম তৌই; ভুৎ-প্রেৎকি মতৌদা নোক্লদুনা হায়রকই, "মদুদি ঐ করিশু খল্লুদ্রে। গোমতীনা য়ুম থাদোক্তুনা চৎখ্রিবদুসু মদুনা মরম ওইরম্বা য়াই। করিগুম্বা মানা ঐবু নুংশিবিদ্রবা মানা ঐবু থাদোক্তুনা চৎখিবদা ঐ করি অমত্তা নুংঙাইতবা ফাওরোই হায়না মঙোন্দা হায়বনি। অদুবু মানা ঐবু

নুংশিবনা মরম ওইদুনা অঙাংসিগী ব্রাহৌদগী ঐখোয় অনিবু কায়নহনবা খক য়ারোই। মসি ঐগী হেক ইচামক্কি খঞ্জরবনি। কনাগুম্বনা মশানা হুনখিবা ফৌ নত্রবসু লৌরোক পাম্থাদা মহৈ মরোংদু লোকপা ফংজবদা করি অকায়বা লৈবগে?"

য়াম্না মপুক্লিং নুংঙাইনা মানা নোকলকই।

গঙ্গুগী মথম্মোয়দু খঙলবদা ঐ পুমঙক ঙকখি অমসুং ওম্থোক্লা পঙখ্রেদকো হায়না খল্লুই। ঐনা খুৎ তিংথোক্লদুনা মঙোন্দগী অঙাংদু লৌই, পম্মী অমসুং চুপ্পি। গঙ্গুনা অমুক হায়রকই, "বাবুজী অদোমদি অফবা গুন পুম্নমক্কী য়ুমফমগী মশকনি। ঐনা অদোমগী মরমদা গোমতীদা কয়ারক হন্না পাওদমজবনি অমসুং নোংমতা ওইরবসু অদোমগী মফমদা ব্যবহার অমত্তং উৎননবা চৎলুসি হায়বনি। অদুবু মাদি য়াম্না মচিং-মশোং নাইবী নুপীনি।"

ঐবু অফবা গুন পুম্নমক্কী য়ুমফম! ঐগী ময়ায় ওইরপ পুকচেল চাওবগী ইতৌসিনা গঙ্গুগী থৌনা, লীংজেল অমদি মপুকচেল শেংবা মতৌসিদা ইকায়বা ফাওরকই। "নঙনিনে গঙ্গু অফবা গুন পুম্নমক্কী য়ুমফম ওইরিবদি" ঐনা হায়, "অঙাং অসিমক অফবা গুন পুম্নমক্কী তুংনফম ওইরি। চৎসি নঙগা লোয়ননা ঐহাক হৌজিমক গোমতীগা উনগে।" অসুম্না ঐখোয় অনি গঙ্গুগী য়ুমদা চৎলি।

# লুহোংবগী ফিজোল

(কাশ্মীরী)

*অক্তার মোহিউদ্দিন*

ফিরোনবা নবীর শাল্লা, চহি হুম্ফুতরা হেল্লকলবনি। ঝিলম তুরেন তোর্ব্বান্দা মাগী তুরোই ঙামলোইরবা থোঙনাও অনিতা পানবা উগী মথক মখা শাবা য়ুম অমা লৈ। মাগী য়ুমগী মাঙ্গোলদা ফমলদুনা ফি লোল্লি। মনাতোন মথক্তা থারবা মিংশেলগী অনোক অমসু উপ্লী। পীকলিবা অঙাংগী মতৌগুম মানা য়াম্না খোয়দানা ঈশৈ মতেক মতেকসু হেক হেক ঙঙই ঃ

- চান্নবীদুনা লাল্লকখি ঐঙোন্দা য়ুগী পাত্রদু

অদুগা হুখি মানা ঐগী থম্মোয়বু।

নবীর শাল্লাগী অয়াম্বা পুন্সী মখৈ মাঙ্গোলসিদা ফমদুনা লেল্লকলবনি অমসুং মতম অয়াম্বদা ঈশৈ অনিখক্তং তোয়না তোয়না ঙঙজৈ। অনিশুবা ঈশৈদি:

- মহাক্কী মশাদো অমুনবা চুমব্রেগুম তমোন তমোনলি

হায় অল্লাহ,

থমবিয়ুকো মহাকপু তায়বঙগী মিৎয়েং ব্রাংমদা।

অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মাগী ব্রাঙাঙ ব্রাতাদা য়াম্না শেম শাদুনা ঙাংঙকই। হৌজিক মাগী ময়া ঙম্না তেকখিবদগী অমুক্কা হেন্না চেকশিন্না শেম শেমদুনা ঙাঙলে। তেন্তক ককলবা মাগী পোক ঙাক্তা ঙায়রবা মকোইদু উনগুম ঙৌরোক ঙৌরে। কোইদু দামে শাল্লাগী ফিজোন্দা নপ্লা লশিংগুম মাগী মখজাইশিংদা ঙৌরোক ঙৌনা নপলি, মখুত্তু খরা খরা নীকচরবসু মহাক হৌজিক ফাওবা মপাঙ্গল হন্দ্রি। ফি লোনবদা মপা লৈত্রবা অমা ওইবনা মাগী নাক্তা অরৎপা লৈতনা মী লাকই, অতৈদগী থোইদোক হেনদোক্লা চেকশিন্না লোল্লি।

নবীর শাল্লানা মাগী মল্লবা য়ুম অমসুং মাগী নুপী খোটন দীদীদগী হেন্না নুংশিজবা তাইবঙদা অতৈ লৈত্রে। নুমিদাং খুদিংগী মাগী নুপীনা মনঙ্গন্দা নশ্বীবা

অমসুং তপ্না তপ্না নানবিবদা নুমিত্তুগী চোকথবা পুম্বা হেক্তা ফখি। ফোঙ ফোঙ শাবা চাক পীজে অমসুং হাওরবা হিদাক হান হান্দুনা পীথকই। মাঙ্গোলদা ফমলদুনা মানা ঈশৈ ঙংনা ঙংনা শামতুগী রফালদু (ইম্নফি) য়েতুমনা লোল্ল-লোল্লদুনা ফমলিঙৈদা মাগী নুপী মাগী মমাঙমক্তদা লশিং মন্দুনা নত্রগা তরেঙ নাইদুনা হেক হেক ফম্মী। নবীর শাল্লানা কৈগুম্বদা ফাগী ওই করি ওই হায়, "ঐনা দজ্জী ওইরে অদুগা নঙনা ঐগী শীন্দম্বী।" তাবদা খোটন দীদী হৈনিংদবগুম অমসুং হাক্কচবগুম খুম্মকই, "ঐনা করিগী শীন্দম্বী ওইদৌরিবা? নঙদুম ঐঙোন্দা শীন্দমলিবনি।"

খোটন দীদী য়াথক্কী ময়া অমত্তং নত্তনা ঙম্না তেকপ্রে; অদুনা খদাংদু ঙম্না কোপশিনখিবনা হৌরিবা ময়া অমখত্তু খুজিনগী মতৌগুম থিনদোক্কুনা লৈ। মাগী মমায়দু অখুইবা গাজরগুম মকু মকুরে অমসুং শম্বুলদু অঙৌবা অমোৎপা ফদিগুম ফুব্রাওনরে। য়ুম অসিদা মানা লৈরকপসি শুপ্নগী চহি কুনখক্তা হায়রি অদুবু মাগী ফিভমদি শরুক তরা হেল্লবগুম অহল ওইশিল্লে। মরাইবক থীবদগী মচানুপী অনিখক্তং নত্তনা ঙম্না নৌনা নৌনা শিদোকপ্রে। মচানুপী অনিদুসু মাগী মাগী নুপাশিংগীদা লৈখিবনা হৌজিক মরি মতাগী মীওই হায়বদু ওইরে। মল্লবা চল্লবা য়ুমসিদা নবীর শাল্লা মাগী নুপীগা অব্রা-অনা য়াওদনা পুক্রিং লৈতানা অমদি হোয়-মায় হায়না চৈনদনা লৈরকলি। মখোয়গী মচাশিংগী লুহোংবদা পুশিল্লুবা পৈশাশিংদু তপ্না তপ্না শিংদোকখিবদগী হৌজিক্তি মীগী লমন পৈশা অমফাওবা তোনদরে। খোটন দীদীগী মতম পুম্বদা থম্মোয় মৈচাক্লরিবদি মাগী মচানুপা অমত্তং ফাওবা মতম শাংনা পুনশিরমদবসিনি। মীনদি হায়নৈ মদুদি শাল্লা শাগেগী ইমুং অয়াম্বা ঙম্না পৈশাগী চাওরবা খাওজাও খাওজাও লৈনৈ; য়ামদ্রবদা লিশিং অমা নত্রগা অনিদগী তাদনা লৈনবা ঙাক্তনি। মদু অল্লাহনদি খঙলম্বা য়াই অদুবু মখোয়গী পুন্সীদি নোংমা নোংমগী হাতে হাতে তান্দুনা চারকলি। থারবা অনোক্তু নাখাঙদা উপলদুনা নবীর শাল্লা শামতুগী রফালদু লোল্ল লোল্লদুনা ময়া হৌদ্রিবা অঙাংগী চিম্বানগুল্লবা মচিন্দগী মানা খ্বাইদগী খোয়দাজবা ঈশৈদু ঙংলি।

- চান্নবীদুনা লাল্লকখি ঐঙোন্দা য়ুগী পাত্রদু

অদুগা হুখি মানা ঐগী থম্মোয়বু।

মাগী নাক্তা ফমলিবী খোটন দীদীগী লংচাক চাকপগী তরেং মখোন্দুনা ঈশৈদুগী তাম্বা পীবগুম নীংথিহল্লি। মতমদো নোং চুই, ফুইনা চুখিবদি নত্তে অদুবু ঝিলম তুরেনগী ঈশিং অকিবা ফংনা নৈরম্মী অমসুং নুংশাগী মৈশাদু খাণ্ডমখিদে। নুংশাদুদা মহাক থবক শুঙমখিদবনি অদুবু ইমুংদুদা চরা তাল্লিবদি মথন্তনি। ওম্বা ঙমদবা মহাক থবক্তি লেপ্পা য়াদে। মীওই কয়াগী ফিজোলশিংদা মহাক মশামক্কী হুমাং অমসুং ঈগী লংলা লংলাশিংনা তাইশিন তাইশিন্দুনা ফোংখ্রবনি হায়বসে মমৈথংদা মানা খণ্ডজরকখি। মাগী মশাপুম্বা হুমাংদা লুপলে অমসুং শামতুগী ফিদুনা মাগী ফি থোংদ্রবা ফৈগনথক্তা তারিবদুমক ওমচাক্লবনা মহাক খাণ্ডমখিদে। অদুবু মহাক শুদবদি য়াদে। পুম্নমকসি কাওথোকপা ওইনবা থবক শুনা শুনা ঙংবা ওইরম্বা য়াই মাগী ঈশৈদু। লৈরোং অমা লোনবা লোইরে, লংদু কক্লবগীদমক মহাক্লা কাতি থিরকই। কোইয়েং য়েংবদা লৈবা উদে, মমৈদা মাগী নুপীদা হংঙকই, “নঙবু কাতিদু কৈদা থমখ্রবগেনে?”

“ঐনা উপুদা থমলম্বনি,” খুম্মী মাগী নুপীনা। “অমুক্তা পুরকউ। লংশি কক্তবা য়াদ্রে।” খোটন দীদীগী খোঙশিংদু তাং চিকপগী লাইনা অমা লৈ। মহাক হাথু হাথুনা হেক লেপখৎপা ঙমদে। মহাক মথন্নতা লৈরবগকা ওইরমলবদি লেমহৌরিবা মাগী পুক্নীগী মিকুপশিংদু ওহ্লোক্লা খাণ্ডমদবা ওইরমগনি। অদুমকপু মাগী মপুরোইবগী য়াথংদি ইন্দবা য়াদে। চৈনাদু খাওনা খাওনা কাতি লৌরুনবা মখোঙ থাংঙকই। উপুদু হাংদোকই, অপীকপা য়োৎকী তরংদু থিরকই অদুবু কাতিদুদি লৈবা উদে। শাওরকই নবীর শাল্লা। মহাক থবক্তু প্রপ-প্রপ লোইশিল্লগা মশাদু অমুক্তং তিংলি য়াংনিংলদুনা পোত্থানিংবনি। “মুন্না য়েংউনহে। কৈদৌরিবগে নঙবু?” মহাক্লা লাওরকই। খোটন দীদীনা তরংদুদগী অঙাংশিংগী অমসুং মল্লবা ফিরোলগী ময়োম অমা পুথোরকই। “কয়াদা অব্রাবগী মশকনো?” খল্লি খোটন দীদীনা, “অঙাংশিংদো ঙম্না শিখ্রবনি, মখোয়গী মফি মরোলশিংদি করিমতা কায়দনা লৈরি।” অঙাংশিংদু মথং মথং নীংশিংঙকই অমসুং খঙহৌদনা মমিত্তগী মপি চদুম-চদুম শিন্থুরকই। খুইথরবা মাগী মথবাক্তু জিং জিং লাওবা অমা ফাওরকই। অমনবা ফিশিংদু অমমম অসুম চিংথোরকলবা তুংদা মমৈদা অঙাংবা গুলাপ মচুগী পাইজামাদু উরকই। মতম কুইনগী মমাংদা মানা লুহোংবা নুমিত্তা শেৎখিবা পাইজামানি। হৌজিক ফাওবা করিমত্তা কায়দনা লৈরি। মাগী

লুহোংবগী অউনপোৎশিংদগী হৌজিক ফাওবা লৈরিবা হায়ববু মদুখক মঙায়রে। মাগী নহা ওইরিঙৈগী পুক্নীশিংদু নীংশিংলুরগা মাগী থম্মোয়দা খংপ্রেক খংপ্রেক খংবা ঈনোৎ কয়া ফাওরকই।

খোটন দীদী খঙহৌদনা চমম্নবা পোকলকই। মানা পাইজামাদু মপুরোইবনা উখিগদ্রা হায়না ইকাইজবনি অদুবু মদুগী তঙাং তঙাংলবা মচুদু উরুরগা পাক হেক লৈথোকপা ঙমদে। মথন্তা মশাগী মায়থোঙদু তঙাং তঙাংজরকপগুম ফাওজরকই। তনৌরবী লৈশাবী অমগুম মথম্মোয়গী মিহুল হুল্লকই। মশাপুম্বা মথোৎ কারকপগী মৈরীনা চাকখৎলকপগুম ফাওজরম্মী। ঙসিতা লুহোংলিবী মৌ অনৌবীগুম নীংজরকই অদুগা নবীর শাল্লানা মশক মতৌ ফজরবা পাখং ওইনা উরকই। পলেম শকপী মমাদুনা মমিৎতা পিরাংনা থুমহৎলদুনা মাবু থিন্দোরকপা অমসুং নবীর শাল্লানা লুহোংবগী অহিংদুদা মাগী কাদা চংঙকপদু নীংশিংলকই। মদুগী মমাং নোংমসু নহা ওইরিবা নবীর শাল্লাবু মহাক্না উখ্রবনি। তাঞ্জাদুমক্তা মমিৎনা ফৈরপ য়েংথোকপদা উই অমসুং তায়, নবীর শাল্লানা মাগী পামজরবা ঈশৈদু ঙংলি।

- মহাক্কী মশাদো অমুনবা চুমব্রেগুম তমোন তমোল্লি।

নবীর শাল্লাবু লুহোংবগী নুমিত্তুদা ফেরান (পুময়াৎ) অমা লিৎ পস্মিনা চাদর (কাশ্মিরী শাল) অমা লেংবান্দা য়াল্লদুনা উখিবগুম নীংশিংঙকই। খ্বাইদগী তাঙলবা শামতুগী টুপী অমা মকোক্তা লুহ্পকুম উপ্পদুমক মাগী মমিৎতা উরকই। লুহোংলুবতা ঙায়রিবা নহা ওইরিবা নবীর শাল্লানা মাগী নাক তম্না চংলকলিবদু পঙলবা অমদি চম্লবা আশা কয়ানা মায়থোঙ খুমলিবী খোটন দীদীনা তথক তথকপা ৱাখলগা লোয়ননা তরাম্না কৌশিনজবগুম মথম্মোয়দা মথুম মরাংহল্লিবগুম ফাওরকই।

য়াম্না ঈংনা তপ্না মথম্মোয়দা ঈখৌ লাংজবগী মতৌদা নবীর শাল্লানা হায়রকই। "নঙবু পাইজামাদু অমুক্তা শেত্রিবা করিগীনো?" তাবদা খোটন দীদী ইকায়বনা মমায় তঙাং তঙাংলকই। ৱাদি অমত্তা ঙাঙদে। নবীর শাল্লানা মখা অমুক তারকই, "শেৎলুনে, নঙবু কৈদৌনা শেৎত্রিবনো?" মখুত্তগী ফিদু থাদরমলগা মাগী নুপীগী নাক্তা চংঙকই, অনৌবা আশাগী ঈনোৎকা লোয়ননা হায়রকই, "করিগীনো নঙনা নপুক্লিং তয়াং তশোয়রিববু? পাইজামাদু অমুক্তা

শেৎলুনে। নহাকসে কয়াদা ফজখ্রবী নুপীনো!"

তারগা মাগী নুপীনা হায়রকই, "নঙসে মহা অপঙনি।"

"কৈদৌরগে?" হংঙকই নবীর শাল্লানা। খোটন দীদী করিমত্তা লেঙ-খোৎপা তৌদনা ফমলি। মাগী মশাদু নীংতমজবা ঙমজদবগী মতৌনি।

"ফরে-ফরে," শোল্লম্মী নবীর শাল্লানা অদুগা শিরিদা তপ্না-তপ্না কুমথখি। মদুদতা খোটন দীদী পোখাজবগুম ফাওজে। মমাংদগী ফিরোলশিংদু অমমম খোমজিল্লগা তাশিল্লি অদুগা গুল্লাপকুম তঙাং তঙাংলবা পাইজামাদু অরোইবা ওইনা মুম্না য়েংলমলগা শেগায় তুখাইরবা ফিশিংদুগী মরক্তা য়েপশিনখি অদুগা ফিয়োমদু উপু মনুংদা থমজিনখি। মমায় লৈথোক্লুনা মপুরোইবদা য়েংজরকই। 'কৈদনো মানা চৎখ্রিবসিবো?' খল্লকই খোটন্না। মথন্নতা মখা তানা খন্থজে অমসুং মপুক্লিং পেঞ্জদে মদুদি করিগীনো মপুরোইবনা মঙোম্দা নমদুনা পাইজামাদু শেৎতবা য়াদে হায়না হায়রমদ্রিবা। অসুম্না খন্থরুরগা য়াম্না নীংঙম্মকতে।

নবীর শাল্লানা ঈশৈ ঙঙল ঙঙলদুনা চংঙকলমদাইগী মিকুপ্তুনি। খোটন দীদী মাগী লুহোংবগী পাইজমাদু অসুম অসুম নীংশিংলুরগা মথম্মোয়দা পোখাফম খঙদবগুম ফাওররকই। ইকায়বনা মমায়দু ইচপমুক ঙাংঙকই। নহা ওইরিঙৈগী পুক্নীবু নীংশিংলুরগা মপুক্লিংদা হায়নিংঙাই লৈতনা নুংনাংবা ফাওরকই। অদুবু নবীর শাল্লাদি য়াম্না নুংঙাইজবা ফাওবগুম উই। তপলপ্না ঈশৈ ঙঙল ঙঙলদুনা শিরিদা কাখৎলকই। থোংনবা হামেংশা শের অমা পুরদুনা মাগী নুপীগী মনাক তম্না কাখৎলকই অমসুং হংঙকই, "নঙবু পাইজামাদু শেৎত্রবরনে?" ঙাইহাক অমুক লেপলগা, "নঙসে কয়াদা নঙক কনখ্রবী নুপীনো?"

"নঙবু ইকায়বা খঙদ্রবরনে? ইহল হেক হনুরদনা, য়োং হেক মাল্লদনা।" ব্রাকৎচবগুম হায়রকই মাগী নুপীনা।

"ইকায়বা?" হায়রকই শাল্লানা, "ঐখোয়বু ইতৈ-ইনাও নতবরনে?"

খোটন্না ব্রারীদু অতোপ্পা অমরোমদা নাথৈরকনবা হোৎনরকই, "কৈদৌদোইনো হামেংশাসিবো?" হংঙকই মানা।

"থোংনবনি, কৈদৌনি হায়বগে?"

খোটন দীদীগী শুপ্নগী ময়া অমখক্তং নত্তনা অমসুং নবীরগীনা ঙম্নমক অমত্তা য়াওদ্রবনি। হামেং থোংবদু করম্না চাগদগে? অদুবু নবীর শাল্লা অদুক

হাক্লা অপঙবা নত্তে হায়রকই, "য়াম্না মুন্না ফুৎলগা মরাইনা থোৎচনি। নত্রবদি শাইবদি কৈদৈ য়াদগে? অদুবু হৌজিক ফাওবা পাইজামাদু শেৎচিনদ্রিবা করিগীনো?" মচিন্বান অনিদু তুমথোকলদুনা পিকলিবা অঙাংগী মতৌগুম খোটনবু ফাদুনা চৎহন্দনবা হোৎনৈ।

মমৈথংদা অঙাংবা পাইজামাদু হোংদোকলগে অদুনা মপুরোইববু মনাক্তগী চৎথোকখিনবা হায়রকই, নবীর শাল্লা শদুমদু মখুৎনা পায়র পায়রদুনা শিরিদুদা তপ্না-তপ্না কুমথখি। খোটন দীদী থোঙ লোনশিল্লি, পৌরোল থাজিল্লি।থমজিনখিবা ফিয়োমদু তপ্না তপ্না লৌথোকই, পাইজামাগী মরিদু লেঙশিল্লি অমসুং হোংদোক্লুনা শেৎচিল্লি। মশাদু নহাগী মতৌদা খিঙ-খিঙ লাওরকপগুম ফাওরকই। তাং চিকপগী লায়নাকা অমত্তা ফাওরমদে পরপ পরপ দলান মখাদা কুমথখি অমসুং তথক তথক মপুরোইববু থিরকই। মখোয়নিগী মতৌদু কনাগুম্বনকা উরমলবদি, অল্লাহনদি শোয়দনা উরমগনি। নবীরগী চহি মতাংদুদা করিবু তৌনগবা। হে তায়বঙ মপু নঙগী করম্বা খুৎশেমনো? লৈতাফম খঙদ্রবা ব্রাখলনা মথম্মোয় থুমহৎলি। খোটন শ্রোৎ-প্রেক লাওদনা চাকশং তম্না চংঙকই।

নবীর শাল্লা চফু অমদা হামেং ফুৎনবগী য়োৎশবী মথক্তা থাংগৎলদুনা ফমদুনা লৈরম্মী। ঈশৈ মতেক খরসু ঙংই অমুকসু মৈদু কাম্মী। খোটন দীদী মপুরোইবগী মনাক্তা চংঙকতুনা ফমনিংবগী মতৌ উৎলি অদুবু মৈনাক্তা থারম্বা ফক্তুগী মরীদা পন্দুনা তুরম্মী। মতৌদুদা নবীর শাল্লা খংপ্রেক খংই। মাগী নুপীনা লৈমায়দা তুদুনা অমদি খংপ্রেক খংনা অকিবগা লোয়ননা লাওরকপদু তারম্মী। থংনবা হেক মিকুপ্তা খোটন্না মখদাংদু খরদং থাংগৎলপ তৌরদুনা, মপুরোইবনা ওনশিন্দুনা মোমোন নোকলম্বদু উরম্মী। নবীরনা মখুৎ তিংথোকলদুনা মাবু কোনখৎপিদুনা হৌগৎলম্মী। "নশা শোক্লা নহাকপু, শোকপ্রনে?" তহা তহা নবীরনা হায়রকই। খোটন দীদীনা মঙক হায়রকই মশা পুম্বা চঙঙক্লবগুম ফাওরকই। "ফরে, অদুদি হৌগৎলোদনা," হায়রকই নবীর শাল্লানা। অমুকসু হন্না খোটন্না পাওখুম ওইনা মঙক নোম্মকই। মানা খোটনবু পাইজামাদু শেৎতুনা লেপখৎহন্নিংবগী মতৌদা ইঙ্গিৎ তৌরকই। লেপখৎকে হোৎনৈ খোটন অদুবু নবীরসু মপাঙ্গল শোনমনখিবনা কন্না মতেং পাংবদু ঙমদে। লুহোংলুবতা ঙায়রিবী

কনাগুম্বী অমগুম য়াম্না ইকাই হঙ্গোইনরিবীগী মতৌদা কোনখৎপিদুনা অমদি চিংখৎপিদুনা হৌগৎহনবদুগী মতৌনি। খোটন দীদী হনুরে অমসুং মশু মশিং থীঙমদনা লৈরে হায়বদু কাওথোকখি। নবীর শাল্লা ময়া অমফাওবা য়াওদমখে অহল ওইরে অমসুং মচা লৌবা মমাকশিং ফাওবা চহি লিশিল্লকলে হায়বদু নীংশিংদে। নবীরনালৈমায়দা তুরিবা খোটনবু মপাম্বোম অমদি মরেংজুমদা মখুৎ নামা নামা পায়রদুনা হৌগৎনবা হোৎনরিবগী মতৌদু য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা মতৌনি হায়বা য়াই। তাঞ্জাদুমক্তদা কনাগুম্বা অমনা থোঙদা তক-তক থিল্লকপা তারকই। মপান্দগী 'অ-হ-ম', হায়না লোকখুরকপগুম, খৌদেম্মকপগুম তৌরকই। করিমতা থোকখিদবগী মতৌদা নবীর শাল্লানা পরপ-পরপ মাগী হান্নগী ফমফমদুদা ফমথখি। খোটন দীদীদি মশা পুম্বা হুমাংদা লুপলে। লাকলিবদু অতৈ কনা ওইরমদ্রে, মচানুপী অহলগী মপুরোইবা ওইরমলে। নোল্লুকপা অমসুং ব্যবহার লৈবগী মতৌদা নোকমি-নোকমি পীশুম কাংলপ তৌদুনা থোঙজিন্দা লেপলমবদু উরে।

"সলাম-অলাইকুম," মখুৎ থাঙ্গৎলদুনা হায়রকই।

"চংঙকউ, চংঙকউ।" নবীর শাল্লানা কৌশিল্লি।

মমাক নুপাদু ব্রাহে অমত্তা হায়রমদনা হন্দুনা চৎখি। মাগী মায়থোঙদু ইকায়বগী মৈরীনা য়ৈরবগুম তঙাং-তঙাংখি। মপুনা ফারবা হুরানবগী মতৌগুম খোটন দীদী ইকায়বনা লৈফম খঙলমদে। মপুরোইবগী মমাঙদা মরাল লৈরবী অমগুম মপুক্লিংদা ফাওরম্মী অদুবু নবীরনা মনাক্তা চংশিল্লক্তুনা হায়রকই, "নরাল লৈরবী অমগুম নথক্তা খঞ্জরিবা করিগীনো? হা! করিগীনো? য়ুম অসিবু ঐখোয়গী নত্রনে? নুপা অমা হায়বসে মাগী য়ুমদদি নিংথৌনি, নত্রনে?"

# চাক চয়োম

(মলায়ালম)

*করুর নীলকান্ত পীল্লায়*

"সার, অঙাংশিগী চাক চয়োম মফমসিদগী থিবা ফংদ্রে হায়।" অনিশুবা ক্লাসকী ওঝানা হেড মাষ্টরদা তম্মী। হেড মাষ্টর করিগুম্বা খরা ইরম্বদগী খংলেপ লেপ্লী অমসুং য়েংখৎলকই। অঙাংদুগী মমিত্তগী লেপ্পা লৈতনা চেম্থুরিবা পি মতুম মতুমশিংদু উই। মিকুপ খরা মপুক লামলবা অঙাংদুনা মমায় লুকথরদুনা লেপলিবদু য়েংদুনা লৈ।

"চাকতু নঙনা কদায়দা থনম্মী?" হেড মাষ্টরনা হংঙকই। কপ্লা কপ্লা অঙাংদুনা খুম্মী, "থংনবা কাসিদা।"

ক্লাসকী ওঝানা হায়রকই, "মানা মহৌশা থম্বা কাদুদা অদুম থমজবনি। মাগী ক্লাসকী অতোপ্পা অঙাং অমগীসু অদুম থম্মী। চয়োম অদুদি অদুম লৈরম্মী।"

"মফমদুদা নঙবু থিরুরব্রা? অতোপ্পা মফমদকাদি থমলমদেকো?"

"মফম পুম্বা য়েংজরুরে। লৈবা উদে।" খুম্মী অঙাংদুনা।

"নঙবু স্কুল হাফ থাবা মতুদা য়েংলুব্রা?" ওঝানা হংঙকই।

"য়েংই ওঝা।" খুম্মী অঙাংদুনা।

"মসি য়াম্না ইকায়নিংঙাইনি। অঙাংশিংনা স্কুলদা লাক্লগা চাকফাওবা হুরবা, য়াম্না ফংখিদ্রবা লীচৎনি।" হায়রকই ওঝাদুনা।

হেড মাষ্টরনা অঙাংদুবু থেমজিল্লি, "অঙাং পুম্বা মফমসিদা লাকখিসনু। ঐ মখোয় পুম্নমক্তা হংখিগনি। হুরানবদু চপ চানা ফাগনি। মতুংদা অমুক তৌদনবা। চপ চবা থবক লৌখৎকনি। কপকনু, কপকনু ইবুংঙো। হৌজিক নঙ চাক য়াম্না লাম্লরিনি, নঙগী লাইরিক পুরগা য়ুমদা চৎখ্রোদনা।"

"নঙ চৎলগেরনে?" মাগী ওঝানা হংঙকই।

"হৌজিকমক্তি চৎখিরোই ওঝা," খুম্মী অঙাংদুনা।

"অদু ওইরবদি নঙগী ক্লাস য়াওরুরো।" হায়রকই হেড মাষ্টরনা। অঙাংদু চৎখি।

ক্লাসতুগী ওঝাদুনা থৌদোক অদুগী মরমদা য়াম্না কুপ্না খম্থে, হেড মাষ্টরদা মদুবু তরাই তরাইনা তোকপিদনবা হায়জরকই।

হেড মাষ্টরনসু য়ানিংবগী মতৌ উৎলকই।

চাক ঈশিং চাবগী মতম লোইরে হায়দুনা কাংশি য়ৈরকই। ঙাইহাক উরোন উরোন তৌদুনা পোখানরম্বা ওঝা পুম্বা অঙাংশিংগী কা কাদা মমীৎ নোইর-নোইরদুনা চংনরকই। লমপাক্তা চেন-চোংদুনা নুংশা শাবা খঙদনা শান্নরম্বা অঙাংশিংদুসু হুমাং তৈথোক তৈথোক্লা মাগী মাগী কা কাদা চংঙকই। অচোইপা নত্রগা চাক চারবা নুংঙাই য়াইফবা ইমুংদগী লাকপা অমদি ময়ুমদগী মতম চানা থোংবিদদুনা চরা হেল্লকপা অঙাং খুদিংমক মাগী মাগী ফমফম ফালশিংদা চেনশিন্নে। চাক পুক থন্না চারবা অমসুং মাগী মাগী য়ুমলোন্নবশিংগী পুখ্রিদগী মপুক থন্না ঈশিং থক্লগা লাকপা অঙাং পুম্নমক মাগী মাগী ফমফমদা ফমথনৈ। মখোয়গী মরক্তা চয়োম মাঙখিবা অঙাংদুসু অমনি।

স্কুলদুদা লৈবা তোঙান তোঙানবা ক্লাস মরিমক্তা তমলিবা অঙাং অমদি ওঝা খুদিংমক চাক হুরানখিবগী পাওদু খুদক্তা তানরকই। অঙাংশিংদু অমনা অমদা, অমনা অমদা ঙম্না য়েংনৈ।

"ওঝা! বাল কৃষ্ণন্না হায়রিবা চাকতু ঐনা চাবনি হায়।" অঙাং অমনা ৱাকৎলকই। মতৌদুমক্তা মরাল শীরকপা অঙাংদুদা ওনশিল্লদুনা, "চাকতু নঙনা চাবনি; হে হুরানবা! হুরানবা!"

জোজেফতা গোপালন্না হায়, "চাকতু চাখিবদু পপ্পুনা শোয়দনমক্কী ওইরমগনি।"

মথাইনা হায়, "মতুংদদি ঐ মফমদুদা কৈদৌঙৈদা চাক থমলরোই।"

চাক্কী ৱারীদু ফনা কুইনা অঙাংশিংদুগী খ্বাইদগী মরু ওইবা ৱারী ওইখি।

ওঝাশিংদুনা মাগী মাগী মাঙদা ফমলিবা অঙাংশিংগী মায়থোঙশিংদুদা হুরানবদু খঙদোক্লবা য়েংনরি।

চৈ অমা পায়রদুনা হেড মাষ্টরনা কোইথি থিবা হৌরকই। থেমদুনা, লক্লদুনা অমদি কিহন্দুনা ফনা কন্না হোৎনৈ অদুবু করিমত্তা খঙবা ঙমদে। ছাত্রশিংদা পাওতাক ওইনসু হায়, "হুরানবা হায়বসি পাপনি। নখোয় নশা

নশানদি নখোয়না তৌরিবদু কনানসু খঙদ্রে হায়না খল্লি। অদুবু ঈশ্বরগী মফমদদি খক লোৎপা য়ারোই। হুরানবা হায়বসি য়াম্না ফত্তবা লীচৎনি। মদু নখোয় কনাগুম্বনা খম্হৌদবদগী তৌখিবা ওইগ্রবসু পুকচেল শেংনা হেক্তা হায়দোকউ মদু ঙাকপিনবসু শিন্নসি। ঐনসু শোয়দনা ঙাকপিগনি। ঈশ্বরনসু শোয়দনমক্কী ঙাকপিগনি। নখোয়না অরানবা থবক্তু লোৎশিন্দুনা অদুম থমলবদি মতুংদসু কয়ারক হন্না তৌগে নীংলক্কনি। অদুম তৌরবদি নখোয় ফত্তবা অঙাং ওইহৌরগনি । মমৈদা নখোয় শোয়দনা হুরানবা ওইরক্কনি। হুরানবা কয়া কয়া পুলিসনা ফারিবসে নখোয় খঙদ্রা? খঙদ্রে? খঙদ্রনে? নখোয়গী মরক্তগী অমত্তনা উদ্রিবরা?"

"উরে সার।" " উরে সার।" " উই।" "উদে।" খুম্মকই অঙাং খুদিংমক।

"অদুনি! ঐনা হায়রিবসে। হৌজিক্তি অশেংবদো ঐঙোন্দা হায়রো।"

কনাগুম্বা অমত্তা হায়দোরক্তে।

কনাগুম্বা অমত্তং হায়দোরকপ্রা হায়বগী মওংদা চয়োম মাঙখিবা অঙাংদুনা কোইনা কোইনা য়েংই।

কনাশু ফোঙদোরক্তে।

অদুদগীদি হেড মাষ্টরনা অমমম ওইনা অঙাং পুন্নমক্তা হংবা হৌরকই।

"নঙনা লৌব্রা?"

"মথংগী নঙদি?"

"লৌদে।"

"লৌদে।"

"লৌদে।"

"ঐদি য়ুমদা চৎলগা চারুই।"

"ঐদি ঐগী চাক পুজরকই।"

"উম-উৎ...।"

"উম-উৎ...।"

অসুম্না অঙাং অমত্তনা ফোঙদোরক্রে।

স্কুলদুদা তমলিবা অঙাং চাম্ম মরিফু খুদিংমক অমমম হংলে। অদুবু করিমত্তা খঙবা ঙমদ্রে।

মহাক মায়থীরে। লৈমিন্নরিবা ওঝা খুদিংমক্লা মাবু ব্যবহার তৌই। মরিশুবা

ক্লাসকী ওঝাদুবুদি অঙাং পুম্নমক্লা লাইগুম্না কিনা খঞ্জে। খুঙ্গংগী মীপুম খুদিংমক্লা মাবু ব্রাংনা থাংগৎনৈ। মেনেজরনা মাবু য়াম্না য়াই। ইন্সপেক্তরনসু মাবু য়াম্না থাজনা খল্লি।

করিগুম্বা লংলা লংজিন অমা ফংদ্রবদা হেড মাষ্টরদু হল্লকলদুনা মাগী পৈরি পৈরিবা চৌকিদুদা ফমথে, মমায়দু তাইফেৎ তাইরকই। করিগুম্বা অমগী হৈনিংবা অমত্তা পোক্তবগী মওংনি। অঙ্ক অমত্তং হেক খোৎলুরবসু হেক্তা লাল্লি। ভুগোলগী পাড়াদা অঙাংশিংদুনা খুম্মকপা অচুম্বা পাওখুমদু মানা ককথৎলি। স্কুল ছুটি ওইবগী কাংশি য়েগদবা মিনিট তরা হেনপ্রে হায়রদুনা ওঝা অমনা নীংশিংলকই।

ঙম্নমক চৎনখ্রে। চৌকিদারনা থোঙ লোনশিনগদবগী ব্রানা লেপলি। হেড মাষ্টরদুদি করিগুম্বা খরা ইরি। নুমিদাংব্রাইরম ওইরবফাওবদা অদুম চৎথরি।

চিঠিদু ইবা লোয়রদুনা থোরকই।

নুমিদাংগী চরা চারবা তুংদা মেনেজরদু রেডিও তাগে হায়দুনা হেক ফমথবমক্তদা কাদুদা চিঠি অমা লৈরম্বা থেঙনৈ, মরোলদিঃ -

ইকায় খুম্নজরবা মেনেজর,

ঐখোয়গী স্কুলদা হৃরানবা অমা লৈরে। মানা অঙাংগী চাননবা চাক চয়োম হুখ্রে। মসি য়াম্না ইকায়নিংঙাইনি। করিগুম্বদা অসুম্না থোকখিবা তাবিখ্রবরা? স্কুলসিদা ঐনা লাকপসি পুরা চহি কুম্থ্রা শুরে। অসিগুম্বা থৌদোকসি থোকপা হন্দক্কীসিনা ইহান হানবনি। চাক চয়োম অমদগী মমল হেনবা করিগুম্বা পোৎ অমত্তং স্কুলসিদগী হৃরানখিবা য়াওখ্রবগে?

মপুক লাম্নবা কনাগুম্বা অমনা শোয়দনা লৌখিরমগনি। অদুবু চয়োমদুদগী হেন্না হাওরবা কয়াসু য়াওরমলোইদৌবা নত্তে। চয়োম হৃরানবদো য়াম্না পীকলিবা অঙাংমক নৎলমদ্রবদি মহাক কৈশু মপুক থল্লমলোই। য়াম্না অঙাংতা অঙাং ওইরিবনবু মদু তৌগদ্রা? খরা লিবা অঙাং ওইরমলবদি মতমদুগী মাগী অরাম খৌরাংবদু কোক্লবা অতোপ্পগী চাকতু চাথোকলম্বা য়াই। ময়ুমদগী অয়ুক্কী ওইনা করিনো খরা চাদুনা স্কুল কারক্লবা অঙাংশিংনা মদু কৈদৌঙেদা তৌরমগদবা ওইথোক্তে। ময়ুমদগী চাক চাদনা স্কুল কারকপা অঙাংশিংগী মমাশিংনা অয়ুক্কী চাকলেন চাননবা পুরকহল্লম্বা য়াই। অদুগুম্বা অঙাংদুনা কৈদৌঙেদা মসিগুম্বা হৃরাল্লোই। মমা পুম্নমক্লা অয়ুক অমসুং নুংথিল চুপ্পা মচাবু চরা হেলহনলমলোই।

স্কুলদা অদুগুম্না মচাবু খক থারকলোই। করিগুম্বা চরাম চদৎনদুনা ব্রাম্বা থোক্লবদি করি ওইগবা ? অঙাংশিংনা স্লেট, পেন্সিল নত্রগা লাইরিক ফাওবা হুরম্বা য়াই। হৈনৌ নত্রগা কোমলা অমা করি অমা হুরাল্লম্বসু য়াই। অদুবু চাক হুরানবদি মদু কনাগীনো হায়বদুসু খঙদনা- নত্তে, মদু খক ওইথোকলোই, অঙাং অমত্তনা মদু তৌরমলোই। অঙাং অমগী মায়থোঙদা ওনশিন্দুনা মখোয় কনাগুম্বা অমবু চাক হুরানবনি হায়না মরাল শীবসি মহা পাপকী মশকনি। ওঝাশিংগী মরক্তসু নোংমদুগী করিমত্তা চারক্তনা লাকপসু য়াওরমগনি অদুবু মখোয়দুনা মদুমক তৌরমগনি হায়বা করম্না থাজগনি ? মসি অঙাংশিংনদি ওইরমলরোই। ওজাশিংগী মরক্তগীসু ওইরমলোই। মপান্দগী লাকখিবসু কনা অমত্তা য়াওখিদে। অদু ওইরবদি কনানো? ঐনরা?

মানি, মসি ঐননি।

থৌদোক অদু ঐননি, হুরানবা নুপাদো স্কুল অসিগী হেড মাষ্টরননি।

ঐনি, তুংগী য়ুম্বী ওইরক্কদৌরিবা ছাত্র চাম্ম মরিফুগী হকচাং অমদি ব্রাখল্লোন শেমগৎকদৌরিবা মহাক্তো ঐনি।

স্কুলসিবু পুরিবা মীওই মঙাবু য়েংশিল্লিবা মীওইদো ঐনি। মশক নাইবা স্কুল অমা ওইননবগীদমক অশোয়-অঙাম খিবিক য়েংশিল্লিবা মীশক্তো ঐনি।

ঐনি, তুংগী মীরোল কয়াবু শেমগৎ শাগৎকদবা মীওইদু ঐনি। অঙাংগী নোংমগী চরা হুরানদুনা চাখিবদু ঐনি। তুক্কৎচক্সবা হুই অমনা তৌগদবা থবক তৌখিবদু ঐনি।

অদোম্না ঐবু য়াম্না তুক্কৎচনা শাওনিংলমগনি। ঐনা অদোমগী স্কুলসিবু য়াম্না মিংচৎ থীহল্লে। ঐবু স্কুলসিদগী থুনমক তাম্বোকনিংলমগনি। মদুমক ঐ ইশানা য়াজগনি। ঙসাইগী চহি তরুক্তা শুরিবা অঙাংদুনা, চয়োম হুরানখিদুনা, মানা চরা হেনবা মতমদুদা কপ্পুনা খাঙখিবা মিকুপ্পুনা ঐবু হৌজিক ব্রারক্লরি।

হুই অমনা তৌবগুম্বা থবক্তো মতৌ করম্না ঐনা তৌখ্রিবনো হায়বদু অদোম্না পুমঙক ঙকলমগনি। মসি ঐ হান্ননা তৌরম্বা য়াবনি। ঐগী ইশাগী তৌফম থোকপা থৌদাংনি খল্লমদ্রবফাওবদা হান্না তৌরম্বা য়ারবনি। হৌনদেকো হায়দুনা তৌখিদবগী ব্রানি। ঐগা লৈমিন্নরিবা স্কুলসিগী মীওই অমত্তনা মদু তৌখিদবনি, মদো মখোয়গী মপুক্লীংদা ফাওখিদবনা নত্তে। মখোয়না মিংচৎ থীগনি হায়বগী হঙ্গোয়জবননি। ঐ পুম্নমক্তু খঙলগা মদু তৌখিবনি। ঐবু মীওইনা পোকলকপা

নত্রা? ঐহাক হিংনবা হোৎনবা তাবা নত্রা? অদোম্না তোলোব ওইনা লুপা তরানিথোইখক থাগী ওইনা চহি কুম্থ্রা চুপ্পসি পীরকপা নত্রা? শেনফমসিনা মীওই কয়া হিংনবা হোৎনবা ঙমগনি? মদো অদোমদি খঙলমগনি; খঙদব্রনে? চুম্মী কনাসু মদু খঙফম থোক্তে।

কনাগুম্বা অমত্তনা মদু খঙলমদবা ওইরম্বা য়াই, অদুবু নোংমদি শুকশোয় শোয়দনা খঙনরক্কনি।

লুপা তরানিথোই! মী নিপান চাবা ইমুং অমগী! নুমিৎ কুম্থ্রানিগী! পোৎকী মমলনা অসুক ব্রাংলবা মতমসিদা!

ছাত্রগীদমক্তা মশাগী ওইজবা পুম্বা থাদোকপা স্কুল অমা ওইনবগীদমক। পোত্থাবা লৈতনা থৌয়াম তৌবা। মিংচৎকীদমক অমসুং মীয়ামগীদমক ঐগীসু অহল ওইরবা পাঙ্গল শোল্লবা অমসুং থবক শুবা ঙমদ্রবা ইমা-ইপা লৈরি। ইরুম থুপ্তুনা হিংলিবা ঐগী নুপী অমসুং ইচাশিং ঐগীসু লৈ। অদোমগীগুম্না পুন্সীগী ওইবা পুক্লিংগী অমদি ব্রাখলগী অপাম্বা কয়া অমসু লৈ।

অঙাংদুগী চাকতু ঐনা চাথোকপ্রে। মদুবু ঐনা হুরানব্রা? ওইরম্বসু য়াই। হৌজিক ঐনা শেংনা হায়জরি, ঙরাং অয়ুক চবোল খরা থক্লগা পুং কুন্নিপান চুপ্পা করিমত্তা চাদনা, চরাম চদৎনদুনা ব্রাম্থগনি হায়বা খন্দনা ইথৌ তৌরকপা অঙাং অমগী চয়োম চাথোক্লবা, অঙাংদুগী নত্রবসু অমগী হেক্তা ওইরম্বা য়াই পুং অহুম পুরা করিগুম্বা অমা চা-থকলক্লবা, করিগুম্বা অচাপোৎ, চখোম অহুম মরিতা ওইরবসু চাদ্রবা মহাক্তো, লানবা য়াই নত্রগা চুম্বসু য়াই। হুরানবা নত্রগা পাপ কয়া তৌবসু য়াই। পুন্সীগী ওইবা অতোপ্পা থৌদাং অমা ঐনা পায়রম্লবদি, চপ চানা মদুগী পাওখুম ঐনা পীরমগনি। হৌজিকমকসু ঐনা অশেংবা পাওখুমদু পীরি। মতুংদসু অসুম্না ঐনা কয়ারক হন্না তৌরকপা তাবনি।

অদোম্না হৌজিকমক ঐগী পাওখুমদু পীবিয়ু। মসিগুম্বা নত্তবা অতোপ্পা করি অমা ঐবু তৌজৌ হায়রিবনো?

# হুই অমখক

(ওরিয়া)

*কালিনদিচরন পানিগ্রাহী*

জোল্লী অমদি ওলবিয়ন পীশক পীকলিঙৈদগী লোয়নমিন্নরকই। কৈদৌঙৈদসু মখোয়নি খক অমনা অমদগী লাপথোকনদে। ওলবিয়ন ইংলিসকী উৎমানবী শাদানবা হুইনি, ইংলেণ্ডদগী পুরকপনি, মাগী হৌরকফম ওইনসু মমিংসি থোনখিবনি। জোল্লীনা ওরিষাগী উমংদগী ফারকপা মচিলোংবা শজিনি। ওলবিয়নদি শাহিং চায় অদুগা জোল্লীনা মনা-মশিং চাবা জিবনি।

জোল্লীনা নারক য়েকলকপদা ওলবিয়ন্না মাগী নাক্তা অহিং নুংথিল চুপ্পা মনাক্তা শঙই, মতৌ অসুম্না মনাক্তা ফমদুনা চান-থক্লবা ফাওবা লৌ-লৌদুনা পীজৈ। মতম অমদা ওলবিয়ন মখোঙ তেকলুই, জোল্লীনা মাগী অব্রাবা কয়াদু খাঙমিন্নবগুম মতম শাংনা ফগৎলকপা ঙাইরম্মী। মানা ওলবিয়নবু নুংশিজবদু মপান নাইরমদে। জোল্লীনা তত্তনা ফমশেনবিবনা মরম ওইরদুনা ওলবিয়ন তপ্না তপ্না চৎপা ঙমলক্লম্মী। মহৌরেম্বীগী থাজৎ লাকপদা, লৈ-শু খিবিক্লা শাৎকৎলকপা কান্দা মখোয় অনিনা নুংঙাইনা মখা মায়গৈদগী হুমলকপা নুংশিংকী মায়োক তম্না চেন-চোংদুনা শান্নমিন্নে। অঙকপা তাইবঙপান অমা ফংজবগুম মখোয়নিগী হরাও তয়াম্বদু লেপ্পা লৈতনা চেষ্টরিবা ঈচেলগী মতৌনি। ওলবিয়ন্না চেনবদো লংলা অমা শাংনা তিংথোকপগুম্মী, লৈমায়থক্তা, মখোঙশিংদো মাগী মশাদগী তোঙান্না লৈতাদবগুম তৌই। অদুবু জোল্লীগী লমজেলদি প্যারিসকী জগোয় শাথেক্লুম মশাপুম্বা থেক্লা খোয়না চেল্লি। মহাক্কী মখোঙশিংদো লমপাক্কী লৈমায়থক্তুদা তাওবগুম উহল্লি। নুংশিংকী ঈপোমলক্তা ইচম চম্না জগোয় শাবগুম্মী। অতোপ্পা হুই হেক উবদা করাম্বগুম জোল্লীদা য়েংলকপদা, কিবনা অমসুং কনবিবগী মতৌদা মপুগী নাক্তা চেনশিনজরকই। অদু উবদা ওলবিয়ন্না চোংথোরক্লনি, অতোপ্পা হুইদুগা চিকখায়ননিংবগী মতৌ

উৎকনি অদুদগী অমদু মায়থীরবগী মতৌগুম মমৈদু মক্রাংদা লোনশিন্দুনা মনম পোন্দুনা খাঙগনি। মখোয়না ওলবিয়নগী হৈ-শিংলবা অমসুং কল্লবা মপাঙ্গলদু থওইদবা য়ারোই। মানা মপা মপুগী ইজ্জৎ ঙাক্লা চৎলি, মমাঙদা চেনবা হুইদুবু ফংদ্রিফাওবা তান্নদনা তোক্তে।

জোল্লী অমদি ওলবিয়নগী অতোপ্পা মরুপনা মখোয়গী মপুগী মচানুপীনি। নুপীমচাদুগী অয়াম্বা মতম অপুম্বা মখোয়নিগা লেনমিন্নবা ঙাক্তনি, ইমুংদুগী মীনাইনুবী অমগা তনৌ তনৌবা নাপী মতোন থৎতুনা লৈবা উরগা জোল্লীনা তপ্পা তপ্পা চংঙকলগা মাগী মচিন্দু নুপীমচাদুগী মখুৎ তম্মা থাঙ্গৎলক্কনি। ওলবিয়নসু মদু হেক উবদা জোল্লীগী তুং ইল্লদুনা মবেম্মগী নাক তম্মা চেনশিল্লক্কনি।

নোমলি নোমলি মাঙ্গোলদা অরাম চৌকিদা ফমদুনা য়েংলি জামীন্দার, মাগী নুংশিজরবা শাশিংদুনা নুংঙাইরবা কুম্মৈগী মতৌগুম শান্নরিবদো মথম্মোয় পেন্না য়েংলি।

মহাক মতমগা খ্বাইদগী চুনবা মীওইনি। মাগী শাজৎ-লীচৎ তপ্পী অমসুং নোল্লুকই, য়াম্না তমজনিংঙাইনি। মফম অমদি মতমগা চান-চানবা ফিজোল শেৎ-চায়। স্বদেসী অমা ওইনা লমদমসিগী ওইবা থবক-থনা, হরাও-কুম্মৈনচিংবদা, পুময়াৎ অমদি ফৈজোম অদুগা মীরৈবাক্কী ওইবা থৌদোক থনা কয়াদনা সুট-বুট-তাইনা লৈতেংই। অচৌ-অচৌবা য়ুরোপিয়ান ওফিসারশিং, মখোয়গী ছুটি নুমিত্তা মহাক্কী বগান্দা শা- উচেক ফাদুনা, কাপ্পুনা চাকচা হৈজা কয়া কয়া তৈই। মখোয়গীদমক্তা মহাক্কী থোঙ লাওনা হাংদোকই, হরাও তয়াম্না কৌশিল্লি। মসিগীদমক চংদবা য়াদবা পোৎ-চৈ পুম্বা অমত্তা ব্রাৎহন্দনা মীথুংশঙ শায়। মাগীদা ভারা থীদুনা লৈরবা মতমগা চুনরবা অমদি মহৈ-মশিং মতিক চানা হৈরবা মীওই পুন্নমক্তা মানা হৌনবী ব্যবহার ফজনা উৎলি। মখোয়নসু মহাকপু মতিক চাবা হৌন-লোনচৎ কায়দনা চৎলি। অদুবু লমদমসিগী মীয়াম্না য়ানদুনা চৎনবী ব্রাফম কয়াদা মানা য়ানিংদবা কয়া য়াওই। অদুনা মহাকপু মীওই কয়া কয়ানা হন্থুনা অমদি ধর্ম্ম মশক খণ্ডদবনি হায়না খন্নে অমদি মীনুংশি খণ্ডদবা, মীবু ওৎ-নৈরগা নুংঙাইজবা মীওইনি হায়না মরাল শীবী। অসিদসু নত্তনা মাগী য়ুরোপিয়ানশিংগা য়াম্না লোনদিন্নবা অমদি মখোয়গী চৎন-পথাপ কয়াদা মথ্বায় লুপশিনবা মতৌদু উরগা মরমদমগী মীওই খিবিক্লা মাবু য়াম্না তুক্কচনা য়েংই।

অশেংবমক মাগী ফিজেৎ-চাকচা খিবিক্তা য়ুরোপিয়ানশিংগী মতৌ য়াম্না পামজনা উই। অদুনা মরম ওইদুনা মীওই খিবিক্লা মাগা মোৎ তিন্নদে অমদি লোয়নদে।

মাগী কুইনা তিন্নজরক্লবা মরুপ, ডিপ্যুটি ইন্সপেক্টর জেনরেল ওফ পুলিসনা লাকলিবা কৃষ্টমাষ্টতা মাগী নুপী অঙাংগা লোয়ননা শীকারী খোঙচৎ ওইনা লাক্কনি হায়না চিঠি ইরকই। মরম অদুনা মাগী মীথুংশঙ ফজনা শেমজিল্লে অমসুং মখোয়না থুংঙগদৌবা নুমিৎ মরিনিগী মমাঙদা মনাই মশন থাদুনা লেকন-চানবা ডম্বুরনচিংবা খলহল্লুরে। মথৌতাবা পোৎ-চৈ পুন্বা লৈননবা মীনাইশিংনা কটকতগী লৈহল্লুরে। মীনাইশিং অমদি মাগী ওফিসকী মীওই পুন্বা মিকুপ অমত্তা পোত্থাফম হেক খঙদবমখৈ লাক্লরে। খাঙবা ব্বারবা কয়ানা মাগী তুংদা থীনা থীনা শাপ তৌদুনা চৈনবা হৌরকলে।

মশামক্লা গাড়ী থৌরদুনা মশক নাইরবা মাগী অতিথিশিংবু ওক্লুরে। সাহিবতু মতম চপ চানা লাকই। য়ুম্বুদু অসুক্কী মতিক নুংঙাইজরম্মী মদুদি সাহিবকী নুপী অমদি মচাশিং ঙম্না লোয়ননা লাকপদুদা। তৌগদবা থৌরম পরেং য়াৎথোকলে। নুমিৎতুমদি অতিথিশিংদু মাগী মীথুংশঙদা লৈহল্লে। নোং ঙানবগা ব্রেকফাষ্ট চারগা বগান তম্না চৎনবা শেম শারে। শীকার চৎফম লমজাওদু মাগী য়ুমদগী মাইল তরামরি লাপ্পি। বগানদুগী অকোয়বদা মী কনা অমতা তাদে। চান-থক্লবা পোৎ-চৈগা কোন্ননা পুজারীশিং অমদি মীনাইশিং হান্না ঙম্না চৎহনখ্রে। অতিথিশিং, জামীন্দার অমদি ডি-আই-জীগী শাদানবা হুই অনি অমদি জামীন্দারগী ওলবিয়ন অমদি জোল্লী কার অমদা তোংলদুনা মখোয়গী তুংদা লাকই। জোল্লীদি য়াওদ্রবসু য়াবনি অদুগা ওলবিয়নদি শাদানবদা য়াম্না হৈ-শিংই, লোয়ননা চৎমিন্নবদুদা নুংঙাইদুনা তৌবনি। অতোপ্পা অমনা ওলবিয়ননসু করিগুম্বদা য়ুমদগী চৎথোক খোৎতোকপগী তাঞ্জাদু ফংলবদি জোল্লীগী মতুং ইল্লদুনা হেক হেক চৎমিন্নে। হৌনবী অমা ওইনা জামীন্দারনা মখোয় অনিগা লোয়ননা চৎমিন্নরুগে হায়দুনা মচানুপীদগী অয়াবা মোৎ অমসু লৌরম্মী। শান্নরোই অনিদু শুপ্নগী নুমিৎ হুমনিদগী হেন্না কায়নবা য়ারোই হায়দুনা মচানুপীনা য়াম্না কন্না হায়জরকই। অদুম ওইনমক মখোয় নুংঙাইবনা থুমহৎখিবনা কৃষ্টমাষ্টকী হরাও কুম্মৈদু নুমিৎ মঙানি পুরা চত্থরকলে। চীক্লবা জঙ্গলদুদা লৈবদু অতিথিশিংদু ওম্থোক্লা নুংঙাইজখ্রে, হায়বদি সহরগী নিন-খোংবা মরক্তগী মতম খরদং লাপথোক্তুনা লাকপসি মখোয়দা ওম্থোক্লা পেঞ্জখ্রে। মঙানি শুবা নুমিত্তুগী

চাকলেন চারবা তুংদা জামীন্দার অমদি ডি-আই-জী অনিমক শীকারগী খোঙ শান্দোরক্লম্মী। হৌখিবা নুমিৎ মরিনিদো অহিং থেঙনা থেঙনা ঈশৈ অমদি জগোয় কয়া শক শারুবদগী নুপীশিংদো ঙম্না পোত্থানিংলম্মী, শীকারদু য়াওখিদে। মীনাইশিংদুসু থবক্না হাকমনখিবনা ঙম্না পোত্থানিংলম্মী, শুপ্লগী মখোয় অনি অহুমদমক শীকারদুদা য়াওরম্মী। মখোয়না নোংমৈ অমুক অনিরক কাপ্পদুদা উচেকশিংদো ঙম্না পাইথোকপ্রে; অদুনা মখোয় উচেকশিংদুনা হন্না পাইরকপা ঙাইবা তারম্মী। মখোয়না থংনবা উমং অমদা অমুক চৎলম্মী। মতম খরা মখোয় কোয়চৎ চত্তুনা য়েংলম্মী অদুবু করিমত্তা কান্নখিদে। মীনাইশিংদা শা লৈব্রা য়েংননবা কোইথি থিহল্লে। কনামত্তনা শা লৈবা থেংনদ্রে, তৌবদবু মখোয়না ব্বারেম ঙাওদুনা লৈথোকপ্রা, চুরুপ থক্তুনা নত্রগা ক্ষৈনি নোইদুনা লৈথোকপ্রা, মদুসু হায়বা ঙমদ্রে। মীনাই অনিমদি শোঙলবা উরক ব্বারক্তা লোন্না থুপ্না কোয়থি থিবা লাক্লরি। অসুম অসুম লাকপনা মখোয়নি মখোয়না লৈবা কেম্পতুদগী মাইল মরি পুরা লাপথোরকলে।

নুমিদাংব্বাইরম ওইশিল্লক্লে। নুমিৎ তাপ্রে, নোংচুপ থংবা অতিয়াদা নোংজাবী মশেক মঙাল খরতং কাপথোরকলিবদু মঙায়রে। চাবা য়াবা শা খরতং ফংব্রা হায়না মপুক লান্নবা শীকারীশিংদুনা থিবনি অদুবু অমত্তা ফংদ্রে। নোংপোক থংবা অতিয়াদা খঙহৌদনা থারবা নোংগী মপৈ-মপৈ পাইখৎলকলে। লৈমায়দা য়েং য়েংদুনতা লৈবনা অতিয়াথক্তা করি ওইরিবগে হায়বদু করম্না খঙগনি? মীনাইশিংদুদি লাক্কদৌরিবা খুদোংথীবদু উরদুনা মখোয়গী মপুশিংদু কোইথি থিরকলি। জঙ্গল অদু অসুক্কী মতিক শুকপ্রে মদুদি নুংথিল পোবোপ্তা ফাওবা নুমিৎ মঙাল চংদবা মফমনি।

মীনাই অনিদো অশুকপা উমংদুদা অঈংবা নুংশিৎ অমদি তারক্কদৌরিবা নোংদুদা মখোয়নি খাঙবা ঙমদনা ঈংলম্মী। নোংগী মপৈশিংদো হেন্না হেন্না থাগৎলকলম্মী। নোংনা তারক্লিঙৈদা মাইল মরি শাংনা চৎকদব্সি ওইথোক্লে। উপায় উদ্রবা মখোয়নিনা অরোইবী থাদুনা নোংমৈ অমমম মরেংজুমদা য়ান্দুনা চেল্লকলে। শীকারীশিংদুগী মরক্তগী কনামত্তনা কিদুনা চেঞ্জবা শক্তি অমফাওবা তান্নবা ফংদ্রে। মখোয়গী নুংঙাইরবা আশাশিংদু পুমকায় কায়রে। অকীবগী মশক ওইনা নোংলৈ নুংশিৎ শিৎলকলে। মায়কৈ পুম্বা পুমম মমলে অমসুং জঙ্গলদা শিৎপা নোংলৈ নুংশিৎতু অকীবগী মশক ওইরকলে। মখোয়না য়াম্না ব্বানা অমদি

চেকশিন্না মখোয়গী লম্বেল থি থিদুনা চেল্লকলি। শরু মনুংগী মতোং ফাওনা নারবা অমদি নুংশা স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা য়াম্না ব্রানা ডম্বুর খল্লিবা মফমদু য়ৌরকলে। মতমদো নুমিদাংগী পুং নিপান তারে।

নুমিদাংগী চান-থক্লবা অমত্তা শেম শাদ্রি। মদু মখোয়না শীকারীদগী ফংলকপা শা-উচেক্লা লাঙগনি খল্লুবদগীনি। অদুবু লাইবক থীবদগী উচেক অমা ফাওবা হেক ফংলক্তবনি। মথংগী অয়ুক্তা মখোয়না মফমদু থাদোক্কনি হায়নসু হান্না লেপ্লখ্রবনি। জামীন্দারগী য়ুমসু কেম্প অসিদগী মাইল তরামরি লাপ্লি। অসুক কনবা নোং অমদি নুংশিৎলকসিদা মখোয়না অদুক লাপ্না চৎপা হায়বদু ওইথোক্কদরা? লম্বেলদুসু ঈশিংনা আ য়ৌনা থুমলমলগনি। সাহিব অমদি জামীন্দারগী চাবা য়াবা পোৎ-চৈ অমত্তসু মফমসিগী অকোয়বদা ফংদে। মীপুম খুদিংমক করি তৌগদগে হায়বা ঙমদ্রে। শীকার চৎত্রিঙৈদা জামীন্দারনদি থোংনবা শা খরা হান্না থিহল্লুসি হায়বনি অদুবু সাহিবনা শুকশোয় শোয়দনা মতিক চানা শা-উচেক ফংগনি হায়দুনা থিহনখিদবনি। হৌজিক করি তৌবা তায়? মরাল লৈজদ্রবা মীনাইশিংদুদা মরম ইচা চাদনা জামীন্দারনা শাওনা শাওনা পংচৈদা চৈরকলে।

খুদক্তুদা সাহিবনা খংহৌ হৌদোরকই, "ঐহাক নুমিদাংসিগী চাননবগীদমক করিগুম্বা পাম্বে খরা হায়জগেদে।।"

"ওইগদবদুবু?" হায়রকই জামীন্দারনা খংপ্রেক খংনা নোক্লদুনা।

"অদোম্না য়াম্না ব্রারৌগদ্রা?" সাহিবনা হংঙকই। "অদোমনসু ইলাই লাইনা মহুৎ অমা শিনবা হেক্তা য়াগনি অদুগা হাওরবা চাকলেন অমসু ওইগনি। ঐগী ব্রাফমসি অদোম্না য়াবিগদ্রা?"

অহানবদা সাহিবনা খল্লিবদু করিনো হায়বদু জামীন্দার খঙবা ঙমদে। সাহিবনা ঙাঙবা হেক লোইবগা শেংফাত্তবা খোঞ্জেলদা জামিন্দারনা হায়রকই, "অশেংবনি মদো য়াম্না ফবা ব্রাফমনি।" মহাক্লা মহাক্কী নুংশিনরবা মরুপ অমসুং মাগী অতিথিসু ওইরিবদুগী ব্রাফমদুদা য়ানিংদবা তৌদে; অদুবু জোল্লীগী মমিং হেক পল্লকপদুদা খঙহৌদনা মাগী থম্মোয় মিহুল পীং-পীং, পীং-পীং চোংঙকই।

জোল্লীগী ওন্থোক্লা থম্মোয় শোক্লবা নুংশিখ্রবা ব্রারী অমা লৈ, মসিমক্লা মরম ওইদুনা জামীন্দার, মাবু য়াম্না নুংশিনা চান্না য়োকচরকপনি। নোংমা য়ুরোপিয়ান মরুপ অমগা নোংমৈ খুৎচুম্বা তান্নবদা থোকখিবা থৌদোক অমগী

ব্রাফমনি, জোল্লীগী পুন্সী। মতমদুদা জোল্লী মমাগী মখোম থক্লি। জামীন্দারগী নোংমৈ খুৎকাপ্তা মমাদু মরুনা পানখি অমসুং লমজা ওইরবী জোল্লী থক্কৎখিবনা খোংবফাওবা ঙমদনা লেপলি। জামীন্দারগী মনাইশিংনা মনাক্তা চঙখিবদা মহাক করিমতা লেঙ-খোৎপা তৌরমদে মরমদি মহাক মমাগী মশাইগোন্দা লৈরি হায়না খনবনরা করিনো খঙদে। মাগী উপায় লৈত্রবা, তোল্লবা মতৌদু উবদা জামীন্দারগী থম্মোয় কায়খি, অসুম্না মহাকপু মাগী হেক মচামক্তগী নুংশিনা তৌবিরকপনি। জোল্লীবু নোংমা মাগী মচিঞ্জাক ওইনবা হাৎলগা থোংগনি হায়বসি মমঙদা ফাওবা মঙখিদবনি। অদুম ওইনমক অসুক্কী মতিক লুনা তিন্নখ্রবা অতিথিসিগী অনীংবসি কায়হল্লগদ্রা?

থাঙ্গৎলকলিবা ব্রাফমদু য়াথোরকপদুদা সাহিবতু হরাওবগী মপাল নাইরমদে, অমুক্তা হেন্না নুংঙাইজরিবদি মহাক মশামক্তা শাদু হাৎকনি খনবদুদনি। হৌখিবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওদা মানা অসুক্কী মতিক মীহাৎ মীপুনগী মশিং য়ামখি, য়েক্লবশিংগী ঈখেং মমাঙমক্তদা অসুক্কী মতিক য়াম্না উজবদুসু মাগী খ্বাইদগী নুংঙাইজবা অমসুং পেঞ্জবা ওইখি। শীকার চৎতবা পুংজা কয়াদা মশা পোখাফম ফংনবগীদমক মশাগী লোইজবা ষণ-ইরোই, হুই-হৌদোং খিবিক হাৎ-হাৎতুনা চাবনা খ্বাইদগী হৈনজবিনি। মপুরোইবগী মথৌনাবু পেঞ্জনা মথম্মোয়দা চাওথোকচবী মাগী মেম সাহিবনা লক্লবগুম হায়, মদুদি করিগুম্বা হাৎনবা শা অমত্তা ফংলক্রবদি মশামক্কী মঙক ফাওবা মথন্তা ককথৎচরকপা পামলক্কদ্রা চিংনজে।

ওলবিয়ন অমদি জোল্লী মমায় মমায় থেংজিন্নরদুনা য়াম্না নক্লনা তৃমিন্নরি। কনাগুম্বা মীনৌ অমনা ওলবিয়নগী মনাক শমদুনা হেক চংবসি অরাইবা নত্তে, থোইদোক্লসু জোল্লীগা পুন্না লৈমিন্নরিঙৈদনা অমুক্তা হেন্না শাথী। মীনাইশিংগী মরক্তগী মখীয়াদংদি চংবা য়াই। মপুগী হুকুম মতুংইন্না মখীয়ানা জোল্লীবু পুথোকপা তারম্মী। খোঙথাঙ শহুম তারকপদা ওলবিয়ন খোংবা হৌরকই অদুবু মখীয়ানা মাবু তেথহনখি। অদুফাওবদা জোল্লীবু চিংদুনা পুখিবা মতমদুদা ওলবিয়ন তুমিন্না খক লৈঙমদে। মহাক শাওবগী মপান নাইরমদে অমসুং জোল্লীগী মতুং ইন্নিংলম্মী। মমৈদা মখীয়ানা নমদুনা মাবু ফাজিল্লগা য়োৎলিনা পুনশিল্লম্মী।

লাম্বা লৈতবমখৈ হৈ-শিংদুনসু, ওলবিয়ন অসুক্কী মতিক মতম চাদ্রবা পুংজাসিদা মখীয়ানা জোল্লীবু নমদুনা পুখ্রিবসি কদায়দনো খঙবা ঙমদে। মখীয়ানা

ওলবিয়নবু ফাজিন্দুনা লৈহল্লে অমসুং জোল্লীবু চাকথোংবশিংগী মখুৎতা শিন্নখ্রে। মতৌসিদা ওলবিয়ন মপুক্লীংদা চিংনবগী মপান নাইরক্ত্রে অদুবু করিদি তৌগনি, শম্না মফৈ অমা ফাওবা লেঙবা ঙমখিদে। সাহিবতো হৌজিক মাগী শারমচৎকী মওং মতৌদু লৌরকলে। মাগী থাঙ অদো মৈগী মৈঙালদা মশেক্লরকলে। জোল্লীগীদমক্তা নোংমৈ মরু অমা মাঙহনবগী মহুত্তা হিংনা হিংনা মখুৎমক্লা ককথৎপা পামলম্মী। শাহাৎপদুদা অয়েৎ অরাক পীদনবা চাকথোংবশিংদুনা জোল্লীগী মখোঙশিংদু য়াম্না চেৎনা পুনশিল্লম্মী। অকীবা ফাওখিব্রা জোল্লী ? করি অমতা লেঙদ, চপ লেপলি। জামীন্দার, মাগী মপা শকলবা মপু অমসুং ওলবিয়ন মাগী নুংশিজরবা মরুপ, মখোয় অনিমক মাগী হাকন্দা লেপলি। মহাকপু মখোঙ চেৎনা পুনশিল্লকপা মতমদুদা মানা মাগী নুংশিজরবা মরুপ্তুদা অমসুং লৈখোরক্তুনা মাবু লোইবা লৈমাবদা মুনা মুনা য়েংই। মতমদুদা জামীন্দারদু মফমদুদগী লাপতক্লনা মাগী মরুপকী নুপী অমদি মচানুপীশিংদুগা নোক খেনা ফাগি জোগায় তৌনরদুনা লেল্লি। করিগীনো মহাক্লা জোল্লীবু উনিংবগী ব্রাখল খিবিক পোকখিবা? অদুবু মহাক নোক খেবা নুংঙাইথোকপা অমসুং জোল্লীবু করিমক্তা মপুক্লিংদা ফাওদবগুম ..... ! অরোয়বা মিকুপ্তা খজিক্তং লৈদুনা মহাকপু য়েংলুবদা মহাক অঙকপা অকীবা ফাওরম্মী মদুদি শা অদুগী অরোনবা মপুক্লিংদো অমসুং মীওইবগী খোঞ্জেল ফাওনা শাপ তৌরম্বদো থেঙনরম্মী।

সাহিবনা মখুত্তা পায়রিবা থাঙ অদু উবদা ওলবিয়নগী চিংনবা অসুম-অসুম হেনগৎলকলম্মী। ডি-আই-জীদুনা থাঙদু তৈথোক নানথোকলদুনা ফমলমবদগী হৌগৎলকই। তরং মালংগী মতৌদা জামিন্দারনা জোল্লীবু উরুরে অমসুং থৌজানবিদুনা মাবু অমুক্তা কনবিয়ু হায়বগী মতৌনি। ও! মপাম্থোংদদি য়ানিংবগী মতৌ, থম্মোয়নুংদনা কায়ন-খাম্বী মৈচাক ! ফমলম্বদগী খঙহৌ হৌগৎলগা ডম্বুর মনুংদা অরুবা থবক অমা লৈবগুম হাথু-হাথু চঙখি। জোল্লীগী উপাই লৈজদনা খাঙলিবা মতৌদো ওলবিয়নদি খঙই। মাবু লোইরিবা মপুদগী থৌজালগী ঈরিক অমা ফংঙমদ্রে নীংলদুনা মাঙোল্লোমদা য়েংঙকপা মিকুপমক্তুনা মানা খঙই। সাহিবনা মখুত্তা থাঙ পায়দুনা জোল্লী তম্না চঙশিনখিবদুনা খঙহল্লি ওলবিয়নবু তশেং তশেংনা মফমদুমক্তা শজি অমদি হামেঙ কয়া কয়া অদুম্না হাৎখিবা, মানা হান্না উখ্রবনি। হৌজিক্লা মাগী খ্বাইদগী নুংশিজবী মরুপকী

মরায়বক্তা থোকলরবা! ওলবিয়ননা য়াম্না কন্না খংচিং চিংবদা মধীয়াগী মখুৎতগী খংনান নানথোকখিদুনা পুজারি অমদা খোৎলম্মী অমদি চিকলম্মী। সাহিব অমদি মীনাইশিংদু য়েং-ওই খঙদবমখে ডম্বুর মনুংদা চেনশিনখি। জ্ঞান মাঙলদুনা জামিন্দারদি ডম্বুর মনুংদা ফমলম্মী। মাগী অতিথিশিংদা মাবু ঙাকপিনবগী মতৌ উৎলম্মী অমসুং শাওরদুনা মমিৎ মনা লংখৎলদুনা মধীয়াগী মনাক তম্না চেনশিল্লি। অদুবু মহাক্কী ব্রাহৈশিংদো শাওবগী মহুত্তা য়াম্না মথম্মোয় শোক্লবা অমগী মতৌদা ফোঙদোরকই।

ওলবিয়ন্না খোৎতৎতুনা শোকলবা মধীয়ানা য়াম্না ব্রানা হোৎনদুনা উ অমদা পুনশিল্লে। ডি-আই-জী, নোকমি নোকমি খুত্তা থাঙ পায়দুনা থোরকলে। লক্লবগী মতৌদা ওলবিয়ন্দা থাঙদু শীংদুনা উৎলম্মী অদুগা জোল্লী তম্না চংশিনখি। মথম্মোয় থেমজিঞ্জবা ঙমদ্রবা জামীন্দার জোল্লীদা হুরান্দুনা য়েংবগুম য়েংই অমসুং অরোইবা ওইনা অমুক্তং মাবু কনবিনবা চংজরিবগুম য়াম্না তোল্লবগী মতৌগুম য়েংলিবদু উই। হৌগৎলি জামীন্দার, মাগী অতিথিদা থৌদোক অদু তৌহনদিংদবগী মওংনি। "অব্রাবনিদকো!" মথন্তা শোঞ্জে, "ঐবু ঙাওরব্রা?" অমুক ফমথৈ, মফমদুদগী লাপ্লা চেনখ্রসিরা খল্লি। অমুকসু সাহিবতুনা লান্না মাবু খনখ্রগদ্রা খল্লি, চৎথোকপগী ব্রাখলদু থাদোকই অমসুং ফমথৈ। থৌদোক্তু উনিংদবদগী রুমাল অমনা মমায় খুমজিঞ্জে। ওলবিয়ন খাঙঙমদ্রবা খুকপ-খোঞ্জেন্দুনা মাগী নাকোং অনিদা শীংজা য়ৈররি। খুকপতুদা তিনখি জোল্লীগী অরোইবা নুংশা স্বরদা খোংখিবা নাহেখোল অরোইবা খোঞ্জেলদুনা। মমায়দগী রুমালদু লৌথোক্লে মহাক্লা মমায় লৈথোরকপদা ওইফম থোকপা পুম্নমক ওইরমলে।

নুমিদাংগী চাকলেন চাননবা ফমথরে অদুবু মাগী মথ্বায়নদি তত্তনা লাওরি জোল্লীগী শদুম অমত্তা চাগনু হায়না। মাগী মপুক্লিংদা অসুক্কী মতিক কন্না লান হৌদুনসু মরুপশিংদুগী মমাঙদা হৌন-ব্যবহার কায়রগনি খন্দুনা মতুম অমথক য়োৎশিনখি ব্রানা।

মাগী পুক্লীং লৈতাফম শুকখঙ খঙলমদে তপ্না তপ্না ফমুং তম্না চংঙকখি, অদুবু মিৎ ককলা অমা উইশিনবা য়াদে। মহাক্কী ভাবনা মহাক উমং অমদগী উমং অমা তম্না মথং-মথং চৎলকপগুম তৌরকই, ইশুক শুকপা অমসুং নোংলৈ-নুংশিৎ কয়া মায়োক্লে, নোংমা নুমিৎ য়ুংবগী মিকুপতো, নোংমৈনা

পাল্লবা মমাদুনা তুথরকপদো অমসুং পীকলিবী মহাক্না করিমতা খঙদ-চপ লেপ্পদো, অকীবগী মতৌ অমত্তা য়াওদনা। অদুগা শুক শুনা মমলবা অহিংদো মরুপশিংদুগা লোয়ননা কেম্প তম্না লাকপদো, লেংজুমদা রাইফল য়াল্লদুনা মীনুংশি মরিক অমা য়াওদনা সাহিবনা নোকপদো মখুৎতা থাঙ পায়রদুনা অমসুং জোল্লীনা থৌজালগী মরিক অমত্তং নিদুনা কপ্পদো।

নোং হেক ঙানবগা মখোয় ময়ুম মায়কৈ পাঙলক্লে। অতিথিশিংদো হরাও তয়াম্বগী থৌরমশিংদুদা পেল্লদুনা জামীন্দারবু হন্না হন্না থাগৎলবতুংদা, নুমিত্তুদা অদুম চৎনখ্রে। মধীয়াদি ওলবিয়ন চিংবদা স্বর হোনফম খঙখিদ্রে, হুই অদুনা জোল্লীনা শিখিবা মফমদু থাদোকনিংখিদ্রে। য়ুম্বুদু হৌজিক মথ্বায় য়াম্না নুংঙাইতনা ফমলি। ব্রাহৈ অমা ঙাঙথোকলমদনা মধীয়া তুমিন্না থোকখি। জামীন্দার মথম্মোয় হায়নিংঙাই লৈতনা অব্রাবা খাঙখি। হৌজিক মহাক মতুং তাবা পুন্সী কয়াৎ অমত্তং করম্না থমলমসিগে হায়দুনা চপ য়ুংনা খল্লি। নত্রগদি অঙাওবা অমগুম কোয়চৎ চৎলক্লগনি। কৈশু লৈত্রবা অদুবু মচিং মশোং তমথীনা নাইবা হুই অমগী মফমদা ঙাকপিনবা হায়জনিংবগী মতৌনি। মহাক মশামকপু ওলবিয়নদগী য়াম্না হম্থনা তোল্লবা অমা ওইনা উরকই। 'ওম্থোকপনিদা! ঐগী থম্মোয়সে মীহাৎ-মীপুন্তা পান্বা তুক্কৎচরবা ব্রাখলতনা থল্লবা অমা ওইরবা ঙসি ওম্থোক্না ইকায়নিঙাইগী মশক্লি। অকনবশিংনা মতমলৈবা খিবিক্তা অশোনবশিংবু ফাজিন্দুনা থম্বা অমসুং মহাক হিংননবগীমক মখোয়বু হাৎতোকপিবা অসিবু তাইবঙগী হৌনশারা? অমা হিংনবগীদমক অতোপ্পা অমা হাৎতোকপসিবু মহৌশারা?'

ইমুংলোমদগী খোঞ্জেল অমা তারকই, "জোল্লী কদায়দা লৈহৌরে?" লৈথোরকপদা মাগী চহী মরিতা ঙায়রিবী মচানুপী উই। মচানা হংলিবদুগী মতিক চাবা পাওখুম পীবা ঙমখিদে মানা। য়াম্না থুনা হৌগৎলদুনা মচানুপীবু মথাদা চেজেৎ কোনশিল্লি, থেমজিনবা ওইনা হায়রকই, "মহাক আদা লৈহৌই, ঐগী নুংশিরবী ইবেম্মা, মহাক আদা!" অদুবু অঙাংদুদি ব্রাহৈশিংদু তাবা ঙমদে। ময়ানা মচিনবান চিক্লদুনা মমায় হায়র-হায়রদুনা হায়রকই, "চিন থীবনি নঙ। মধীয়ানদি সাহিবনা মাবু হাৎতোকপিখ্রে হায়। ঐনা সাহিবতু হাৎকনি।"

মপানা পীকলিবা মচাগী অশাওবগী মৈচাক্তু ঈংথহনবা ঙমদ্রে। মদু উবদা মপাগী মখজাইদা হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলম্মী। ফমুংদা পম্থদনা চোংশিনখিদুনা

ওখোংনা কপ্পকই জামীন্দার। অদুবু হংবদি লেপতে, "জোল্লী কদায়দা লৈহৌই?" মশিং থিঙমদনা হংঙকই হন্না হন্না, হৌনা হৌনা। মানা মশামক্তা হংজৈ হন্না হন্না, হৌনা হৌনা। জোল্লীগী শদুম মচেৎ অমতং য়োৎশিনখিবদো হৌজিক্তা খাঙবা ঙমদ্রবা চৈনা অমা ওইরকলি। জোল্লীবু হংবগী খোল্লাও ওইনা মাগী মশাগী তুখোঙ তুখোঙ খুদিংমক্না হংঙকলি।

জামীন্দার খঙহৌদনা য়াম্না কন্না নারে। হাপ্তা অনি চুপ্পা মশা থক থক নীক্না অরুম হৌরে। হৌজিক মাগী ফিভম য়াম্না লুরকলে। মমৈথংদা মহাক ফগৎলকখি। অশেংবমক মহাক শিরুবদগী অমুক হিংগৎলকপনি।

য়ুরোপিয়ান মরুপ মপাঙশিংগীদমক শাবা মীথুংশঙদু হৌজিক্তি য়ুম লৈজদবা লায়রবশিং অমদি অনা-অয়েক কয়া নংলবশিংগী চংজফম ওইনা থমলে। শাহিং-ঙাহিং চাবা শুকয়া য়াদনা থিংলে, জামীন্দারগী ইমুং অমসুং মীথুংশঙদা। মাগী বগানগী অকোয়বদা শীকার তৌদুনা শা-উচেক ফাবা অমসুং হাৎপা য়াহনখিদ্রে।

ওলবিয়ন করিগুম্বা অমত্তা চা-থকখিদ্রে। নুমিৎতুমা পুরা চুপ্পা মহাক চরা হেনপ্রে। জামীন্দারদু নারদুনা হিপলিঙৈদুদা মহাক লোন্না মকোন্দগী চেম্থোরকলে। মধীয়ানা কোইথি থিরকপদা মমৈদা ওলবিয়ন জোল্লীগী হাৎফম অমদি থোংফম অদুদা মনম শুৎ-শুৎ নমদুনা লৈরম্বা থেংনরে। মফমদুমক্তনি মহাক্কী খ্বাইদগী চান্নজরবী অমসুং নুংশিজরবী মরুপতুনা শিখিবদো। ওলবিয়ন পুদুনা লাকলে অদুবু করিগুম্বা মওং অমত্তনা মাবু থেমজিনবা ঙমখিদ্রে। নোংমা মহাক লোন্না য়ুমদুদগী থোকখি অদুদগী মফম কৈদসু উবা ফংখিদ্রে।

কনাগুম্বনা হায়, মদুদি ডম্বুর খন্দুনা কেম্প শাফম অদোমদা চৎখি, হায় উয়ানবশিংনা, মখোয়না উ য়াল্লিঙৈদা শাংনা শাংনা চিংথ-চিংথনা খোঙবা শাগী মখোল অমা হেক-হেক তায় হায়না তম্মী। অদুবু কনাগী খোঞ্জেল ওইরিগবা মদো? জোল্লীগীরা? নত্রগা ওলবিয়নগীরা?

# উজাও অমনা তুখিবদা

(মলায়ালম)

*এন, এস, মাধভন*

কোনভেন্ট রেজিষ্টর ফাক্তুনা য়েংলুবদা খঙহৌদনা ঐগী পুক্লিংদা কৈগুম্বা অমা ফাওরক্লম্মী। শিবগী চাংশি অয়াম্বনা নভেম্বর অমদি ডিসেম্বর থাশিংদা থোক্কল্লি। কোনভেন্টতা মতম শাংনা লৈরকপদগী অহল ওইরক্লবী ননশীংগী থম্মোয়শিংনা চোকথরকপা অমসুং মতিক চানা মশাগী মৈশাগী চাং থমঙমদবদগী ওইরম্বসু য়াই। অদুবু হন্দক্কী ওক্তোবর অসিদদি শুপ্নগী অমখক্তমক শিবা থেংনৈ। মাম্নি, সিস্তর ফীলোমিনাখক্তমক। ব্রেকফাষ্টকী টেবলদা মহাকপু উদবদুদা, ঐনা হংলুই, “নুংশিজরবী ফীলোমিনাদি কৈদৌখ্রে?”

সিস্তর কেথরীম্না মাগী হুইলচ্যারদা ফমলদুনা চাক চাফম টেবলদগী য়ুমথক য়ৌনা ৱাংখৎখ্রিবা গোথিক রুইনদো তম্না চংশিনখি। সিস্তর মাগরীতানা, লাইশোলনা মখুৎশারক্কী মালামরু থীরিবদুগী খোঙথাঙদু কনখৎলকই। সিস্তর মার্থাগী মায়থোঙদা, মাগী মখুত্তগী শঙ্গোম গ্লাসতুগী মনিঙদা মরিক অমফাওবা লেমহন্দনা থকচিল্লগে হায়বগী মওংগুম উই। ফমুং পরেং অনি শাংনা শাংনা থারিবা তুম্ফম কাদুদা নুংশিরবী ফীলোমিনাবু উনগে হায়না ঐনা খল্লুবা তৌরমদে। ফাদর তোমাসপু অমুক্তং লাকহনবিরক্লবগীদমক ঐনা বীশোপস হাউসতা তেলেফোন তৌখিরম্মী।

নুমিত্তো ওক্তোবর ৩১নি, ১৯৮৪গী, চপ চানা ঐনা ঙসি নীংশিংলি। অয়ুক্তো ঐ মীরত রেলৱে ষ্টেশন্দা চৎলুই। ওরিষাদগী নন অমা ঐখোয়গী কোনভেন্টতা লাক্কনি, অদুগীনি। ঐনা ষ্টেশন্দা য়ৌদ্রিঙৈদা মাদি হান্নন থুংলরমলে। ঐবু উবদ্‌া, নহা ওইরিবী নন অমগা অহল ওইরবী মমায় থুংনা উরীং থুংলবী অমগা ইনাক তম্না চংঙকই।

“সিস্তর, নহাক মলায়ালীরা?”

“অহোয়।”

“কদায়দগী লাকপিবনো?”

“ভেরাপোলী, ইরনাকুলম মনাক্তগী। মাদর, অদোম্না?”

“অব্রাং থংবা অরোইবা, থীরুভমবাদীদগী। ঐগী ইপাদো মফমদুদা নৌনা হোংলবনি।”

নহা ওইরবী নন অদুসু ওরিষাদগীনি। মহাক্তি মথংগী নুমিত্তা হনখিগদবনি। সিস্তর এঞ্জেলিকা, অহল ওইরবী নন অদুগী মমিংনি। মহাক দায়েবেতিস অনাবীনি,চিনি শিজিন্নবা য়াদে, খরা য়েংশিনবিনবগী মতৌদা নহাদুনা হায়রকই, “ঐসু ওরিষাদা মতম শাংনা লৈরুরে। কত্তক, রুরকেলা, কলাহনদি অমসুং অকোনবদা ভুবনেশ্বরদা। ঐ সাইন্স অমসুং অঙ্ক তম্বীরম্মী। হৌজিক্লা মীরতসিদা লৈজরি। খঙদ্রে, মীরতসিদা অসুম লোয়শিন্নগদ্রা ঐবু?” তুং হন্না য়েংলদুনা হায়রকই। নোংমা নোংমগী কোনভেন্টকী সেমেত্রীদা ক্রোসকী মশিং য়াম্বা অসুম অসুম হেনগৎলকলি। অহল ওইরবী ননশিংগী মীথুংফম ওইরবা শঙলেন্দু শারম্বা বীশোপ অদুসু হৌখিবা চহিদা লৈখিদ্রে। কোনভেন্ট অসি লৈত্রিঙৈদদি অহল ওইরবী নন পুম্নমক মাগী মাগী লৈফম লৈফমশিংদা মপুন্সী লেন্নরম্মী। ইতৎ তত্তনা বীশোপকী কাওনশিল মিতিংশিংদা ননশিংগীদমক ফজনা খোমজিন লোয়শিনবিদে হায়না তত্তনা ব্রাকৎলকখিবনি। ঐনা জরমনিদগী নর্সিং কোর্স লোয়রগা লাকপা মতমদুদা মীরতকী বীশোপনা ঐঙোন্দা হায়বিরকখিবনি।

“নঙনা শঙলেনসিগী য়েংশিন-খোৎচিনবগী থবক পুরগদবনিকো।” পীদৎ-পাদৎলবা অঙাংশিং য়োক থাকপশিংদা ঐনা তৌখিবা থৌদাংশিংদু চংগানাশেরীদগী লাকপা বীশোপ্পা মুন্না খঙবি, মদুদা মানা পেল্লদুনা, ঐনা য়াম্না নহা ওইরিঙৈদা শঙলেনসিদগী ঐবু খনগৎতুনা জরমনিদা ত্রেনিং থাবিখিবনি।

“নঙনা নঙগী নথম্মোয়দা কোনভেন্ট অসিবু অসুক্কী মতিক লুনা নীংজে হায়বদু ঐনা মুন্না খঙই। ননশিংগী পুন্সীগী অরোইবা চংজফম ওইরিবা মফমসিদা ঈশ্বরগী থৌজাল খিবিক্কী তুংনফম ওইরবা শঙলেন ওইহনগদবনি। পুম্নমকসি নঙগী খুত্তা লৈরে।”

অহিংদো ঐ মীৎ ককলা অমত্তা উইশিনদে। মতমদুদা লাইগী দুত পুম্নমক্কী মবুংঙো ওইরবা গেব্রিয়েলনা ঐগী মতেং কয়া পাঙবিখি। ঐনা ঈশ্বরদা হন্না হন্না খুরুমজে। মমৈদা মানা ঐগী তুংমক্তা মাছানা হুমলকপগুম ফাওরম্মী। লাইগী দুত লাকলম্মী। “ঈশ্বরগা খ্বাইদগী নক্লবা মহাক্তো। পীতর রোকতা ক্রাইষ্টনা

হোলি চর্চ শারম্বনি। তাইবঙদা খ্বাইদগী তাঙলবা নুঙশিংতনা শাগ্রবা কোনভেন্ট অসিবু ঐঙোন্দা শিন্নবিরবা?"

"সিস্তর অগাথা" আর্কএঞ্জেল গেব্রিয়েলগী খোঞ্জেলগী মতৌদা ঐনা পাওখুম পীখি। "পৃথ্বী শীনথুংনা ঈশ্বরনা থুম পীনবিবগী তাঞ্জাদু ঙসিমক লাকলেদনা।"

"থুম, থুম ..... মহাও য়াওদবা থুম।" ফমুংদা ঐ খামঙমদনা কপখি।

কোনভেন্ট অসিগী ইহান হানবা কাঙবুদুগী মরক্তগী হৌজিক সিস্তর করুনাখক্তা মঙায়রে, হিংলিবা। স্পেনিস নন অসিমদি বীহারদা নুপীমচাশিংতগী ওইবা ট্রেনিং সেন্তর অমা চলাইখ্রে। কোনভেন্টসিদা মহাক চাউগ্রবা পীয়ানো অমা পুদুনা লাকখিবনি। ওরিষাদগী লাকপী অনৌবী নন অদুগী ফমুং ফানুংনচিংবা শেমজিন শাজিনবদু হেক লোয়বদা পুং ১১.৩০ চপ চানা তাখ্রে। মতমদুমক্তা ফাদর তোমাসনা বীশোপস হাউসতগী ফোন তৌরকখি, "ইন্দিরা গান্ধী নোংমৈনা কাপখ্রে, মদু নঙ তারব্রা?"

"ও ঈশ্বর!" ঐ পুমঙক ঙকখি।

"থেংনবা মীপুম খুদিংমক্না মহাক শিরে হায়। অদুবু রেডিওদদি মহাক খরতং শোকপতনি হায়।"

"জেজস!" সিস্তর এঞ্জেলিকানা পাওদু হেক তাবদুদা শোল্লকই। "ঐখোয়না লাকপা নুমিত্তুদা মহাক ওরিষাদা লৈহৌবনি।"

ঐনা সিস্তর দ্যাভীসকি ময়াদা চমচনা শংবানবা শুপতু ইনবিরম্মী অমসুং হায়,"ইন্দিরা গান্ধী কাপলমলে হায়।"

চহি অনিগী মমাঙদগী হৌনা সিস্তর দ্যাভীসকি ব্রাখল, অমুমুক শেরান্নবা হায়বদি পেঙ চোইবা হৌরকলবনি। তরঙ মালঙদা মানা অমুক্তসু থকনিংবগী মতৌদা ময়া কাথোরকই অদুবু ব্রাদি অমত্তা ঙাঙঙক্তে।

পাও অদু তাবা মতমদা সিস্তর করুনা মাগী পীয়ানো ময়াদা ফমলি। পীয়ানোগী হাইগৎলিবা মখুম অদুনা উপাল অমগুম্না নুংশা মঙালদু খঞ্জিল্লি। মানা ঈশৈ ময়েক্কী বোইদু ফাকতোকই অদুবু পীয়ানোদি খোঙদ্রে। পুং অনি তারকপদা ফাদর তোমাস্নসা বীশোপস হাউসতগী ফোন তৌরকই, "রেডিও অষ্ট্রেলিয়াদদি মহাক শিরে হায়। খবর কয়াদা লমায় অমমম থুংনা পাও ফোঙনরে হায়।"

"এ, আই, আরনবু করি পাও পীখিবগে?"

"মহাক খরা শোকই হায়নদমক হায়খি।"

"অদুগা টিভিদদি?"

"চপ মান্নে।"

তেলেফোন তৌফম কাদগী ঐনা থোরক্লগা সিস্তর কেথরীনগী মনাক্তা চংই। মতমদুদা মহাক হুইলচ্যারদা ফমলদুনা লাইশোল লাইরিক অমা পারম্মী। ঐনা মলায়ালমদা মঙোন্দা হায়, "নঙ খঙলব্রা? ইন্দিরা গান্ধীবু মখোয়না হাৎখিবনি। ফাদর তোমাসনা ফোন্দা হায়রকই।"

সিস্তর কেথরীনদি সিস্তর ফীলোমিনানা লৈখিদবা তুংশিদা ব্রা ইঙাং ঙাংদ্রবনি। মখোয় অনিমক দিল্লিদগী পুন্না কোনভেন্ট অসিদা লাকখিবনি। কেথরীন করিগুম্বা খরা হায়নিংবগী মতৌদা য়েংখৎলকই। মহাক করিগুম্বা ব্রাহে খরা ফোঙদোকনিংবগুম তুমিন্না খল্লি। কোনভেন্ট তম্না হুইলচ্যার মমায় লৈরকই। ঐনা ইথন্তা খল্লি মদুদি মাগী হুইলচ্যারগী চাকাশিংসে থাও খরা থাক্লবদি ফগনি হায়না।

ওফিসকী কাদা সিস্তর মাগরীতানা আলমিরা মমঙাদা হঙ্গৎ হন্দা চৎলিবদু উই।

"সিস্তর।" ব্রারকপগী মওংদা ঐনা কৌই অদুগা হায়, "নঙবু করি তৌরিবগে?"

"কৈশু তৌদে।"

"নচিন থীনু। নঙনা থিরিবদু গুলি নত্রা? মদু হুনদোকখ্রগে হায়না থিরিবরা?"

সিস্তর মাগরীতানা মাগী ব্লড প্রেসরগী গুলি হুন্দোকখিবদো মালিনা ঙম্না খঙখ্রবনি। চন্দ্রমুখি অমদি ডাহলিয়াগী লৈনাশিংনা য়োমশিনবা অঙাংবা অমসুং শাংবান্নবা মচুগী গুলিশিংদু মানা পুশিল্লক্তুনা খঙহল্লকখিবনি। মালিদুনা মদু পুরকপা মতমদুদা মদু সিস্তর মাগরীতাগীনি হায়বদু ঐনা খঙখি। নুমিত্তুদগী মহাক্লা মতম পুন্নমক্তা ঐগী মাঙদা গুলি চাঙ্গদবনি হায়খিবনি।

সিস্তর মার্থানা মাগী কাদা দোং লাওনা থিল্লকই। মাগী মচিং ঐনা খঙই অমসুং মহাক মীরততা লৈবগীদি খরখিৎ নহা ওইমল্লি হায়না ঐনা কয়া পনখ্রবনি।

"ঐনা হায়বদুবু চুমদ্রনে?"

"চুম্মী।"

"ও ঈশ্বর! ঐনা লৈরিঙেদুরা ইন্দোরগী স্কুল লম্নপাক্তা ইন্দিরা গান্ধীনা নোংমা রা ঙাঙখিবনি। মহাক্কা লৈ খুজোক খুজোক অমদি পরেং পরেং অঙাংশিংদা লংথোরকখি। অয়াম্বা মতমদা মানা মদু তৌই। উমংগী শা-উচেকশিংগী মতৌদা মখোঙদা খোঙউপ অমা তোংদবা ট্রাইবেল অঙাংশিংদুনা চেন-চোংলদুনা লৈশিংদু ফংনবা হোৎনৈ। উরগা ইন্দিরা, মপুক্লিংদা হরাওজবগুম তৌই। অমুক্কা হন্না লৈ চবুল চবুল চাইথোরক্তুনা অঙাংশিংবু হরাও মথোই কাহল্লি। অঙাংশিংদুনা লৈমায়দা অমত্তা তাহন্দনা ওক ওক্তুনা চেল্লি। কয়াদা নুংঙাইখ্রবা মতৌনো?" নুমিদাং য়ৌশিল্লক্লবদা ইন্দিরা গান্ধী শিরে হায়না টেলিভিজনদা ইহান হান্না উৎলকখি। চাক চাফমদা মী য়াম্না লাকখিদে। সিস্তর করুনাদি মাগী পীয়ানোদু কুইনা খোঙদুনা লেনখি। মশাগী চহি মরিফুতরাতরুক শুরবী সিস্তর ম্যারী হান্নদি মাগী ফমুংদতা চাবনি অদুবু নুমিত্তুদি মীয়ামগী চাক চাফমদু তান্না চৈশু পায়দুনা চংঙকখি, "নখোয়গা পুন্না অসুম্না চামিন্ননিংবসি কুইরবনি। অসুম্না চামিন্নবসি নুংঙাইখ্রবনিদা," নোকমি নোকমি মানা হায়রকই।

শিরুম নারুম্না শোল্লবী সিস্তর দ্যাভীস টিভি য়েংলদুনা তুমিন্না ফমলি। সিস্তর কেথরীনদি মাগী হুইলচ্যার ওত্তুনা মফমদুদগী থোকখ্রে।

সিস্তর মার্থা মপি তার তারদুনা,"ঐনা, লৈ চবুল চবুলগী ভোল্লিবোল শীংনদুনা শান্নবদো খক কাওবা ঙমলোই।"

নন পুম্নমক হীতরগী মৈরিনা ঙাংলি ঙাংলি ঙাল্লিবা কাদুদা তৃম্ননবা চংনরম্মী। ঐদি মথক্কী ঐগী কাদা কাখৎলে, হৌনবী লাইশোল শোল্লে, অদুদগী মৈ মুথৎলে। শামতুগী ফৈজুপ্তু শুপ্তুনসু ঐহাক ঈংবনা নীকলম্মী। নভেম্বরগী অঈংবগী চাংদু য়ৌনা ঈংবদি নত্তে। ইজাতিগী ওইবা অরুম হৌবগী ইশাগী শরুক থুংবিরবননি।

মিকুপ খরা লৈরগা থোঙদা তক-তক থিল্লকপা মখোল অমা তারম্মী। সিস্তর এঞ্জেলিকাগা লোয়ননা সিস্তর শেশিলী লাকলম্মী।

"সিস্তর অগাথা," কৌরকই মানা "ঐ কিবনা লোইরে।"

মাগী মতুংদা লৈচিলগী ফিজোল মপৈ মপৈদু উরে, তাইবঙ জগৎ ওইরকঙৈদা ওইখিবা সমুদ্রগী শকলোনগী মতৌনি। ঈশ্বরগী তুংদা থোরক্কদবা

করিগুম্বা খরা খঙহল্লকপগী মতৌনি।

"সিস্তর, নঙ সিদা তূমিন্নরসি।" ঐনা হায়। মথংগী অয়ুক্তা ফাদর তোমাস, বীশোপস হাউসতগী পাও পীরকই। "মীশি মীনা য়াম্না থোকলে। অউ-অউবা সরদারজী হেক্তা হাংতোকলে। থোঙ থোঙনাওশিং ঙম্না চেৎনা লোনশিল্লু। ওরিষাদগী লাকপা সিস্তরদু হৌজিক হনখিগনু হায়য়ু।"

থোঙ অমসুং থোঙনাওশিং আ মথক্কী মঙাল চঙফমদু য়ৌনা থিংজিল্লে। এঞ্জেলিকা, শেশিলী অমসুং কেথরীন, সিস্তর পুম্নমক হীতর অমদা কোয়না ফমলদুনা মখুৎ য়াইনরি। চহি মরিফুতরাতরুক শুরবী সিস্তর ম্যারীদি হোৎ ব্রাটর ব্যাগ অমা কোল্লদুনা হিপলি। মখোয় ঙম্নমক হোসপিতাললোমদা তোয়না তোয়না য়েংই। সিস্তর ব্রুইলফ্রিদনা তত্তনা নাহেরিবদু মখোয়গী মরক্তগী অমনা তারকলম্মী। নাহেখোলদু অসুম হেনজিল্লকপগুম তৌরক্লবদা ঐনা মনাক্তা চংদুনা ওক্সিজেন পীরম্মী। মপানলোমদা নোংমৈ মখোল কয়া কয়া তারম্মী। অহানবা মথক্কী ঐগী কাদগী য়েংবদা উপালশিংদো মৈখুনা য়োমশিন য়োমশিল্লিবদু উই। নুমিদাংব্রাইরমদদি তামলবা মৈখুগী উজাওশিংদো উমং ওইনা হেক্তা উই।

চৌকিদারনা য়োংকী থোঙ্গালদু শো লোনশিল্লি। মিকুপ মিকুপকী মানা ঐখোয়দা পাও পিররি। ঘন্তাঘরগী সরদারজীশিংগী দুকান খুদিংমক ঙম্না মাঙ তাকহল্লম্মী। মীয়াম্না মোব থোরক্কুনা সরদারজীশিংগী টেক্সি কয়া মৈ থারম্মী। লম্বী কয়া অশিবা হকচাংতনা কুপখি। অহিংচুপ্পা নোংমৈ মখোলতনা লৈতাফম খঙলমদে। অচৌবা সহরশিংগী নোংমদোন তম্না মৈ ঙানবগুম মফম শিনথুংনা মৈঙালতনা ঙাঙশং ঙাঙশং ঙাঙলম্মী।

নভেম্বর অনিদদি নোংমৈ মখোলদু অমুক্কা হেনগৎলকলম্মী। ঐখোয় পুম্নমক মফম অমত্তদা পুন্না লৈমিন্নরম্মী। ব্রাখল পেং-চোইরবী সিস্তর দ্যাভীস ফাওবা অকীবা ফাওবগুম তৌরম্মী।

ইন্দিরা গান্ধীগী অরোয়বা লান্ন-খোঙচত্তু ঐখোয়না টিভিদা য়েংই। ওরিষাদগী লাকপী সিস্তর শেশিলীনা উরিবা থৌদোকশিংদু চহি মরিফুতরাতরুক শুরবী মমীৎ উদ্রবী সিস্তর ম্যারীদা লীদুনা খঙহল্লি।

"মী পংয়াম্বু য়ামদে," সিস্তর এঞ্জেলিকানা হায়রকই। "অয়াম্বদি হাৎন-শুনবা থোরক্কব্রা কিদুনা ইমুংদগী হেন্দোক্লমদবা য়াই। অদুঙৈ নেহরুগী লান্ন-খোঙচত্তু উরমলবদি! মতমদো, ঐ দিল্লিদা লৈ।"

*সিস্তর শেশিলীগী টিভি পাওদমদু মখা অদুম চৎথৈ। সিস্তর মার্থা অমদি* মাগরীতানা কোয়না ফমলিবদুগী মরক্তা সিস্তর ম্যারীসু য়াওরে।

হৌজিক ইন্দিরা গান্ধীগী লান্ন-খোঙচত্তো নিউ দিল্লিগী বীজয় চোক তম্না চৎলকলি। মতাংদু দাইমেন্সন অনি থোক্লা স্ক্রিন্দা উৎলি। সিস্তর শেশিলীনা পুম্নমক্কু অমত্তা চিংখদনা তম্মী। ঐ পুক্লিং ফাথজবা ঙমলক্তে। ঐগী হকচাং পুম্নমক মরেঙ মরেঙ চৎলকই অমসুং বাথরুমদা চংদুনা হন্না হন্না ওরম্মী। অওইবমক ইতিহাসতা ওৎ-নৈরকপসে ঐগী পুন্সীদা মসিনা অহানবনি।

মথংগী নুমিৎ নভেম্বর তাং মরি ফাওবা কর্ফিউ শাংদোকলে। ঙম্নমক মাগী মাগী ফমুংদা হিপথনখ্রে। ওরিষাগী সিস্তর শেশিলী ঐখোয় অনিনা মখোয়বু মখোয়গী ফমুং ফমুংদা চাক পীরি।

নুমিদাংদো সিস্তর কেথরীন ঐগী নাক তম্না চংশিল্লকই। "ঐ ভেরেন্দা ফাওবদা চৎনিংই," মানা হায়।

"য়ারোই। থোকপা য়ারোই।"

"মপানগী মৈ মুৎখ্রবরা? মপান অমুক্তা থোকনিংই। ঐ ওনিংলে।"

"অদু ওইরগনা, ঐসু লাক্কে।"

থোঙ হাঙদোকপগী মখোল থোকই, অদুবু কনাসু মকোক হাইগৎতুনা য়েংঙকতে। চিক চিক লাওনা ঈংলবা নুংশিৎকী শহুমনা থোঙদু হেক হাংদোকপদুদা লুপ্লবা কাদুবু অৱাবা পীররি।

"ঐ মপান অমুক্তা থোকনিংই," সিস্তর কেথরীন্না হায়রকই।

"ঐ ঙায়হাক্তা চৎথোক্কে," সিস্তর কেথরীন্না হায়রকই। ভেরেন্দাগী অসোম থংবা মায়কৈদা সিস্তর কেথরীন মাগী হুইলচ্যারদু থৌরুই অদুগা অমুক হল্লকই। অমমবদুদা ঐ য়েংদুনা অদুম লৈ।

ভেরেন্দাগী দারীবান অদ্বাইদগী সিস্তর কেথরীন্না খঙলাও লাওরকপদু তাবদা ঐ খংপ্রেক খংলম্মী। "ও ঈশ্বর, মীহাৎপা লৈরে।" রেলগাড়ীগী চাকা মখোলগুম হুইলচ্যারদু ঐ তম্না থৌজিল্লকই। স্বর থবেৎ-থবেৎ হোল্লদুনা সিস্তর কেথরীন্না লাওরকই, "মীহাৎপা চঙ্ঙকলে.... অমস্বসিদা।"

ঐ চাকশঙ তম্না চেনশিল্লি। খুদক্কুদা সিস্তর করুনা চেনথোরক্কুনা সিস্তর কেথরীনগী হুইলচ্যারদু ইমুংলোমদা ইনশিল্লি। ঐনা চাকশঙদগী খ্বাইদগী থৌবা থাঙ অমা খল্লগা ফিনুংদা য়েপশিল্লি।

নন পুন্নমক তুমিন তুমিন লৈনৈ। সিস্তর ক্রইলফ্রিদনা মখৌরী পায়দুনা করিগুম্বা খোঞ্জেল অমত্তা থোক্তনবা হোৎনৈ, অদুদগী থোঙদা তক তক থীল্লকপগী মখোল অমা তারকই। ঐগী তুংদা সিস্তর করুনা অমদি সিস্তর মার্থা য়াম্না নক্লা লেপলি। থোঙ থীনবগী মখোলদো অমুক্কা হেন্না হৌগৎলকই। "থোঙ অমুক্তা হাংদোকপীয়ু।" নুপীগী খোঞ্জেলদা হিন্দিদা হায়রকই। অঙাং কপ্পগী মখোল অমসু তারকই।

মোটোরসাইকল কয়া, য়াম্না কন্না থৌরকই অমসুং থোঙ্গালদা লেপখি। সর্কসকী মৈঙালগুম মখোয়গী মোটোরসাইকলগী মৈঙালশিংদু লয় লয়না ঙালহল্লকখি।

"অমুক্তা হাংদোকপিয়ু। মখোয়না ঐবু ফাগদবগী তান্নরকলে।" কপ্লদুনা নুপীদুনা হায়রকই।

ঐনা থোঙ হাংদোকই, সালব্রার কমিজ শেৎপী নুপী অমা দুপত্তা অমা ইল্লদুনা মকোক্তা রুমাল অমনা য়েৎশিনবা অঙাং অমা পমলদুনা লেপলম্মী।

"মখোয়না ঐগী নুপা হাৎখ্রে। ঐগী ইচানুপা অহল ববলুসু হাৎখ্রে। ঐ অমদি অঙাংসিসু মখোয়না হাৎকনি হায়না ব্রাশকপনি।" অঙাওবীগী মতৌদা স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা ব্রারী লীরকই। মোটোরসাইকল তোংবশিংদুনা কোনভেন্টকী থোঙদু থীল্লকপা মতমদুদা সিস্তর করুনানা মখোয়বু চিংশিল্লি অদুগা থোঙদু লোনশিল্লম্মী। চৌকিদারদা করিনো খরা ঙাঙলমলগা লাকলম্বশিংদু চৎখিবা মিকুপ্তু ফাওবা ঐখোয় ব্রা অমত্তা ঙাঙদে।

"নঙবু কনানো?" সিস্তর মার্থানা হিন্দিদা হংঙকই।

"ঐগী মিং অমরজীৎ কৌই। ঐখোয়গী লৈকায়গী মীওই কয়া মখোয়না হাৎখ্রে। হরমীন্দর সাহিব (আমৃতসরগী সনাগী লাইশঙ) কী থৌদোকতুবু শীংনবা ওইনা কুমসিসি ঐখোয়গী লৈকায়দা দীব্রালিগী কুমহৈ অমত্তা তৌদে। মদুদা মীয়াম অপুম্বনা অশাওবা হায়বদু ওইখি।"

"নখোয়গীদমক্তা পুলিসতি লাক্ত্রা?"

"ঐখোয়গা য়াম্না নক্লনা পুলিস লৈবনি। মখোয়গী ও-সিগসু উনরুই অদুবু চৎপিনবা মী মতিক চানা লৈতে হায়রকই। মহাকনসু ঐখোয়বু য়েংথিনা খনবনি।"

"অদুদগীদি?" সিস্তর মার্থানা হংই।

"ঐখোয় ঙন্না য়ুম থাদোক্তুনা গুরদ্বারদা চৎলে।"

নীহাং শীখশিংনা শংবান্নবা ফিজেৎ শংবান্নবা কোয়েৎ অমসুং য়োৎকী বেজ থেৎলদুনা গুরদ্বারগী থোঙশিং ঙাকই। শৈশকপশিং অমদি হারমোনিয়ম ঙক্তা য়াল্লদুনা লাইশোল ঈশৈ শকই। মীপুম খুদিংমক মখ্বাংদা কৃপান অমমম য়াল্লি। খরা অমদি নোংমৈ পায়।

ফাল অমদা অঙাঙবা ফি অমনা য়োল্লদুনা অদিগ্রন্থ সাহিব ফাক্তোকলদুনা লৈ। অঙৌবা হুমাই অমা তপ্না তপ্না হুমলি নুপা অমনা। মীওই কয়া কয়ানা পৈশা কৎলি। গুরদ্বারগী অতোপ্পা চাকশঙগী কা অমদা গেহুগী য়াম পুরক পুরক্তুনা কৎলি।

ঙসি গুরুবু নীংজবা শীখশিংদগী খালশা পন্তনা ঈ পাম্মী। গুরুগীদমক্তা মপুঙ্গী কৎথোকলবা আমৃট অশেংবা শীখশিংনা মশাবু বলিদান তৌগদবনি। ইপা ইপুগী থৌনা লিংজেল শক্তাকনবগীদমক ইশা ইশাগী ঈনা উৎকদবনি। তাবদা মীয়াম পুন্না লাওরকইঃ 'শট শ্রী আকাল', অসুম্না গুরদাসপুরদগী লাকপা আকালি অমনা হায়রকই হায়।

"পুলিস হেক লাকপা মতমদুদা ঐখোয় খরদি য়ুম য়ুমদা হল্লকনখি। খরা অমদি গুরদ্বারগী কেম্পতা লৈহৌই।"

নুমিদাংদা মখোয়না লান্দারকখি হায়। অমরজীৎকী মপুরোইববু মখোয়না তান্নদুনা ফায় অদুগা হাৎতোকখি হায়। অদুগা মাগী মচা অহলদুসু। মীওই অমনা অমরজীৎকী মখুৎ ফায় হায়। অমরজীৎনা মপাম্বোমদা ময়ানা চীক্তুনা নাম্থোরকই হায়না তম্মী। "অঙাংসিগী মখুদাং পায়দুনা চিংদুনা লাকপনি।" অমরজীৎনা হায়রকই, "ঐনা চেন্না চেন্না য়েংবদা খঙই, ঐগী খুদাং পায়রম্বা নুপাদো রামজীনি হায়বা। মফম অদুব্রাইদা ঐগী নুপানা দুকান ফম্মী। রামজী ঐগী নুপাগী থংনবা দুকান্দু ফম্বনি। মতম কয়াগী মমাঙদগী মানা য়েংশিল্লকলবনি। ঐখোয় হেক শিবা থোকপদা, মাগী ঙম্না ওইনিংবগী মতৌনি।"

নুমিত্তুমা মখোয় ঙম্না গুরদ্বারদা লৈ। অদুবু রামজী অমদি মাগী মরুপশিংদি গুরদ্বারগী অকোয়বদা মোটোরসাইকল অমদি জীপ তোং তোংদুনা চৎতুনা লৈ। পুলিসকা মখোয়গসু য়ানবগী মতৌনি। অহিং ওইরকলবদা অমরজীৎ অমদি মচানুপাগা গুরদ্বারদগী চেনথোরকখি। অমম্বদুদা মখোয়না কোনভেন্টকী শম্বল অহোবা অমদা কাখৎতুনা লিৎশিল্লগা চংঙকপনি।

*সিস্তর শেশিলীনা চাকশঙদগী শঙ্গোম গ্লাস অমা পুরক্কুনা অঙাংদুদা পী।* অঙাংদুনা মদু খুৎচিং অমুক্তা লোয়না থক্তোকই।

"অঙাংসিগী মিং করি কৌই?"

"জোগিন্দর সিংহ। ঐখোয়নদি মাবু জাগী হায়না কৌই।"

"শঙ্গোম পামলিব্রা?" সিস্তর কেথরীন্না হঙই।

জাগীনা পাম্মী হায়না মঙক নোম্মকই। সিস্তর মার্থানা শঙ্গোম, তল অমদি য়েরুম অনি চাকশঙদগী পুরক্কুনা পী।

"মফমসিদা ঐখোয় লৈবা নুংঙাইরোই। য়াম্না থুনা মফমসি থাদোকনিংই।" হায়রকই অমরজীৎনা। "দিল্লিদা ফটেহ নগর গুরদ্বারগী কেম্পতা ঐগী মরি-মতা খরসু লৈ। দিল্লি চৎত্রিবা ফাওবদি ঐখোয় সিদা সুম লৈবা য়ারোইদ্রা?"

"জেজস, নহাক্না ঐখোয়বু মাগীদমক মীনুংশি উৎপা ঙমহনবিয়ুকো।" ওক্তোবর থাদা লৈখিদ্রবী ফীলোমিনাগী হাঙলিবা ফমুংদু তম্না ঐনা অমরজীৎকী মখুদাং পায়দুনা চিংশিল্লম্মী।

"সিদা তূম্মু।" ঐনা হায়। লৈমায়দা জাগীগী তূমফম অমা শেম্বিরে। তল অমা চারবা তুংদা জাগী মাগী তূম্ফমদা হিপথখ্রে। মহাক মঙ ফাওবা মঙবা শঙদমখৈ নুংঙাইনা তূমখ্রে। নন পুম্নমকসু লাইশোল হেক লোয়বগা তূমথনখ্রে।

মথঙগী নভেম্বর মঙাগী অয়ুকতু নন পুম্বা নহানমখৈদগী ঙন্না য়াহৌরম্মী। মখোয় ঙম্নমক্না জাগীনা হৌগৎলকপা ঙায়নরম্মী।

স্পেন্দগী লাকপী সিস্তর করুনানা ময়ামদগী খরখিৎ হেন্না জাগীবু লুনা তৌজে। শংবান্নবী মাগী মমীত্তু ঈখৌ লাংনা তরাও তরাও পাঙলকই। জাগীগী মখুৎ পায়দুনা মানা পীয়ানো তম্না চিংশিল্লি। জাগীনা পীয়ানোগী অঙৌবা অমসুং অমুবা নম্ফম কীশিংদু মুন্না য়েংই। সিস্তর করুনানা কী অমা নম্মী, "নম্মু," মানা হায়রকই।

জাগীনা ইপা পাখৎনা নম্মী অদুগা হায়রকই, "নম্মে।" ইহান হানবা ৱাহৈ ওইনা জাগীগী খোঞ্জেলদু ময়াম্না তারকই।

"রে-মি-ফা" সিস্তর করুনানা কীশিংদু নমলদুনা ছন্দ নাইনা শকলকই।

সিস্তর এঞ্জেলিকানা জাগীগী মনাক্তা চঙশিল্লকই। রুমাল অঙৌবনা য়েৎশিল্লিবা মকোক্কী পুনশিল্লিবা শমদু তপ্না তপ্না নানবিরম্মী। "মিগী মরুম মাল্লিনে, মান্দ্রদো?" ঐঙোন্দা ওনশিল্লদুনা হায়রকই।

জাগীগী মমায়দু তঙাং তঙাংলকই। মানা সিস্তর এঞ্জেলিকাগী মখুৎতু কনথোকই। য়াম্না শাওনিংবগী মতৌদা সিস্তর এঞ্জেলিকাবু মানা ইনথোকই। মাগী মশম পায়রুবদুদা মহাক শাওবা ওইরমাল্লে। মাগী পারী পুরীগী চৎনবী ওইনা মশম অদু পুনশিল্লিবনি হায়বসি ঐখোয়না খঙ্ঙকই।

নুমিত্তু সিস্তর মাগরীতা মাগী তূম্লমদাইগী পীলশিংদু থিরকই অমসুং চাখি। সিস্তর কেথরীনদি মাগী হুইলচ্যারদা ফমলদুনা অমরজীৎ অমদি জাগীগী মনাক্তা লৈ। সিস্তর করুনাদি জাগীগী তল হৌদুনা লৈ। ঐদি বীশোপস হাউসতগী অমরজীৎ অমদি জাগীবু কোনভেন্টতা লৈহনবিনবা অয়ামোৎ লৌনবা লাক্লরি। বীশোপকা তান্নরগা ফাদর তোমাস মফমসিদা থুনা লাক্কনি হায়খিবনি। ঐখোয় খিবিক অসুম্না চঙ্ঙকনরিঙৈদা ফোন খিংঙকই।

"বীশোপকী মোৎ-হায়ববু ঈশ্বরগী থৌজাল ঙায়গদবা মঙায়রে হায়।" ফাদর তোমাসনা হায়রকই। কর্ফিউনা মরম ওইরদুনা চিংনবা লৈতনা কোনভেন্টকী থোঙ অমদি থোঙনাও ঙম্না হাঙদোকলম্মী। চহি মরিফুতরাতরুক শুরবী ম্যারীদি ফনা কুইরে কোনভেন্টকী শুমাংথেলোংদা লৈরকপা। মাগী লীচৈগী অরোয়বা মচীন্দু জাগীনা পায়রি। সিস্তর ম্যারীগী ঙৌদোং পকপা মমীৎশিংদু নুংশানা য়ৈবদা নিংথৌ তুরেনগী মতৌগুম ঙৌরুনরম্মী।

"লৈ অসি করি করি কৌই?" জাগীনা হংই।

"মদু করি মাল্লি?"

"চাওই, থাগুম্না ইকোয় কোয়।"

"মচুদি?"

"নাপুনি।"

"লৈনা য়াম্না পানবরা?" সিস্তর ম্যারীনা হংঙকই।

"হায়বা কৈশু ঙম্মোইদৌবদা। থম্বালগী লৈনাশিংদগী হেল্লি। লৈনা মচা মচাসু য়াওই।"

"অদুদি দাহলিয়ানিদনা।"

সিস্তর ম্যারী অমদি জাগী মথংদা শাৎলিবা লৈদু তম্না চংঙকই। মাঙ্গোলগী দারিদগী ননশিংনা মখোয়নিবু শেন্নবগী মতৌদা য়েংলি। সিস্তর ম্যারী স্বর থবেৎ-থবেৎ হোল্লদুনা কোনভেন্ট তম্না চংঙকই অমসুং হায়রকই, "জাগীসি এদাম ওইরে। মানা থব্রায় পানবা অমসুং পান্দবা পুম্নমকপু কৃষ্ট্যান ওলহল্লে।"

মথংগী নুমিত্তু কর্ফিউ কোমথোকলম্মী। রেলগাড়ী চেনবা হৌরকলম্মী। সিস্তর শেশিলী ওরিষাদা চৎখ্রগনি। মহাক, অমরজীৎ অমসুং জাগীবু ঐখোয়না গুরখা চৌকিদারগা লোয়ননা ষ্টেশন তান্না থিল্লম্মী। মথক্তগী মখোয়না কুমথরকপা মতমদুদা সিস্তর ব্লুইলফ্রিদ হোসপিতালগী কাদগী থোরকলম্মী। "জাগী জাগী," মানা কৌরকই। সিস্তর ব্লুইলফ্রিদনা ভর্জিন ম্যারীগী মেদালিয়ন অমা পীরম্মী। মদু লৌরগা জাগী ঐখোয় পুন্নমক্তা য়েংলমলগা হন্না চেনখি।

কোনভেন্ট হৌজিক হান্নগী মতৌগুম ঈং তপলে, থোঙ্গালদা মিলিটরী ভ্যান অমা খামলরি। গুরখা চৌকিদার, অমরজীৎ, জাগী অমদি সিস্তর শেশিলী মদুদগী কুমথরকই। সিস্তর শেশিলীনা জাগীবু মখুৎ শন্নদুনা চংঙকই। কোনভেন্ট মনুংদা মহাক পরপ-পরপ চেনশিনখ্রে।

"কৈদৌরে?" ঐনা হংই। গুরখানা ঐখোয়দা ব্বারী লীরকই, "ঐখোয় পংশাং শাংনা চৎত্রি, জীপ অমনা ঐখোয়বু তান্নরকই। নুপী অসি ফাগদবগী নুপা অমা চেনশিল্লকই। কপ্পা কপ্পা জাগীনা "ইমা মখোয়সে সিদা লৈরে।" মমা মচা কিবনা থক থক নীকলম্মী।

কপ্পা কপ্পা অমরজীৎনা, "অসুক কুইবসে মখোয়না ঐখোয়বু ঙায়রকলিবনি।" হায়রকই।

"মখোয়গী জীপকী ইঞ্জিন মখোল য়াম্না হৌনা-হৌনা ঙংদুনা ঐখোয়বু লেপননবা তৌরকই।" চৌকিদারদু কিবনা থক থক নীকলম্মী। মাগী মমিৎ খুবা, মচুবা পাকপা অমসুং পীশুম শমজিন্নবা মঙ্গোলোইদকী মায়থোঙদুনা মীশিংদুনসু য়াম্না উশিৎতনা খল্লি হায়না মানা তম্মী।

"লাইবক ফবদগী মিলিটরীগী গাড়ী অমা লাক্তুনা ঐখোয় অশোক অপন য়াওদনা মফমসি য়ৌরকপনি।" গুরখানা তম্মী।

"ফরে, তোকও," সিস্তর করুনানা হায়রকই। সিস্তর মার্থানা জাগীনা কিনা অমদি তুমিন্না শিরিদা কাখৎলিবদু উরকই।

"নখোয় মফমসিদা লৈনিংবমখৈ লৈরো," ঐনা হায়।

"মফমসিদদি নখোয়বু করিসু তৌরবা ঙমলোই।"

ঐনা হায়খ্রিবা ব্বাহৈশিংসিনা ঐবু পাপ চেনবী অমা ওইহনবা হায়বদি ঈশ্বরগী অপাম্বদু করিনো হায়বা খঙদবনিনা ফত্তবা কয়াসু মফমসিদা থোক্লবা য়াই, ঐনা খল্লি। ফোন তৌরকই: 'নখোয় সি, আই, এ, গী এজেন্ট ঙাক্তনি।

সরদারনীদুগা অঙ্গংদুগা নখোয়না লোৎশিন্দুনা থমলবদি নখোয়গী কোনভেন্ট মনুংদা বোম লংশিল্লকনি।' ঐনা হেল্লো, হেল্লো হায়না খৌনাও খ্রক-খ্রক কংনা ঙাঙঙি অদুবু তেলেফোন্দু খুদক্তা থমখি।

নুমিদাংদসু পুলিসনা ঐখোয়বু ঙাকই অদুবু মনিংলোমদগী নুঙ কয়া থাজিল্লকখি। জেজসকী মূর্ত্তি য়েকপা থোঙনাওগী মিংশেল অমসু মখোয়গী নুঙনা কায়হনখি। শিরি কাখৎফম ময়াদা লৈবা য়াও অমগা লেপমিন্নবা জেজসকী মূর্ত্তি অমসু মথবাক্তগী তেক্তুনা তারি।

মথংগী নুমিৎ, নভেম্বরগী তাং তরেৎতা ফাদর তোমাসনা বীশোপস হাউসতগী, সেন্ট ম্যারী স্কুলগী মমাঙদা খিনবা লেডী ওফ দ লোর্ডসকী মূর্ত্তি অদুসু থুগাইখ্রে। মমাদুগা মচাদুগা য়াম্না থুনা মফমদুদগী থাদোরক্লবা মখোয়না হন্না হন্না ফোন তৌরকই।

"মখোয়না ঐখোয়বু য়াম্না শাওরবরা?" ঐনা হংই। ফাদর তোমাস তুমিন্না লৈখি।

"ঐহাক করি তৌগনি?"

"বীশোপনা, নঙবু ঈশ্বরনা লমজিং লমতাক কয়া পীনবিবা ওইসনু হায়।"

ঐ তৌফম খঙদদুনা খুকউ লৈতানা লাইনিংদুনা খাঙখি। আর্কএঞ্জেল গেব্রিয়েল, ঐঙোন্দা লমজিং লমতাক অমত্তা পীনবিয়ু। ঈশ্বরগী মফমদগী নঙবু করিগুম্বা পাওজেল অমত্তা ফঙদবরা? ঐদি ঐগী ব্রাখলগী অরোইবা পাওদম অসি নত্তনা করিগুম্বা লংজিল অমত্তা ফঙদরে।

ঐগী ব্রাখল পুম্বা লম্মুক্লরে। কপ্পা নত্তনা ঐগী করিসু উপায় লৈতরে। মিকুপ খরা খাঙলবা তুংদা ঐগী পোত্থাফম লাইনিং অমা লাকলে। মদুদতা ঐগী কোনভেন্টকী মীওই খরগা লোয়ননা অমরজীৎকা লাইশোল তৌফম কাদা চঙলে।

জোর্জ, এম্বুলেন্স ড্রাইভরদা কৃ অমা পুরক্লবা হায়খ্রে। কন্ননবা ঈশ্বরনা তাকপিবা লম্বেল হায়ববু পাপ অসি মঙায়রে। ঐনা ননশিংদা অমরজীৎপু নন অমগুম ফিজেৎ লৈতেংহল্লু হায়খ্রে। এম্বুলেন্সতা জাগীবু কৃ অমদা হিপহনগদবনি হায়খ্রে। ঐখোয় খরনা লাইনিং লাইশোল তৌদুনা কৃগী অকোয়বদা ফমগদবনি হায়নসু খঙহনখ্রে। এম্বুলেন্সতুনা নোংপোকথংবা থোঙ্গাললোমদা অদুগা ঐখোয়না চর্চকী নোংচুপকী থোঙ্গালদগী রেলৱে-ষ্টেশন তাবা লম্বেল অদোমদা

চৎননবা শীল্লে।

সিস্তর শেশিলীনা জাগীগা লাকমিন্নরে। সিস্তর এঞ্জেলিকানা মাগী মখুৎ অনিদু চেৎনা পুনশিল্লে। সিস্তর মার্থানা নীংগাংনা ফমলগা মখোঙ অনিদু ফাজিল্লে। অদুফাওবদা জাগীনা শা অমগুম ফাওরি। সিস্তর ম্যারীনা মাগী লিচৈ অকোনবদুনা মখুকউ অনিদু ফাজিনবা লাক্লে। সিস্তর মাগরীতানা মমীৎ অনিদু খুমজিল্লি। মানা লাওখোংঙকপা কান্দা সিস্তর করুনানা মচিন্দু মেনশিল্লি।

অমরজীৎনা মকোক্তগী অঙৌবা রুমালদু লৌথোকই। পুনশিল্লম্বা মাগী লৱাই লেমফুগী মশমদু ঐনা থোকতোকই। মশমশিংদু মরেংজুমদা ঙ্বাই-ঙ্বাই তায়। মকোক্তা ঐনা ঈশিংনা চোৎহল্লে। অচৌবা কাতি অমনা মশমদু ককপা হৌরে। কোনভেন্টকী লৈমায়দা মশমশিংদু তারকলে, অকোনবদা মহাক মরু পুমকোক কোকলে।

"ৱাহে গুরু!" হিক হিক কপলদুনা অমরজীৎনা শোল্লকই।

জাগী উপায় লৈতবগী মতৌনি। মতমদু মহাক কপখিদ্রে। সিস্তর করুনানা মাগী মচিন্দগী মখুৎতু ফাজিনদ্রে।

"জো বোলে সো নীহাল !" শোল্লকই অমরজীৎনা।

"সট শ্রী অকাল !" জাগীনা য়াম্না হৈনিংদনা মখা তারকই। মতমসিদদি মহাক মরু পুমকোক কোকলে।

মরু কোক্লবা তুংদা মতম কুইনা নুংশাগী মৈশা ফংদবনা মশম ককথৎখ্রগা তাইফেৎ তাইরবা মকোক্কী কুচুদো ঐখোয়না উরকই। মসিমক্লা মাবু মরিং মরাংবা অমা ওইনা অমুক থোকলে। ঐনা তেঙ্গালী খরা লৌরুরগা অচাথাও খরগা তোৎশিন্নদুনা মকোক্তা তৈশিন্দুনা মশাগী কুচুগা মান্নবা মওংদা শীল্লে।

এম্বুলেন্সতি হান্ননা লাক্কুনা খামলরবনি। জাগীবু ঐখোয়না কৃ মনুংদা হিপহল্লগা এম্বুলেন্সতা থাঙ্গৎলে। নুংশিৎ চংবা য়ানা হোহল্লগা উপাক্কী মখুমদু থাজিল্লে। অমরজীৎনা নন অমগী ফিজোল শেৎহল্লে। সিস্তর শেশিলীসু উরিষাদা য়ৌগদৌবনি। সিস্তর এঞ্জেলিকা, সিস্তর করুনা, সিস্তর মার্থা অমদি ঐ পুন্না লাইশোল শোল্লদুনা কৃদুগী অকোয়বদা ফমলি।

অহানবদা ঐখোয় য়াম্না শান্তি ওইনা চৎলি। মতম খরগী তুংদা মোটর সাইকল তোংবা মীওই খরা কন্না কন্না ঙংলদুনা তান্নরকই। জোর্জদগী মখোয়না মাঙথানা থৌগৎলগা গাড়ী খামলম্মী। জোর্জনা বগল লৌরগা খামদনা

থৌগৎলম্মী। মখোয়না অমুক্তা হেন্না থৌগৎলদুনা ইঞ্জিনশিংদু ঙংদুনা কিহল্লম্মী। সিস্তর করুনানা মখুৎ তিংথোক্লদুনা জোর্জদা গাড়ী খাম্লবা হায়রম্মী।

সিস্তর করুনানা মনিঙগী থোঙদু হাঙদোকলগা এম্বুলেন্সকী খোঙথাফমদুদা লেপ্লম্মী। অঙ্গংবা নুংশিৎনা মাগী মশমদু ঋাই-ঋাই হুমলম্মী। মোটর তোংবশিংদুনা মাগী শংবান্নবা মিৎলুশিংদুদা ঙকলপনা চাগদবগুম য়েংলম্মী, অদুগা মীরত য়ৌগদবা লম্বেলদু চঙঙক্লবগুম মতৌ উৎলকই। ধুপকম্বী অমা পায়রদুনা সিস্তর করুনানা হিন্দিদা হংঙকই, "শারা নখোয়বো? অশিবা হকচাং অসিফাওবা লেম্না থাররোই হায়ব্রা?"

সিস্তর এঞ্জেলিকা অমদি ঐনা মলায়ালমদা হৌরপ্লা লাইশোল শোল্লি। ঙাইহাক লেপলমলগা মোটর থৌবশিংদু হন্দুনা চৎখ্রে। ওন্থোক্লা নুংঙাইতনা রেলবে ষ্টেশন য়ৌরক্লম্মী। এম্বুলেন্স হেক খাম্বগা অমরজীৎ অমদি ঐনা কৃগী মখুমদু হাংদোক্লম্মী। "হৌগৎলো জাগী" অমরজীৎনা হায়রকই। কুরাক মচানা মরুম কায়রগা মকুদগী হেক থোরকপগুম হৌগৎলকই। মখুৎনা মকোক্তা নাল্লদুনা মপা মপুগী চৎনবী লোনচৎতগী খংলাপ লাপথোক্লবগুম মথম্মোয়দা ফাওরম্মী। ঐনা ককথৎখিবা মশমদু মমাগী শীয়োমনুংদগী পোকপতা ঙায়রিবা অঙাংগী মতৌদা চোংখৎলম্বগুম্মী খল্লুবদা ঐ স্বর ফুনগে তৌই।

অমরজীৎ, সিস্তর শেশিলী অমদি জাগী ট্রেনগী নুপীগী কম্পার্টমেন্টতা চঙখ্রে। থোঙনাওগী য়োৎচৈদু পায়রদুনা জাগীনা লেপ্পুনা লৈবদু উই। মকোক্তা য়াম্লা নুংঙাইতনা মখুৎনা মাই।

মথংগী নুমিত্তদি ঈরাং পুম্বা নেমথখ্রে। অয়ুক অমসুং নুংথিন্দা কর্ফিউ কোমথোকলে। সিস্তর ম্যারী মাগী ফমুংদা তুমখ্রে। সিস্তর কেথরীন মাগী হুইলচ্যারদু ইঞ্জখ্রে। সিস্তর মাগরীতা মাগী তুম্নবগী পীল অমত্তা চাখিদ্রে। সিস্তর এঞ্জেলিকা মপাল্লোমদা থোক্লদবগী থোঙ হাঙদোকলি। সিস্তর দ্যাভীস, মথন্তা করিনো মুরুম-মুরুম শোল্লি। সিস্তর করুনা পীয়ানো মনাক্তা করিসু তৌদনা ফমলি। সিস্তর মার্থাদি নুমিৎ চুপ্পসিমা লাইশোল লেপ্পুনা শোল্লি। সিস্তর ব্লুইলফ্রিদতি হোসপিতালগী কা অদোমদা চৎখ্রে। ইলেক্ট্রিক্লা ঈংথহল্লবগুম নভেম্বরগী নুংশিৎলকসিদা ফমজিল্লবগুম, ঐদি হৌখ্রবা অশি-অনা কয়াগী ব্রাখলশিংসিদা মিকুপ কয়া উঙলুই। মথক্কী লাইশোল তৌফম কাদা তপ্না চংদুনা ইতোমতা থোঙ লোনশিল্লগা তুমিন্না ফমথরম্মী।

# হীরাগী নাশীকা

(তামিল)

*সী, গোপালচারী*

রমায়াগী য়ুমগী খ্বাইদগী হব্রা-নুংশিৎ ফবা সাইজিন্দা শেন্দাং মতৈ মনাওগী মকোন শায়। হৌজিক হৌজিক শেন্দাং অমোম মরুম কোল্লি।

"তারিব্রা?" শেন্দাং লাবনা হায়রকই।

"হৌজিক অমুক করিনো নঙনা পামলিবা?" খুম্মকই মাগী নুপীনা।

"করিগীনো, য়ুমশিগী য়ুম্বুরেম্বী অসিনা মতমলৈবা খিবিক্তা মাগী মপুরোইবগা খৎনরিবা?"

"মদুবু ঐনা করম্না খঙগদৌরিবনো?" হায়রকই অমোম্না। "কান্নদে ইশা ইশাগী ইথৌ তৌনশি। ঐগী ঐগী শোয়দ্রগা লোয়রে।"

"নঙসে মতম লৈবা খিবিক্তা নশাগীতা খল্লি" হায়রকই শেন্দাং লাবনা, অমুক মখা তারকই, "অদুবু ঐখোয়নিসু লায়ররবা ঐজ্ঞা রমায়াগীসু খরা খনফম থোক্ত্রা হায়মি?"

শেন্দাং অমোমনা কয়া উশিৎ থওইদনা হায়রকই, "নঙনা ঙসিফাওবদা করি মতেং পীরবগে? ঐখোয়গা মরি লৈনদবগী ব্রারম খন্নফম থোক্কে। ঐখোয়গী ইকোন মনাক্তা হৌদোংমক্তি অমুক্তা ফাওবা চংঙকতেদনা। মসিমক নঙ অমদি ঐগী য়াম্না লাইবক ফবনি।"

নোংমা লৌবুক্কী ষষ্ঠী পৈফম অমগী মনাক্তা হীরাগী নাশীকা অমা তারমদুনা শেন্দাং লাবনা মদু মশেক্লরিবা মচৈদুদা মচিন্না চিক্লদুনা পুরকই অমসুং মাগী নুপীদা হায়রকই, "য়েংউ! মসি নহাক পামজদরা?"

মাগী নুপীনা খুম্মকই, "ঐঙোন্দা হৌজিকপু হীরাগী নাশীকা নত্রগা সনাগী হাইবারনা কৈদৌনরুগনি ? অদুগী মহুত্তা ইচাশিংসে মপুক লামলে, তীল খরদুম

ফাবিরুচো।” লাবদুনা নাশীকাদু লৈমায় থক্তা থাদরমলে অমসুং মচাশিংগী তিল ফাবা চৎখ্রে।

রমায়াগী নুপীনা ব্রাই শিৎনা শিৎনা লৈমায়দা নাশীকাদু তারম্বা থেঙনরে। মানা মদু উবদা হরাওনা খুনগৎলে অমসুং মঙোন্দা চিনশিল্লে।

মদু উবদা রমায়ানা য়াম্না শাওনা ঙাংঙকই, “নঙনা কদায়দগী লৌরুদুনা চিল্লিবা হীরাগী নাশীকানো মদুবো? ঐ খঙহন্দনা মদু নঙোন্দা খুদোল তৌরকপা মরুম্বীদু কনানো হায়য়ু?”

“কান্নদবদা ব্রারেমদু ঙাংগনু। ঐনা মসে ইমুংগী লময়ায়দা তারমদুনা খুনবনি। অতৈদগী কৈশু নত্তে।”

“কদায়, মদু হৌজিকমক খুনগী ব্রায়েনশঙগী থৌবুরেন্দা পীরুসি নত্রবদি হয়েংমক ঐখোয়গী য়ুমদা থানানা ব্রাই চাইরদৌনি, মীয়াম মমাঙদা শোয়দনা ইকায়বা নংলোইদরা ইবানি?”

মীনাকশি অম্মলগী য়ুমদা অসুম্না ব্রারী তৌনরকই, “ঐদি কাওদুনা মদো ইরুজফমদা হুন্দোক্লমলে। মীনাইনুবী কুপ্পায়ীনা মদু শোয়দনা লৌরমলগনি। মদুগুম্বদু মাদি য়াম্না হৈনজবনি।”

মীনাকশি অম্মলনা মচানুপীদা তপ্না অসুম্না হায়রকই, “মদু ফংনবা থিনবা হোৎনসি। নঙগী বাবাদকাদি খঙহল্লুখিনুকো। বাবানা খঙপ্রবদিনে মতৌ করম্না হীরাগী নাশীকাদু মাঙহল্লিবনো হায়দুনা শাওবনা লোইররনি।”

“নখোয়না মুশুক মুশুক ঙাঙনরিবদুবু কৈনো?” রামনাথ পীল্লায়না হংঙকই।

হীরাদু মাঙখিবগী ব্রাফমসে মীয়ামদা ব্রা ব্রা লাওনরকলে। খুঙ্গং হুপ্না খঙনরকলে। মীপুম খুদিংমক্লা মীনাইনুবী কুপ্পায়ীনা শোয়দনা লৌরমগনি চিংনরকলে।

থানা ময়াম লাকতুনা কুপ্পায়ীগী খাংপোকশঙদা থিজিন হুমজিল্লরে অদুবু ফংবা ঙমদরে।

রমায়াগী মথম্মোয় পোখাফম খঙদ্রে। মাগী নুপীনা মদু মাগী উপু মনুংদা থমজিনখ্রে। খঙহৌদনা মহাক মশা থক-থক নীক্লা অরুম হৌরকলে। খুদক্তা ফমুংদা হিপথখ্রে। কনাগুম্বা অমত্তনসু মখোয়বুদি চিংনরুদে অদুনা থিবা হুম্বগী

থবক মখোয়গীদদি তৌরদে।

শেন্দাং লাবনা হায়রকই, "য়েংউনে কুম্মেসে চান্নবী; ইমুংসিগী নুপীসে হৌজিক কিবনা লোইরে মশা থক থক নীক্লা অরুম হৌরে।"

"তশেংবমক ওম্বোক্লা নুংঙাইখ্রবা কুম্মেনি।" শেন্দাং অমোম্মা হায়রকই। "লায়রবী নুপীসে কিজবনা লোইরে। অরুমসিনা মহাক অরোইবা য়াহিপ তাল্লবা য়াই।"

"অদুগা য়াম্মা ফরবা তাঞ্জা অমসুনি।" মীরৈহৎ ওইরিবা শেন্দাং লাবনা হায়রকই।

"পুন্নমকসে, নঙগী থৌশিল ঙাক্তনি; নঙনা মদো পুদুনা লাক্লগা থাদখিবনি অমসুং মহাকপু মিকাহনখিবনি।" হায়রকই শেন্দাং অমোম্মা।

শেন্দাং লাবনা পুক্লিং নৈতানা খম্থরগা খুম্মকই, "ঐনা মঙোন্দবু মদু হুরাল্লু হায়খিব্রনে? মসে, মব্রা মপুরোইববু উশিন্তবা, থওইদবা মপুক ফত্তবী নুপীশিংতদা থোক্কদবনি।"

"ইবুংঙো, ঐ কৈদৌঙৈদসু নহাক্লা হায়বা খিবিক্তা য়েৎপা অমদি য়াদবা তৌররোই," মমা ওইবী উচেক্তুনা হায়রকই অসুম্মা।

"অদুদি লাকও, ঐখোয়নি পুন্না চৎলসি ইচাশিংগী হাওর হাওরবা তিল-কাণ্ড কয়া ফারুরসি।"

হরাওনা উচেক অনিমক মকোন্দগী শাখপ তোয়খি।

# নোংমা হিগী খোঙচত্তো

(তেলুগু)

*পি, পদ্মরাজু*

নুমিৎনা ময়ুম হেক চংখ্রবদা তাইবঙ শীনবা থুংনা নুংনাংবগী শকলোন লৌরবা লৈচিলনা কুপখিরম্মী। তুরেনগী মোং হাদ্রবা ঈমায়থক্তা হিনা চৎলি ঈংনা মেঙনা।

পীক্লবা, মোং হাদ্রবা ঈথক মচা মচাশিংনা হিগী নাকন নাকন্দা তপ্না তপ্না য়ৈরম্মী। অকোয়বদা, মিৎনা উবা ঙম্বা ঙমখৈ ফাওবদা করিগুম্বা জীব অমত্তা লৈবা উদে, অশিবগুম্নবা পৃথিবীনা খোঞ্জেল থোক্তনা স্বর হোল্লি। স্বর হোল্লিবদু তাবা ফংদে অদুম ওইনমক হকচাংদা অদুদগী থম্মোয়নুংদদি মহাক্লা স্বর হোনবগী চিংখৎ চিংথবা মতৌদু ফাওদবা নত্তে। হিংনিংবগী ব্রাখলদু য়াম্না লাপথোকখিবগুম তৌরকই, মীপুম খুদিংগী থম্মোয়নুংদা পুন্সীগী লৈতানিংবা অমদি হিংনিংবগী আশা অমত্তা উদ্রবগুম তৌনৈ। মুশুক মুশুক মুরবা, অকীবগী শকলোন্নরবা অরাপ্পদা হৌরিবা উপালশিংদুসু হিগা মায়োক্লনা লেঙ খোৎতনা চৎলিবগুম উই। খরা নকপদা হৌরিবশিংদুনা মকোক ফারবা লাইমুগী মতৌগুম তুং হন্না হন্না চৎখিবগুম তৌই। হি অদু লেঙখিদ্রে। তুরেনগী তোর্ব্বান্দুদনা তুং হন্না চৎখ্রে।

মোং হাদ্রবা ঈমায়থক্তুদা ঐগী মিৎনা অমম্বদু ফাওনা মুন্না য়েংদুনা লৈরম্মী। অতিয়াগী থব্রাম্মিচাকশিংনা ঈংলবা ঈশিংগী ফমুংথক্তা পোত্থারিবদু উই। করি করিগুম্বদা ঈরৈ মচা মচাশিংদুনা মখোয়বু কুফেৎ কাফেৎ লেঙবগুমসু তৌই অদুবু মখোয়দি নিংঙাইদনা তূমলি মমিৎতি লাওনা লাওনা পাঙলদুনা।

নুংশিৎসু শিৎতবগুম্মী। হিহোনবদুনা হিরীদু চিংলম্মী, মানা কন্না, তান নাইনা চিংবদুদা লমতাকচৈ মতোন্দা য়াল্লিবা শরিক অদুদগী খোঙথাঙগা তান চান্ননা খিঙলকপদু তারকই। মনিংথংবা হিগী শরুক্তা লৈবা মৈফুদুদগী ঙাঙলবা মৈরী চাকখৎলকপদু উরকই, মরক মরক্তসু মৈরীদু অমুক মুৎ অমুক চাক, হাইনা

হুন্না চাকলিবদু উরকই। অপীকপা বালতি অমা পায়রদুনা নুপা মচা অমনা অহোবদগী হাইজিল্লকপা ঈশিংদু কনথোকলি। পীক পীক থনবা বোরা কয়ামরুম ফৌ, চিনি অঙাঙবা, মঙ্গে অমদি অতে অতৈগী বোরা কয়ানা হিদু পীক থল্লম্মী।

মমাঙ ইথঙ থঙবা হিরুবাক্তা হিপলদুনা ঐনা অতিয়া থকতা মিৎ কুপ্তমখৈ য়েংঙম্মী। হিনুংদগী, চুরুপকী মনম, অতপ্পা খোঞ্জেলদা তাফম খঙদমখৈ তপ্লবা খোঞ্জেলদা শাবা যাত্রিকশিংদুগী ব্বারীনা মফম খুদিং শীনবা থুংনা তারি। কেরাণী অদুনা ফমলিবা পীক্লবা ফমফমদুগী নাকন্দা পীক্লবা থাওমৈ অমনা মুৎশি মুৎশি অমম্বদুদা চাকলিবদু উই। হিদু অদুম হোল্লি।

অথাপ্পদগী খোঞ্জেল অমনা, "তোর্ব্বানসিফাওবা হিদু অমুক্তা হোনজিনবিরকউবা, তোর্ব্বানসি ফাওবতা।" হিদুনা তোর্ব্বান য়ৌফাত্রিঙৈদা কনাগুম্বা মীওই অনিখক হিরুবাক্তা ফন ফন চোংখৎলকলম্মী। হিদু নোম নোম হাইরম্মী।

"ঐখোয়গীদমক্তা করিশু খনবিরুনু। ঐখোয় হিবানসিদা অসুম হেক্তা ফমজরগে।" নুপীগী খোঞ্জেল অমনা হায়রকই।

হিনাও শাফমদা ফমলিবা নুপাদুনা হায়রকই, "রঙ্গী, অসুক কুইবসে নখোয়দি নহালমখৈ কৈদা লৈরুই? কয়াদি কুইরে উনদবা?"

"ঐগী নুপানা পুদুনা মফম কয়া কয়াদা চৎলুরে, ভিজয়নগরম, ভিশাখাপতনম লোয়ননা ঐখোয়নি পুন্না অপন্না চীং কারুরে।"

"হৌজিক্লা নখোয় কদায় তান্না চৎকদৌরিবা?"

"মন্দপকা। নুংঙাইরিবরা তাদা? কেরাণীগী থবকতু অদুম তৌবিরিদনা?"

"অদুম তৌরি।"

লোইনরকলিবা, নুপা ওইরমগদরা, মহাক্লা খংহিপ হিপথরকপদা মচিন্দগী থকলম্বা চিরিক্তু তারকল্মী। নুপীদুনা খুল্লগা লংথোকখি।

"নিংথিনা চুন্না ফম্মুবা," নুপীদুনা হায়।

"তুমিল্লৈয়ু হৈ, শা! নঙনা ঐবু য়ুঙাওবনি নীংব্রা? অদুম তৌরবদি নথবাক্কী শরুশিংদু তেক্লবা কাওথেকচনি।"

নুপাদো মদুম হায়রম্লগা মশাদু অমরোমদা ওস্থোকখিরম্মী। মানা লৈথোকখিবদা নাম্থহৌবা ইন্নফিদু নুপীদুনা খুনগত্তুনা অমুক শুপচিনবিরম্মী। অদুদগী নুপীদু চিরিক অমা চমলদুনা থকপা হৌরক্লম্মী। মৈখেৎকি মৈরীদুদা

ঐনা নুপীদুগী মমায়দু নিংথিনা মীকুপ খরদং উহৌই। মৈরীদুনা মুরবা মায়থোঙদুবু তঙাং তঙাংহনখি।

য়াম্না তপ্না তপ্না ঙাঙহন্নিংবগী কাইদা, নুপীদুগী ৱাঙাঙদুদা য়াওই। মাগী ৱাঙাঙ তাবদা মথম্মোয়নুংগী অথুপ্পা খিবিক নঙোন্দা ইতিং তিংনা ফোঙদোরকপগুম উগনি। মহাক মশক মতৌ য়াম্না চঙখোনবী নত্তে; মশম মনাশু ইফা ফাই। অদুমকপু মথৌনা লৈবী অমগী মতৌদি চপ চানা লৈ। অমুবা ব্লাওজ অমা লিৎলিবদো মাগী কুচুদুদা অমত্তা লিৎতবগুম উই। অমম্বদুদা মাগী মমিৎ অনীদুনা পাঙলকপদু য়াম্না নিংশিংনিঙাই ওই। ঐনা মাগী মনাক্তা হিপলিবদু মহাক্লা মৈখেৎ খেৎলকপদুদা খঙখি।

"সিদসু মী অমা তূমলিমাল্লে।" নুপাদুবু হৌদোকপগী মতৌদা ঙাঙঙকপনি।

"তুমিল্লেয়ু হে, লৱায় নুপী। অদুম্না চরাঙনরবদি নঙকতু মেৎথৎচনি।"

করিগুম্বা খরা তৌনিংবগী মতৌদা নুপাদু ঐঙোনলোমদগী লৈথোকখি।

কেরাণীদু থাওমৈ অমা পায়রদুনা হিরুবাক্তা লেপলি, অমসুং হংঙকই, "রঙ্গী, মহাকসিনা কনানো?"

"মহাক ঐগী নুপানি, পদাল্লু। চানবিদুনা লম্বেল অসিদদি অপনবা পিবিনুকো, তাদা।"

"সিবু পদাল্লুরনে? মহাক হুজিকমক তানথোকখো। মহাক্তি মহা চন্দাননি, হুসু হুরানবনি। নঙবু ঙাওরব্রা? অসুক তমথী তমথীনা য়ু ঙাওবসিবু নঙনা হিসিদা পুশিল্লকলি।"

"ঐবু কনানা য়ু ঙাওই হায়রিবা?" পদাল্লুনা হায়রকই।

"হে মাথা খরাবশা, মহাকসি হৌজিকমক তানথোকখো। করিগীনো নখোয়না মাবু চংহল্লিবা? মহাক্তি য়ুঙাওবনিনে," কেরাণীদুনা হিহোনবশিংদা লাওরকই।

"ঐ য়ু কৈশু ঙাওদে, ঐগী হেনবা ঙমজদবগী খরতং থকলকপনি।" পদাল্লুনা অসুম্না খুম্মকই।

"করিগীনো নঙনা অমুক ঙাঙলুরিবা?" নুপীদুনা পাওমেল্লকই।

"পুকচেল চাওরবা ইবুংঙো, ঐখোয়বু অমুক্তা ঙাকপিয়ু। ঈশ্বরনা নহাকপু চানবিসনু। ঐখোয়বু মন্দপকা ফাওবদং পুবিয়ু।" নুপীদুনা হায়জে।

নুপাদুনা মখা তারকই, "পুকচেল চাওবা ইবুংঙো, ঐ য়ু কৈশু ঙাওজদে। ঐখোয়বু মন্দপকা য়ৌবা ফাওদদি চৎচনবা থৌজানবিয়ু।"

"ফৈ নখোয় হুজিক খৎন-চৈন তৌরক্লবদি তুরেন খোঙনুংদা লংথদৌনি। মসিমদি ঐ হায়বিরিবসিনিহে।" কেরাণীদু মাগী ফমফমদা ফমথখ্রে। পদাল্লুসু হৌগৎতুনা ফমলে। তশেংবমক্তি মহাক শাথীনা য়ু ঙাওবদি নত্তে।

"মানসু ঐবু তুরেন খোঙনুংদা লংথনিকা হায়রিনে, লমশাই মচাসিনসু।" পদাল্লুনা তপ্না মুরুম মুরুম শোল্লকই।

"তুমিন খিৎ লৈরোবা। নঙনা ঙাঙবদু মখোয়না তারবদি ঐখোয় করি ওইদৌরি?"

"অদুবুদি খঙগনিদনা! হয়েং নোং হেক ঙানবদা মাগী হিসি করি ওইবগে হায়বদো! ব্রাখন্দি ইখন হেক খন্দশারদনা, গধাগী মচাসিনসু।"

"সু...উ...উ...! অসিদা কনানো অমসু হিপ্লি।"

পদাল্লুনা চিরিক অমা চমখৎলি। মনাতোন শুমাংদা য়াম্না কুংনা মকোই হৌই। মমায়দু য়েরুম মওং মাল্লি। ময়াংলেন শরুদু তেংগা থোংলবা লিরুংগী মতৌগুম পোল্লি। মীওইদি চাও শাংই অমসুং কয়া থওই-ব্রাওইরোইদবা মীদানি।

হিদু মোং হাদনা অদুম হোল্লি। চাবা থকপা লোইরদুনা হিহোনবশিংদু কোন-লিক ফেংনা-ফেংনা করি করিনো মখোয় মশেন ব্রারী শারী।

য়াম্না ঈংবদি নত্তে অদুম ওইনমক ঐহাক ফি অমনা হকচাং থুংনা শুপচিল্লি। অমম্বদুদা হকচাংসি ইহাঙ হাঙনা লৈবদু অকীবগী মশক্লি। নামিবা নুংশিত্তু খরদং খোংলৈ থুগৎলক্লম্মী। মোল্লবা নুজাগী হকচাংগা থেংনবগুম হিদুনা মোং হাদ্রবা ঈমায়থক্তুদা ঈংনা তপ্না তাওরি। মোনমোন লাওরবা নুপী অমনা, মশক্তি উদনা, কোনশিল্লকপগুম অহিংদুসু পুমচিক চিক্লবা অমম্বনা কুপখিরম্মী। অসুম্না অসুম খল্লিঙৈ কৈদগীনো খঙহৌদনা ঐগী হৌখ্রবা থৌদোক কয়া অদুদসু নত্তনা কনাগুম্বী নুপীশিংনা মিকুপ খরদংগী ওইনা, নুপা নহাশিংগী থম্মোয়বু খুদুম চল্লম্লগা, হরাওহল্লম্লগা পুকচেল হোংখিবা অমসুং মদুদা কায়না মৈশা লাংহৌবা, অসিনচিংবা ব্রারী কয়া মথং মথং খনবা হৌরক্লম্মী।

ঐঙোন্দগী পংথাপ থাপ্তুনা কনানো মীওই অনিনা চুরুপ থকলি, মখোয়গী চুরুপনা চাকপদু অমম্বদুদা ঙাংশং ঙাংশং ঙাংনা উই। পুক্সীগী থৌদাংসে কয়াগী মতিক লুম্বগে হায়বদো মদুদতা খঙবা ঙম্মী, মৈখুদু অমুক থকপা, অদুগা পুক্সীগী

থৌদাংগী অমুক খনবা।

"লম্বীসিদা ইহান হান্না থেংনগদৌবা খুঙ্গংদুবু করিনো?"

"কলদারী," খুম্মী রঙ্গীনা।

"য়াম্না ৱাংলিদকো চৎতৌসে।"

"ঙসিদি অদু তৌরনু। মদু নঙ চেকশিল্লুকো। ঙসিদি তৌরনু। খুদোং চাবা য়েংদুনা অতোপ্পা নুমিৎ অমদা লাইবক য়েংলসি। নঙবু ঐনা হায়বসে তাদ্রবরা?" রঙ্গীনা ৱাকৎচরকই।

"নঙ য়াম্না কিরেনে, হে মীথীবোং," হায়রকই পদাল্লুনা। মহাক্না রঙ্গীগী পুকনোক্তা খুজপ্পীনা কন্না শিকলম্মী।

"ও-হো!" অতিয়াথক্তা য়েংলদুনা, মথম্মোয়দদি আ তুং ফাওবগী আশা কয়া নৌহৌননা খনবগী মওংদা রঙ্গীনা লাওরকই।

তপ্না তপ্না ঐসু তূমনিংবা ফাওরকলম্মী। তুরেনগী ঈচেল তুংইল্লিবা হিদুসু তূমলিবগী মতৌগুম্মী। ঐঙোন্দগী পংলাপ লাপ্তুনা মখোয় অনি করি করিনো মুরুম মুরুম ঙাঙনৈ। য়াম্না তূমনিংবা পোক্তুনসু ঐ তূম্বমক্তি তূমদ্রে। হিদু চেল্লি হায়বা ঐ খঙই, মরমদি ঈমায়দা তাওবগী জ্-জ্ মখোলদু তারি অমসুং তোর্ব্বানগী উপাল ৱাপালশিংদু তুং হন্না লেঙলিবদু উই। হিনুংদা তোংলিবা মীপুম খুদিংমক তূমখিরম্মী। রঙ্গী, ঐগী নাক্তগী হিনাও শারিবা নুপাদুগী মনাক্তা চৎখিরম্মী।

"নুংঙাইবিরিদনা তাদা?" মানা হংই।

"নুংঙাইরি, নঙবু কমদৌরিবগে?" হিনাও শাবদুনা অমুক হংই।

"ও! কয়াদা অঙকপগী মশকনো, ঐখোয় নুপা ঐখোয়নিনা উরকপদু। ঐখোয় সিনেমা অমা য়েংলুই। মদুদা জহাজ অমা উরকই। মদু কয়াদা চাওথ্রবা। তাদা, নঙবু য়েংউনে, মদো ঐখোয় খুঙ্গংমুক হেক চাওবনি। মদু কমদৌনা, কদায়দা মমায় চুম্বনো খঙদে।"

অসিদা নত্তনা মানা ৱারী কয়া মথং মথং লীরকই। মাগী খোঞ্জেলদুনা ঐবুসু পুমশুম শুমহৎপনি।

"ইবেম্মা রঙ্গী। ইবুং য়াম্না তূমনিংঙে," হিনাও শাবদুনা হায়রকই।

"নৌদু ঐমুক পায়বিগে, ঙহাক পোত্থাও তাদা" হায়রকই রঙ্গীনা।

হিদু তুমিন্না অদুম চৎলি, তপ্না। অচিকপদুবু থুগাইরুবা তৌদনা রঙ্গীনা তপ্পবা খোঞ্জেলদা ঈশৈ শকলকই ঃ

- নহাকপু কৈদা লৈবগে?

ও নহাকপু কৈদা লৈবগে?
থম্মোয়নুংগী ইশানৌ।
তরাগী চাকলেনদি পুখম থন
ফমদুনা নঙনা হল্লকপা ঙাইজবা
তাংলৌ অহিঙনদি থেঙজিল্লক
অদুবু মিকুপ অমা তূমনিংবা ফাওদবা
নহাকপু কৈদা লৈবগে?
থম্মোয়নুংগী ইশানৌ।
থক থক নীক্লা চিক্লে অহিঙগী নুংশিৎসে।
বৃচিক্কী মহুনা চিকপগুম
শিংলি পুম্বসু ফমজন্না চিক্লে
নহাক্কী লুম্লবা হকচাংনা শোকপিদবনা
অসুম্না পুন্সীসে ঈখম্নদৌরেনে
নহাকপু কৈদা লৈবগে
থম্মোয়নুংগী ইশানৌ ?
থক থক নীক্লা চিক্লে অহীংগী নুংশিৎসে
বৃচিক্কী মহুনা চিকপগুম
শিংলী পুম্বসু ফমজন্না চিক্লে
নহাক্কী লুম্লবা হকচাংনা শোকপিদবনা
অসুম্না পুন্সীসে ঈখম্নদৌরেনে
নহাকপু কৈদো লৈবগে
থম্মোয়নুংগী ইশানৌ?

রঙ্গীগী খোঞ্জেলদা ঈশৈগী ফজরবা সুর কয়া য়াওই। পৃথিবী পুম্বনা তূম্ন তূম্নবু ওইরবসু মহাক্কী ঈশৈদু তারমগনি নীংই। কুমজা কয়া হৌখ্রবা, অৱা অনানা থল্লবা নুংশি নুংওনগী ৱারী কয়া মাগী ঈশৈদুনা নৌহৌননা অমুক নীংশিংহল্লি। ঈশৈদু তারুঙৈ, খঙহৌদনা পৃথিবীসে পীক্লবা হিনাও অমনা মপান নাইদ্রবা সমুদ্রদা মাইকৈ খঙদনা তাওবগুম থম্মোয়সে পোত্থাহন্দবনি। মীওইবগী পুন্সীদা

অপাম নুংশি কৌবা নহাকসিনা কয়াগী মতিক শাথীনা কনখ্রবা। কয়াদা অঙকপগী মশক্লো।

ঐঙোন্দগী খজিক্তুং হন্দোক্লগা পদাল্লু, ফিরুক খুমজিল্লদুনা ফমলি। তৌইগুম্বসুং মহাক্না রঙ্গীগগী মরক্তা চাওরবা ফক্লাং অমনা খনজিনখিবগুম, য়াম্না থাপতোক্লবগী মতৌনি।

মিকুপ খরগী তুংদা পদাল্লু, হি মনুংদা ফমলি। তৌইগুম্বসুং মহাক্না হিপলদুনা অতিয়াগী থব্রাম্মিচাকশিংদু য়েংলি। রঙ্গী অমুক ঈশৈ শকলকই ঃ

- খঙখিবদায় নঙনা খাংপোকশঙদুগী মরুমদা

নুজা’মা চৎলি হায়বা পীক্লবা লম্বেলদুদা

তুমিন্না, লোন্না মপাং কনা য়াওদনা

অদুবু নুজা অদু কনানো!

থম্মোয়নুংগী ইশানৌ!

নত্তবরনে মহাক্তো ঐ,

যৌবনগী মথোন কারককৈ .......?

তাইবঙ শীনবা থুংনা রঙ্গীগী খোঞ্জেলনা চৎলুই অদুগা হল্লক্তুনা ঐগী থম্মোয়গী থুপ্পবা কাচিন্দা য়েরবগুম তৌরে, মচিন থৌরবা তাশোনগুম।

খঙহৌদনা ঐগী মীৎসি, ইলুম লুমথরকই অমসুং কা হেন্না তুমনিংবা পোকলকই। লোয়ালমগী প্রেমিক প্রেমিকাশিংনা মহৌরেম্বীগী চিক্লবা তম্পাক্তা হরাওনা কেকু লোৎপী শান্নবগুম নুংশি খোঙলোই তুংইল্লিবা নুপী নুপা কয়ানা হরাওনা জগোয় শাথেক্লবা কয়া কয়া ঐনা তুম্বদুদা উরকই। পুমনৌ নৌরবা মঙগী সংসার অমা তুমলিবা ঐগী মাঙদা মপান নাইদনা শন্দোকখি। সংসারদুগী মফম খুদিং শীনবা থুংনা রঙ্গী অমদি পদাল্লুগী শকলোন লিশিং লিশিংনা চৎলি মাঙদা হঙ্গৎ-হন্দা অদুদগীদি ঐসু ঈশৈদুদগী য়াম্না লাপ্পা মফম অমদা থুংলবগুম নীংশিংবা থোক্তনা তুমথখ্রমাল্লে, অতোপ্পা মঙলান অমনা অমুক হন্না অপনবা পীরদ্রে।

চরাংনরবা মীয়ামগী খোঞ্জেল কয়ানা ঐবু পোত্থাফম খঙহন্দ্রে। ঐ মিকপ থোকলে। তোর্বানগী উচুক অমদা হিদু পুল্লম্মী। হিরোইশিংদু থাওমৈ অমমম পায়দুনা হিথক্তা অমদি তুরেন তোর্বান্দা কোইচেন চেন্নরম্মী। তোর্বান্দা হিরোই অনিনা রঙ্গীবু মখুদাং নাম নাম পায়রদুনা লেপ্পলম্মী। মখোয়নিগী মনুংদা অমদি

কেরানীদুনি। মাগী অতোপ্পা মখুৎতুদা থৌরী অমা শুপায় পায়রি। রঙ্গীদা মদুনা ফুগদবগী মওংনি। ঐসু তোর্ব্বানথক্তা চোংখৎলি, করি থোক্লবগে হঙই।

কেরানীদুগী মায়থোঙদু অশাওবগী ঈনা পুমকুপ কুপ্লম্মী। মানা হায়, "চন্দান অদু, পোৎশিংদু পুরগা চেনখ্রবনিনে। মীয়াম্না তূমলিঙৈদা, লমহুই মচাসিনা হিসে তোর্ব্বান তান্না হোঞ্জিল্লিবনিনে। মীথীবোংসিনা নৌদু পায়দুনা লৈরম্মীনে।" মাগী ৱাঙাঙদুদা য়াম্না নীংঙমহৌদবগী অমদি উপায় অমা উদ্রবগী খোঞ্জেল কয়া য়াওরি।

"হুরানখিবা পোৎচৈশিংদুদি করি করিনো?" ঐনা হংই।

"চিনি অঙাঙবা থুম্মুক অনি অদুগা মঙ্গে বোরা অনিনিনে। অদুননিনে ঐনা ঙসাইনা তানথোকখো হায়বদো। ঐ হুজিক মাঙখ্রিবশিংদুগী লমন চপ চানা খুমগনি।" অদুদগী রঙ্গীরোমদা ওনশিল্লদুনা, "মফম কদায়দা মানা পোৎশিংদু পুথহৌই, হা?"

"কলদারী য়ৌরমদায়দনি, তাদা।"

"হে চীন্থীবী । কলদারী য়ৌরকপদদি মীপুম খুদিংমক অমত্তা তূমদ্রিনে।"

"অদুৱাইদা নত্রবদি নীদাদাভোলুদা ওইরম্বা তাই।"

"ওইথোক্ত্রবনি, মহাক্না কৈশু অচুম্বদু হায়দোকলোই। অত্তিলি পুলিসতা নুপীসে হেক্তা পীথোক্লম্লসি। হিদা কাখৎলুহে।"

"ঐবু ঙাকপিয়ু তাদা, ঐবু চানবিদুনা থাদোকপিরো।"

"হিদা কাখৎলু হায়রগা," কেরানীদুনা মাবু ইল্লদুনা হায়রকই। হিরোই অনিনা রঙ্গীবু হি তম্না চিংশিল্লি।

"তূমগনবা মীনাই মচাশা! চেকশিন্দ্রবা গধা! নখোয়বু নশা নশাগী নথৌ খঙদ্রা? করিগীনো নখোয়না শাশিগী মখুত্তা হিমায় চুম্নবা নৌদু শিন্নথোকলিবা?" কেরানীদু শাওবগী ঙমখৈ লৈত্রে। মিকুপ খরগী তুংদা মহাকসু মাগী ফমফমদা ফমথখ্রে।

রঙ্গীদু মাগী হান্নগী ফমফমদা অমুক ফমথখ্রে। হিরোই অমনা মাবু শেন্নরদুনা মনাক্তা ফমলি। হিদু হোনবা অমুক হৌরকলে। ঐহাক চুরুপ অমা চমখৎলি।

"পুকচেল চাওবা তাদা, ঐঙোন্দসু অমত্তা পিবীয়ুবা," হেন্না নকশিন্ননিংবগী মতৌদা রঙ্গীনা ঐঙোন্দা হায়রকই। মঙোন্দা ঐনা চুরুপ অমগা মৈখেৎ উপু অমগা পী। মাসু চম্মী।

"তাদা নুংশিরবা। ঐবু থানাদা পীথোক্লগা নখোয়গী করি তোংগদগে?"

"কেরানী বাবুনা নঙবু লেম্না কৈশু থারোই," হিরোইদুনা হায়রকই।

"পদাল্লুদুবু নঙগী নুপারা?" ঐনা হংই।

"মহাক ঐগী নুপানি।" রঙ্গীনা খুম্মকই।

হিরোইদুনা মখা তারকই, "পদাল্লুনা মহাকপু অঙাং ওইরিঙৈদা নমদুনা ফাবিরুবনি। লুহোংদুনা লৌবিবকা নত্তে। হৌজিক্তি মাগী অতোপ্পী নুপী অমমুক লৈরবনি। রঙ্গী, মহাক হৌজিক কৈদা লৈ?"

"কভুরদা। হৌজিক, নুপীদু মশক মতৌ য়াম্না ফজরি। মহাকসু ঐনা ফংলিবা চৈথেংসি হেক ফংঙকপদা, মপুক্সীদু লৌখৎনিংঙাই লৈতমখে মাঙলকখিনি। লমশাদু!"

"অদু ওইরদি পদাল্লুনা অপাম্বা মওংদা তৌবদা নখোয়না য়ারিবা করিগীনো?" ঐনা হংই।

"তাদা, মহাকসে ঐগীনিনে!" মপুক্লিংগী অরোনবা ফোঙদোরকপগী মওংদা হায়রকপা ৱাঙাংনি।

"অদুনা, ঐ য়াওদনদি মহাক করম্না হিংগনি? নুপা অমগী নুপী কয়ামরুম লৈবা কৈশু কায়দেন্য। ঐগী ৱাখলদদি তাদা, মহাকসে নুপা মরক্তগী নিংথৌনি। তাইবঙসিদা মাগা মান্নবা কনামতা লৈতে।"

হিরোইদুনা হায়রকই, "বাবু, পদাল্লু কনানো হায়বসি মহাকপু মুন্না খঙদনদি ভাবনা শাবনা খঙবা শুকঙম ঙমলোই। মহাক্কা হেক উনরুবা মিকুপতুদগী নুপীমচা অসিগী পুক্সীসু কাং-খোং চাইবা হৌখ্রবনি। থেঙলবা অহিং অমা, পদাল্লুনা মহাকপু মাগী ময়ুমদা থোঙ লোনশিল্লগা মপান্দগী মৈ থারম্বনি। মহাক চাক্তুনা শিগদবা শমনা মফৈ অমত্তা ঙায়বনি। মরাইবক ফমন্দুনা ঈশ্বরনা মাবু কনবিরকপনি।"

"ঐনা মাবু খুৎ অনিনা মখৌরি মেৎকে তৌবনি অদুবু মাবু ফাবা ফংদবনি। চৈরক্তুদা য়ুম য়াংলেন্দগী মৈরীনা ঙাঙশং ঙাঙনা য়োল্লবা ৱাশাং অমা ঐগী নঙ্গন্দা তাথরকখি।" ঙাঙনা ঙাঙনা মাগী ফুরিৎতু খরদং তাখৎলকপদা অমম্বদুদা ফাওবা ঙৌরোক ঙৌবা দাকফমদু উবা ফংই।

"অদুক অদুক তমথীনা ওৎ-নৈরবা ফাওবদা নঙনা হৌজিকসু মাগা লোয়নরিবা করিগীনো?" ঐনা হংই।

"ঐ গতি লৈতবনি তাদা। মহাক্না ঐগীদা হেক লাকপদা ঐসি মঙোন্দগী থাপতোকপা শুকঙম ঙমদবনি। মহাক্কী ব্রাঙাঙ শঙাঙ তারগা অদোমসু হেক্তা থম্মোয় ওনগনি, মিৎলুদা পিরাংনা ইফুৎ ওইনা হেক্তা হৌরক্কনি। ঙসি নুমিদাংবাইরমদা ঐখোয় কভুরদগী লাকপনি। লম্বেলদা মানা মসিগী থবকসি পাঙথোক্লবগীমক ঐঙোন্দা মখু লৈতানা খুরুমদুনা হেক্তা হায়জবনি। নত্রগদি মহাক অতোপ্পা উপায় অমমুক লৈত্রে হায়। নীদাদাভোলু তুরেন খোংবান য়ৌরক্লবগীমক ঐখোয়না লবুক ফাওদুনা শমলগা লাকপনি।"

"মফম কৈদনো মানা পোৎশিংদু থাংথহৌরিবা?"

"ঐদি কৈদগী খঙদগে?"

"ওহো! মানা কৈশু অচুম্বদো তাকথোকলোই, মাসু মহা হুরানবীনিনে।" নোক্লদুনা হিহোনবদুনা হায়রকই।

খঙহৌদনা রঙ্গীবু অমুক্তা হেন্না খঙনিংবগী মওংদা ঐনা মমায়দু মুন্না য়েংই। অদুবু অমম্বদুদা মায়থোঙদু শেংনা উবা ফংখিদে।

হি অদু তপ্পবা ঈমায়থক্তুদা মোং হাদনা চৎলি। নোংয়াই হৌখ্রে, মালংগী ঈপোমদু অমুক্তা হেন্না ঈংশল্লকপগুম ফাওরকই। উপালদগী উনাশিংদুনা খজিক খজিক্তং লেংঙকপা উই। অহিংদু ঐ অমুক হন্না তূমথরুদ্রে। রঙ্গীবু ঙাক শেল্লিবদুসু অমুক হন্না তূমনিংবা পোক্তনবা মাগী অরোইবা শক্তি শিজিন্নদুনা মমীৎ পাঙলিবগুম উরি। অদুবু রঙ্গীদি করিসু খঙদবগী মওংদা চুরুপ্তু থক্লদুনা ফমফমদুদা অদুম ফমলি।

"নহাক্তি নপুঙ্গীদা অমুক্তা লুহোংখিদ্রি, নত্রা?" ঐনা হংই।

"হোংখিদে। পদাল্লুনা ঐবু ফাদুনা পুবা মতমদো ঐ য়াম্না অঙাং ওইরি।"

"নহাকপু করি খুঙ্গংদগীনো?"

"ইন্দ্রপলেম... মতমদুদা মহাকসে য়ুথকপনি হায়বসি খঙলুদে... হৌজিক্তি.... মাবু মশক খঙলে। তশেংনমক য়ু থকপা হায়বসি করিসু কায়দে। অদুবু করি করিগুম্বদা মানা য়ু ঙাওরক্লবদি য়াম্না তমথীনিংঙাইনি।"

"মহাকপু হুন্দোক্লম্লগা নপামদা কোক চৎখিবদি য়াদ্রা?"

"মহাক্না য়ু ঙাওরকপা মতমদা ঐসু মদু হেক হেক খল্লকই। অদুবুনে, ঐনা হায়জরিবসিনি, সংসারসিদা মাগা মান্নবা মী অমত্তা লৈতে। নোহোয়না খঙবিদবনা তৌরবনি, মানা য়ু হেক থক্তবা কান্দা মহাকসে য়াওগা চপ হেক

মান্নবনি, তপলিবা। মতমদুদা মহাক নুপী চাম্ম চাম্মগী মপু ওইবা ঙমই। হৌজিক্তা ঐঙোন্দা অমুক চংজরকলিবসিনি। খন্দুনা য়েংউ, ঐ য়াওদ্রবদা মহাক কমদৌনা হিংগনি?"

নুপী অদুগী মওং মতৌদু অঙকপনি অমসুং মখোয় অনি কমদৌনা হেক হেক পুল্লিবনো থাজবা শুকঙম ঙমদে। রঙ্গীনা অমুক হায়রকই, "করিগুম্বা থবক অমত্তা হেক, মাসু ঐসু ফংদবনি। মরমসিনা ঐখোয় হুরানবা তাবনি। ঐগী ইমাদু লৈরিঙৈদা ঐগী পঙবসিগীদমক্তা য়াম্না থীনা থীনা চৈবিরম্মী অহিং অমসুনে তাদা, মানা লৈশাবী অদু ঐগী য়ুমদা পুরকখি।"

"করম্বা লৈশাবী?"

"হৌজিক হৌজিক মাগা লৈমিন্নরিবদো, ঐগী ফমুংদা নুপীদুবু হিপহনখি অদুগা মানা মনাক্তুদা। ঐগী ইমাংমক্তদা! মখোয় অনিমক য়ু থকপনি। শাশিংদো। ঐনা নুপীদুদা চোংশিন্দুনা খুজিন্না তপ তানা খোৎতৎপনি। অদুদা পদাল্লুনা ঐবু নুংশাস্বর হেক থিংবমখৈ ফুবনি। নোংয়াই য়ৌরকপদা মহাক নুপীদুগা লোয়ননা কদায়দনো চৎখ্রে। পদাল্লু অমুক হল্লকই। ঐনা মাবু তমথীনা চৈদুনা মাবু য়ুমদা চংহন্দবনি। মতাংদুদা মহাক থোংজিন্দা অশীবগুম তাখি অমসুং পীক্লবা অঙাং মচাগুম কপখি। ঐ থম্মোয় শোকপনি। মাগী মনাক্তা অমুক হন্না ফমলুই। মানা ঐবু মতমবাক্তা ফমহল্লম্মী অদুগা ঐগী সনাগী মরিদু পীয়ু হায়রকখি। ঐগী অশাওবগী ঙমখৈ লৈরমদে অমসুং মঙোন্দা হায়নিংঙাই লৈতনা চৈরম্মী। কপ্লদুনা মহাক্লা হায়রকই, লৈশাবীদু য়াওদনা মহাক হিংবা ঙমলোই। ঐগী অশাওবগী মপান নাইরমদে। ঐনা মাবু মপান্দা ইস্থোকখি অদুগা থোঙগী পৌরোন লোনশিল্লম্মী। মিকুপ কয়ামরুম মহাক্লা থোঙ হাঙদোক্কদবগী হোৎনরম্মী অদুবু অদুম চৎখ্রে। মীৎ লাওনা পাঙথোক্তুনা অহিং চুপ্পা তৃমদনা অদুম লৈরম্মী। নোংঙাল্লমদাইদা ঐহাক উরোন শারোন হেক তৌরকপদা য়ুমগী মায়কৈ মরিদগী মৈ চাকলকপদু থেংনখি। ঐনা থোক্কে হোৎনবনি অদুবু মপান্দগী মানা থোঙ পুম্বা পুনা থাজিল্লম্মী। ঐনা ঐগী অরোইবা পাঙ্গল থাদুনা লাওরবা ফাওবদা লৈকায়গী মীওই অমত্তা তাবিখিদে। হিংনা হিংনা হকচাংসি মৈরীরক্তুদা ঙৌবনি। ঐ জ্ঞান মাঙদুনা তারম্মী। ঐগী য়ুমলোন্নবশিংনা ঐবু কনবিখিবা ওইরম্বা য়াই। মথংগী নুমিত্তা পদাল্লু পুলিসনা ফাখি। অদুবু ব্রাকোইননা হায়জখি তমথীরবা থৌদোক্তুগী হৌরকফমদি মহাক নত্তে। নুমিত্তুমক্কী নুমিদাংব্রাইরমদা মহাক্লা ঐগীদা লাক্লগা

পুংজা কয়ামরুম কপখি। মরক মরক্তা মানা য়ু ঙাওরকপদা অদুম্না হেক হেক কপ্লি। তৌইগুম্বসুং য়ু হেক থক্তবদা মহাকসে ওম্থোক্লা মবুক মপাও ফত্রবা মীওই অমা হেক্তা ওই। ঐগী সনাগী লিক অদু মতমদুদা মঙোন্দা পীখি।"

"করিগীনো নঙনা হুরান চিঙ্খীগী থবকসিদা হৌজিক ফাওবা মতেং পাংলিবা?"

"মহাক্লা হেক হেক লাক্লগা ঐঙোন্দা অদুম্না হায়জররবদবু ঐনা করম্না লৈথোক্কদগে? মহাক্কী পুন্সীসে ঐ য়াওদনদি হীংবা ঙমলোইদৌবোই হেক্তা খল্লি।"

"নঙবু মহাক্লা, ভিজয়নগর, ভিশাখাপতনম অদুগা অতৈ অতৈ মফমদসু পুদুনা হেক হেক চৎপরনে?"

"চৎতে। ঐনা হিহোনবশিংগী থাজবা থম্বদু য়াম্না পামজরুবনি। হৌজ-হৌজ থৌদোক অনিরক হি অসিমক্তদগী মহাক্লা হুরানখ্রবনি।"

"পুলিসনা নঙবু ফারবদি নহাক করি তৌদৌরি?"

"ঐ করিদি তৌদগে? মখোয়নবু করি তৌগদগেদা? ঐ ইশামক্লদি পোৎশিংদু হুরাল্লুবা নত্তে। হুরানবদুগী দায়িত্বদু কনাগীনি হায়বা কনানা খঙগদগে? মখোয়না ঐবু ফুরবা য়াই। অদুবু মমৈদা মরাইনা থাদোকচনি।"

"পদাল্লুদু পোৎশিংদুগা কোন্ননা ফারক্লবদি?"

"মদু খক ওইরোই। ঙসাইনা পোৎশিংদু মানা য়োনথোক্লম্লনি। মাবু ফাবা ফংদনবগী মতিকচাবা মতমদু ওইরম্লগনি, ঐনা হিনুংদা ফম্লক্লিবসে।"

নুংশাম্বর অমা শাংনা হোল্লি। য়াম্না তপ্না রঙ্গীনা হায়রকই, "থোক্লিবশিংসে লমশাই মচাদুননিনে। নুপীদুগী নিংথীবা শক্তমদু হেক মাঙদ্রিবা ফাওবা পদাল্লুনা কৈদৌঙৈদসু থাদোকলোই। মহা শাদুগীদমক্তনিনে ঐনা অসুক অৱাবা নংলিবা।"

মহাক্কী ৱাঙাংদুদা পদাল্লুবু নুংশিরুবগী মওং থোইনা উদে। মাবু চৈনিংঙাই মরমসু লৈতে। মদো মপুন্সীগী ওইজবা কৎথোকপসু নত্তে; মথম্মোয় য়াওনা য়ানিংবসু নত্তে; পদাল্লুবু নুংশিরুবসু নত্তে। চমম্লবা মথম্মোয়গী মফাং মফাংলবা ৱাখল, লোয়ননা নুংশিবা অমসুং কল্লক মীহৌবা নুপী ওইবীগী মহৌশাদো মাগী থম্মোয়দসু অদুম মফাওরিবনি। মহাক্লা নুপাদুগীদমক্তা অদু য়ৌনা খল্লুরিবসু হায়রিবা মীওইবগী থম্মোয়গী মচরিৎ অদুননি। মহাক্কী থম্মোয়নুংদা চেল্লিবা ঈ মরিক মরিকসীংদুনা নুপাদুগীদমক্তা ইখৌলাংবা পোকহল্লিবনি। অদুননি,

মহাক্না নুপাদুগী অচুম অরান থিজিল্লুদ্রিবা। তমথীবা শাজৎ কয়া চৎলক্লফাওবদা, নুপাদুনা অরানবা কয়া তৌরক্লবফাওবদা মহাক্না কনথোক্লবা খক ঙমদ্রিবা। নুপাদুগী অঙ্গংবা মতৌ, মীনুংশি, অদুদা নত্তনা অঙাওবা, তমথীনিংঙাই ওইবা শাজত্তু খঙনা খঙনা মহাক্না নুংশিদবা খক ঙমখিদে। অব্রা-অনা কয়াদু মায়য়োক্লনা খাঙলবদসু মহাক্কী করি তোংজবগে? করিনোনে মহাক্না কান্নখ্রিবা? অসিগুম্বা পুন্সী অসে পু-থাং ঙমদমখৈ খাঙঙম্বা নত্রা? নুংঙাইতবদুবু অমুক খঙশিন্নদনা খাঙবা নত্তনা করিদি তৌনিংঙাই লৈ? অচুম্বদু থীরুরগা ঐগীনা করি তোংজরিবা?

তপ্না তপ্না নুংশিৎ কনখৎলকই। হিদু খরা কল্লপ চেল্লকই। অব্রা-অনাগী মশক ওইরম্বা অমম্বদুদগী তাইবঙপানসে অমুক হন্না হিংগৎলকপগুম মশেক মঙাল খরা খরা ফাওরকপা হৌরকই। মফম মফম খুদিংদা লৌবুক তম্না চৎলিবা লৌমী শিন্মী উরকই। শজিক কৌবী থব্রাম্মিচাক্তি থোকপা উদ্রি। রঙ্গীনা মখোঙ অনিদু কোনশিল্লদুনা খুউ য়ুম শানা ফমলদুনা শীথরক্লিবা অহিংদুবু কুপ্না মুন্না য়েংলি।

“মহাক্তো ঐগী নুপানিনে। কৈদনো মহাক হেক্তো চৎখিসনু অদুবু শুকশোই শোইদনা ঐগী নাক্তা হল্লকখিনি।” য়াম্না তপ্না খোঞ্জেলদা, ঐঙোনমক্তা হায়বদি নত্তনা রঙ্গীনা ঙাঙকই। মাগী অরোইবা আশা, অরোইবা থৌনা অমদি অরোইবা থাজবা কয়াদু মাগী পুন্সীগা মরী লৈনদ্রবা ফাওবদা হায়রিবা ব্রাহে খরদুদগী ঐনা ইলাই লাইনা খঙবা ঙম্মী। হায়রিবা পীক্লবা আশাগী বিন্দু অদুগী অকোয়বদনি মাগী পুন্সীগী মীৎকুপ কয়ানা লেপ্পা লৈতনা লয়দুনা লৈরিবা। ঐগী থম্মোয়নুংদা নুপী অদুবু নুংশিবা, অকী বা অমসুং নুপী ওইবীশিংদা ফংফম থোকপা ব্যাবহার কয়া মথং-মথং ফাওরকই। চমম্নবা, নোক্লিংবা, অকীবা অমদি অঙাওবা, মীওইবগী থম্মোয় খুদিংদা লৈকো খল্লুবদা ঐ ঙক্তবা খক ঙমদে।

নোং হেক ঙান্দ্রিবা ফাওবা ফমদুনা ঐনা মাবু মীৎকুপ্তনা য়েংঙি। মমৈথংদা মঙোন্দা য়েংলুদনা ফুরিৎখাওদগী লুপা অমা লৌথোক্লগা মঙোন্দা পীরম্মী, অদুদগী মাগী মতৌ অমুক য়েংলুবা তৌরুদনা মফমদুদগী অদুম চৎথোরক্লে। পুন্সীদা ঐনা অমুক হন্না মাবু উখিদ্রে॥

-------

১। **বীরেন্দ্রকুমার ভাত্তাচারিয়া ঃ (১৯২৪-১৯৯৯)** অসামী সাহিত্যগী খ্বাইদগী মমিং লৈরবা উপন্যাস অমদি ৱারী মচা ইবনি। ১৯৫০-৫১ দা উখ্রুলদা স্কুল ওঝা ওইনা থবক তৌরম্মী। উখ্রুলগী খুন্নাইদা য়ুমফম ওইদুনা 'য়ারুইঙম' (মীয়ামগী লৈঙাকলোন) কৌবা উপন্যাস ইরম্মী অমসুং উপন্যাস অসিমক্তা ১৯৬১ দা সাহিত্য একাদমী এৱার্দ ফংখি। অসামীগী চেফোঙ 'রামধেনু' অমসুং 'নবয়ুগ' কী ইডিটর ওইরম্মী। মাগী পুন্না উপন্যাস তরাগী মথক অমসুং ৱারী মচাগী খোমজিনবা লাইরিক অনি পুথোক্লম্মী। সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা খুৎশম্নরকই। ১৯৮৩ দগী সাহিত্য একাদমী, নিউ দিল্লিগী ভাইস প্রসিদেন্ট অমদি প্রসিডেন্ট ওইনা থৌদাং কয়া পুরম্মী। খোমজিনবা ৱারীমচাগী লাইরিক অসিদা য়াওরিবা 'য়ারুইঙম' হায়বা ৱারীসি মাগী মমিংসিমক থোনবা উপন্যাসতগী পন্দুপ অমত্তং লৌথোকচরগা মৈতৈলোন্দা হন্দোক্লুনা ফোঙজবনি।

২। **লক্ষ্মীনাথ বেজবোরা ঃ (১৮৬৮-১৯৩৮)** অসামীগী শৈরেং, ৱারেং, নাটক অমদি ৱারীমচা ই। 'কদমকলি' (শৈরেং), 'জয়মতি কুভমরী' অমদি 'বেলি মার' (নাটকশিং), 'জোনবীবী' অমদি 'সুরভী' (ৱারীমচা), 'বরবারুভর ভাবর বুরবুরানী' (ফাগি অমদি মচেক্তা য়েবা ৱারেং) অমদি 'শঙ্করদেব' অসিনচিংবা কয়াসি মাগী শিংথাবা য়াবা সাহিত্যগী পোৎথোকশিংনি।

৩। **প্রভাট কুমার মুখোপধায় ঃ (১৮৭৩-১৯৩২)** বেঙ্গলী সাহিত্যগী ৱারীমচা ইবদা রবীন্দ্রনাথ টেগোরগী হেক মথংদা মমিং লৈরবা অইবনি। মাগী ৱারীমচাগী খোমজিনবা লাইরিক তরানিথোইদগী হেন্না লৈ। 'নবকথা', 'পত্রপুসপা', 'জনতা বাবজী', 'দেশী ও বিলাতি' অমসুং 'গহনরবকশা' অসিনচিংবা কয়া মমিং পনবা য়াই।

৪। **রাজকুমার মধুবীর ঃ(১৯৪২-)** শৈরেং, ৱারীমচা, অলোচনা অমদি অনুবাদকনি। মনিপুরি অমদি ইংলিস লোন অনিদা খুৎ থাই। 'মচু মচুগী অতিয়া', 'কায়রবা মূর্ত্তি উরগা', 'মিয়াৎ তারবা ফাদোক', 'প্রলয়গী মৈরিরক্তগী', 'মমিগী মমি', (শৈরেংগী খোমজিনবশিং) অমদি ইংলিসতা 'দ ঐচ-অৱার পেস্যন্ট', 'দ তাইমবোম এন্দ অদর পোইমস' অমদি 'দ শেদো ওফ দার্কনেস' (শৈরেংগী খোমজিনবা) ফোঙখ্রে। মাগী 'প্রলয়গী মৈরিরক্তগী' মিংথোনবা শৈরেংগী লাইরিক্তা সাহিত্য একাদমী এৱার্দ ফংখি।

৫। **আর.কে. নরায়ণঃ (১৯০৬-২০০১)** ভারতকী ইংলিসতা উপন্যাস অমদি ৱারীমচা কয়া ইরম্মী। মহাক চেন্নাইদা পোকখি। মাগী অহানবা উপন্যাস 'স্বামী এন্দ ফ্রেন্দস', লন্দনদা ১৯৩৫ দা ফোঙখি। মথংদা উপন্যাস অমদি ৱারীমচা কয়া মথং মথং ফোঙলকখি। 'বেচলর ওফ আর্টস', 'দ দার্ক রুম', 'এন এস্ট্রোলোজরস দে' এন্দ অদর ষ্টোরিজ, 'দ ফাইনানস্যল এক্সপার্ট', 'দ গাইদ' অমসুং 'এ হাউস এন্দ টু গোটস' অসিনচিংবা কয়া পৃথিবী ফাওনা পানরবা অমসুং নৈনরবা লাইরিকশিংনি। 'দ গাইদ', উপন্যাস অসিদা ইংলিস লোনগী অইবা অমা ওইনা সাহিত্য একাদমী এৱার্দ পীদুনা মাবু ইকায় খুম্নবা উৎখি।

৬। **প্রেমচন্দ ঃ (১৮৮০-১৯৩৬)** হিন্দি লোনগী খ্বাইদগী মমিং লৈরবা উপন্যাসকার অমদি ৱারীমচা ইবনি। 'সাহিত্যকা উদ্দেস্ব' (সমালোচনা), 'কুস বীচার' (শৈরেং), 'রঙ্গভুমী', 'সেৱাসদন', 'নীর্মলা', 'প্রেম আশ্রম', 'ঘবন' অমদি 'গোদান', উপন্যাসশিং অমদি ৱারীমচাগী খোমজিনবা লাইরিক কয়া কয়া মানা হিন্দি সাহিত্যদা খুদোল তৌরম্মী।

৭। **অক্তার মোহিউদ্দিন ঃ (১৯২৮-)** থোইদোক্লা মমিং লৈরবা কাশ্মীরী অইবনি। মাগী 'শাট সঙ্গার' কৌবা ৱারীমচাগী খোমজিনবা লাইরিক্তা সাহিত্য একাদমী এৱার্দ ফংখি। মাগী 'দোদ দাগ', কাশ্মীরী লোনগী ইহান হানবা উপন্যাসনি।

৮। **করুর নীলকান্ত পীল্লায় ঃ (১৮৯৪-১৯৭৫)** মলায়ালমগী ৱারীমচা অমদি পীকতক পীকতকপা উপন্যাস ইবশিংগী মনুংদা খ্বাইদগী মমিং লৈবা মীশকনি। মলায়ালমগী অনৌবা মীরোলগী ইহান হানবা রীনাইসেন্সতা য়ুম্ফম পীদুনা ইরকপা মীওইনি। ১৯৩৩ দা ওঝাশিংগী তোলোব হেনগৎহল্লু হায়না অন্দোলন তৌরুবদগী ওঝাগী থবক্কুগী দিসমিস তৌখি। মলায়ালমগী অইবা অমত্তনা পীল্লায়গুম্না ওঝাশিংগী গুনবু য়োকখৎতুনা মথৌনা লৈনা ইবা অমত্তা য়াওদ্রি।

৯। **এন,এস, মাধভন ঃ (১৯৪৮-)** মলায়ালম ৱারীমচা ইবদা থোইদোক্লা মমিং লৈরবা মীওইনি। মাগী ৱারীমচাগী অপুনবা লাইরিক অনি ফোঙখ্রে। কেরেলা সাহিত্য একাদমী এৱার্দ পীদুনা ইকায় খুম্নখ্রবা অইবনি। হৌজিক হৌজিকমক মিনিষ্ট্রি ওফ ইনফোর্মেশন এন্দ ব্রোদকাস্তিং, নিউ দিল্লিদা জোইন্ট সেক্রেটরি ওইনা থবক তৌরি।

১০। **কালিনদিচরন পানিগ্রাহী ঃ (১৯০১-)** ওরিয়াগী মমিং চৎলবা উপন্যাসকার ৱারীমচা অমদি শৈরেং ইবা মীওইনি। ‘মতিরা মানিশ’ (উপন্যাস), ‘পীয়াদশি’ (নাটক), ‘মানে নহিন’ অমদি ‘খ্যানিক্যা শত্য’ (শৈরেং), ‘নেত্রিতভা ও নেত্রিতভা’ (ৱারেং), ‘শেশা রস্মী’ (ৱারীমচা) অসিনচিংবা লাইরিক কয়া মানা সাহিত্যদা দান তৌরম্মী।

১১। **সী, গোপালচারী ঃ (১৮৭৯-১৯৭৪)** ভারতকী রাজনিতীগী লমদা খ্বাইদগী মমিং চৎপা মীওইশিংগী মনুংদা অমনি। তামিল সাহিত্যগী য়াম্না চাওনা মমিং লৈরবা অইবা অমসুনি। ‘ভ্যাসার ভীরুন্দু’, ‘চক্রবর্তি তীরুমগন’ (মহাভারত অমসুং রমায়ন্দা য়ুম্ফম ওইবা লাইরিকশিংনি), ‘রামকৃষ্ণ উপনিষদম’ (দর্শনশাস্ত্র), ‘অত্মাচিন্তানায়’ (ধ্যান তৌবগী ৱারেং) অমদি ‘কর্পনাইকাদু’ (ফুঙ্গাৱারী) কয়াসি মাগী সাহিত্যদা তৌরম্বা মরুওইবা পোৎথোকশিংনি।

১২। **পি, পদ্মারাজু ঃ (১৯১৫-১৯৮৩)** তেলুগুগী নাটক অমসুং ৱারীমচা ইবা মমিং ৱাংনা চৎলবা অইবনি। মাগী ৱারীমচা, 'দ সাইক্লোন', দ নিউ য়োর্ক হেরালদ ত্রিব্যুন, না ৱার্লদ কমপিতিশনগী ১৯৫২ দা অনিশুবা মনা পীদুনা ইকায় খুম্নখি। 'পদ্মারাজু কথালু' অমদি 'কুলি জনম' মাগী য়াম্না শিংথানবা সাহিত্যগী খুদোলনি।



রাজকুমার মধুবীর (১৯৪২-)

সেপ্টেম্বর ১০ দা কবোৱাকচীংদা পোকই। জোনষ্টোন হয়ার সেকন্দরী স্কুলগী ইংলিসকী লেকচররনি। ইংলিসতসু শৈরেং অমদি ৱারী মচা ই। পনবা য়াবা মাগী ফোঙখ্রবশিংদি - 'মচু-মচুগী অতিয়া', 'কায়রবা মূর্ত্তি উরগা', 'মিয়াৎ তারবা ফাদোক', 'প্রলয়গী মৈরিরক্তগী' অমদি 'মমিগী মমি' অমসুং 'দ ঐচ-অৱার পেস্যান্ট এন্দ অদর পোইমস', 'দ তাইমবোম্ব এন্দ অদর পোইমস' অমদি 'দ সেদো ওফ দার্কনেস' অসিনচিংবনি। নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফালগী সেক্রেটরি, ভাইস প্রসিডেন্ট অমদি প্রসিডেন্ট ওইরম্মী। সমিতি অসিগী 'ৱাখল' চেফোঙগী অমদি মনিপুর স্টেট কলা একাদমীগী 'কার্টলি জোর্নেল' গী ইদিতর ওইরম্মী। এ, বি, আই, (এমেরিকান বাইওগ্রাফিকেল ইনষ্টিটুট, য়ু,এস,এ,) গী এডভাইজরি বোর্ড মেম্বর, এনসাইক্লোপেদিয়া ওফ ইন্দিয়ান লিত্রেচর (রিভাইসদ ইদিসন), সাহিত্য একাদমী, নিউ দিল্লিগী লেঙ্গুজ কন্সলটেন্ট অমদি কে,কে, বীরলা ফাওন্দেশন, নিউ দিল্লিগী ভাশা সমিতি মেম্বর ওইরম্মী।

লৈফম : সগোলবন্দ থাংজম লৈরক, ইম্ফাল-৭৯৫ ০০১



ভাগ্য পব্লিকেশন
সগোলবন্দ থাংজম লৈরক, ইম্ফাল